# Fore-word.

The Compilation of the 'National Days and Weeks' of India and presentation of the same as one organic whole is itself a task surcharged with fervour of nationalism. These Red-letter days that spring up as a spontaneity out of the multifarious activities driven at making the nation complete in itself are, as it were, life-giving veins. Things adjusted here and there under specific national plans need a careful survey not as parts but as a homogeneous conglomeration of units. It is for every Indian to make such a survey. But, "Everybody's business is nobody's". The first undertaking for such a job deserves attention. The author's modest approach and the intensity of his sincere desire to inculcate effects in the mind of the readers can be easily perceived through the style and language of his writing. The result aimed at shall be secured, it is hoped, if the book be given a right fitting.

Dated, Imphal,
**The 20th June' 63**

W. Manihar Singha.
**Khwai-Wahengbam Leikai,**
**Imphal.**

# হীরম্-লামাঙ্গ

ভারত

# জাতিগি নুমীৎশিং

( Indian National Days )

## রিপব্লিক ডে

( REPUBLIC DAY )

জানুৱারি তাং ২৬

---

করিনো ঃ— 'রিপব্লিক ডে' হায়বসী ইংশোক্ ১৯৫০ গি জানুৱারি, তাং ২৬ তগি হৌন চঙী খুদোংগি পালন তৌরক্লি। মসীগি মতুংগি অর্থদী ( Significance ), হায়রিব নুমীৎ অসিদগি হৌন হৌজিক্কি ভারতকি সম্বিধান্ অসী চৎপ হৌথিবনী। রিপব্লিক হায়বদী প্রজারাজ হায়বনী। মসীগি মমাঙদ ইংশোক্ ১৯৪৭ কি আগষ্ট তাং ১৫ দগি হৌন ভারতন নীংতম্ব (Independence) ফংগ্রবসু ভারতকি প্রজা মশামক্ন শেম্জব সম্বিধান্ চংদমদে। ব্রিটিশ সরকার ( British Crown ) গি মখাদ শেম্লম্ব আইনগি মতুংইন্না, গবর্ণর-জেনেরেল্ ( Governor-General ) অমসুং কনষ্টিট্যুয়েণ্ট এসেম্ব্লি ( Constituent Assembly ) গি মখাদ মরক্কি মতম্ খরতগি ওইন (Interim Period) শাসনগি থবক্ পুরম্মী। নুমীৎ অসীমক্তদগি হৌন ভারতকি নাগরিকশিংন ফংকম্ থোকপ অধিকারদু ফংগ্রবনী।

## ভারত-সম্বিধানগি হৌরকফম্ অমসুং খোঙচৎ :—

ইংশোক ১৬০০ কি ডিসেম্বর, তাং ৩১ দ, ইংরেজগি 'ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্প্যানি' ন মহারাণী এলিজাবেথ্‌দগি নোংপোক্লোম্‌দ লল্লোন্নব, দরকার লৈরবদী লম্ ফাউব লৌশিন্নব য়ানব য়াথং-চে (Charter) অম ফংলম্মী। অহানবদ সুরট্‌ত কম্প্যানিগি কারখানা অম হিংখৎলম্মী। মোগল সাম্রাজ্যন মরাঙ্গ-চাঙ্গথরক্লবদ ইংশোক্ ১৭৫৭ ত রোবার্ট ক্লাইভ্‌ন পলাশীগি লান্‌ফম্ ভঙ্গদগি ভারতত্ত ব্রিটিশ শাসন্‌গি যুম্ফম্ থোন্‌খি। ইংশোক্ ১৭৬৭ ত মতম্ অদুগি মোগল সম্রাট্‌ন বেঙ্গল, বিহার, উরিষ্যাগি 'দেৱানী'গি শক্তি কম্প্যানিদ পীথোক্লুবদগি রাজনীতিগি শক্তি ফংখি।

অসীগি মথংদ ইংশোক ১৭৭৩ দ 'রিগুলেটিং এক্ট' (Regulating Act) পাশ্ তৌখি। ভারতকি সম্বিধানগি মরী মখোঙ্ নৈনরকপগি মতাংদ 'রিগুলেটিং এক্ট, ১৭৭৩' অসীন মরুওইব ঈহান্-হানব তাংফম্ অম ওইহল্লী। মরম্‌দী, মসীন মী়য়ামদ শক্তি য়েন্থোক্‌পগি অহানব খোঙথাং অম ওইহন্‌খি।

ইংশোক ১৭৮৪ দ 'পিট্‌'স্ ইণ্ডিয়া এক্ট' (Pitt's India Act, 1784) পাশ্ তৌদুন 'রিগুলেটিং এক্ট, ১৭৭৩' অসী থর শেমদোক্‌খি।

ইংশোক ১৮৩৩ দ 'চার্টর এক্ট' (Charter Act, of 1833 & 1853) পাশ্ তৌদুন কম্প্যানিন লল্লোনব কাঙবু অম ওইরম্বদু তোক্তুন থাঙ্গশেংন লৈবাক্‌ভাক্‌প কাঙবু অম ওইখি। ইংশোক ১৮৫৮ দ 'সিপাহী লান্‌হৌব' (Sepoy Mutiny)

লাক্নুন কম্পানিগি মথক্তগি বিলাতকি নিংথৌ মশামক্ ভারত শাসনগি থবক্ লৌশিন্খি। অসৌগিতুংদ **'ইণ্ডিয়ান কাউন্সিল্ এক্ট'** ( Indian Council Act, 1861 & 1892) পাশ তৌদুনা আইন শেম্বগি থবক্ত খোঙথাং চঙশিল্লকই।

ইংশোক ১৯০৯ দ **'মোর্লি-মিণ্টো-রিফোর্ম্স্'** ( Morley-Minto-Reforms ) হাঙ্গনা খঙনব 'ইণ্ডিয়ান কাউন্সিল্ এক্ট, ১৯০৯' পাশ তৌদুনা আইন সভাদ মীখল্ ( election ) তৌদুনা মীহুৎ থাগৎপগি নিয়ম্ হাপ্কৎলক্খি।

অসৌগি তুংদ **'ডিক্লারেশন্ ওফ্ ১৯১৭'** ( Declaration of 1917) গি মতুংইন্ন ব্রিটিশ সরকারন ভারত্ত দায়ীত্বশীল শাসন লিংখৎকনি হাঙ্গনা রাশক্খি। ইংশোক ১৯১৯ দ **'ইণ্ডিয়া এক্ট, ১৯১৯'** ( India Act, 1919 ) পাশ তৌদুনা ঈহান্-হানুবা ওইনা ডাইরেক্ট ইলেক্সন্ তৌদুনা হাউস্ অনী-লৈবা আইনসভা শেম্খি। মথংদ, **'দায়ার্কি'** ( Diarchy ) হাঙ্গরগ খঙনবা, দায়ীত্বশীল শাসনগি মওঙ থর প্রদেশশিংদ হৌদোক্খি।

হাঙ্গরিবা 'দায়ার্কি' মওঙগি শাসন অসৌগি মনুংদ লৈবা দোষ থরনে অদুগি মথক্ত **'ভারত জাতীয় কংগ্রেস্কি অসহযোগ আন্দোলন'** (Non-Co-operation Movement of Indian National Congress ) গি দাবীনে অনীসীন মরম্ ওইদুনা ইংশোক ১৯২৭ ত **'সাইমন্ কমিশন্'** (Simon Commission) কৌবা কমিশন্ অম লাক্নুনা ভারতকি মফম্-মফম্শিং চত্নুনা য়েংলগ 'দায়ার্কি' মুথৎনবা অমসুং **'প্রোভিন্সিয়েল্ ওটোনোমি'**

(Provincial Autonomy) লিংখৎনবগি রিপোর্ট থোঙ্‌জিনবগি মমাঙ্‌দ ভারতকি প্রজাশিংন পেন্দব উৎপদগি **লোর্ড আরউইন্** (Lord Irwin) ন **'রাউণ্ড টেবল্ কন্‌ফরেন্স'** (Round Table Conference) অম কৌখি। ইংশোক ১৯৩০ গি নবেম্বরদ, হন্থব কাঙলুপশিংগি সিট্ মশাং তেঙ্গৎহনবগিদমক্ **'পুনা-পেক্ট'** (Poona-Pact) কৌব সন্ধি অম মহাত্মা গান্ধীগ লোর্ড আরউইন্‌গ ইনাখি। ইংশোক ১৯৩১ দ 'অনীশুব রাউণ্ড টেবল কন্‌ফরেন্স' তৌখি। ১৯৩২ দ 'অহুম্শুব রাউণ্ড টেবল কন্‌ফরেন্স' ফম্‌খি। ইংশোক ১৯৩৩ দ ভারতকি সম্বিধান শেম্‌দোক্লবগি মরম্ অদূ ব্রিটিশ সরকারন **'হ্বাইট্ পেপর'** (White paper) দ থোঙ্‌দোক্‌খি। ইংশোক ১৯৩৫ দ **'গভর্ণমেণ্ট ওফ্ ইণ্ডিয়া এক্ট, ১৯৩৫'** (Govt. of India Act, 1935) পাশ্ তৌদূন ইংশোক ১৯৫০ ফাউবদ ভারতকি সম্বিধানগি য়ুম্ফম্ ওইন লৈখি।

ইংশোক ১৯৪২ দ, **'সার ষ্টেফোর্ড ক্রিপ্‌স্** (Sir Stafford Cripps) ন ভারত লাক্লূন **'কন্‌ষ্টিট্যুয়েণ্ট এসেম্‌ব্লি'** (Constituent Assembly) লিংখৎনব প্রস্তাব তৌরখি। নেশনেল্ কংগ্রেস্‌ন মতম্ খরতগি ওইব থৌরাং অহুবু য়াখিদে অমসুং অসুম্ অসুম্ শাগৎনরক্লূন **'কুইট্ ইণ্ডিয়া'** (Quit India) আন্দোলন তৌখি। অসীগিতুংদ ইংশোক ১৯৪৬ কি মার্চ থাদ **'কেবিনেট্ মিশন্** (Cabinet Mission) হাঙ্গৈরগ খঙনব মিশন অম থারক্লূন ভারতকি সম্বিধান শেম্নব প্লান অমসুং প্রস্তাব অম পীখি।

সম্বিধান অসীগি অকুপ্প মরোল্ শেম্নবগিদমক্ প্রদেশকি আইনসভাশিংন খন্ব মীহূৎশিং অমস্তুং নিংথৌপান্ব ষ্টেট্‌শিংগি মীহূৎশিংন শাব 'কন্‌ষ্টিট্যুয়েণ্ট্ এসেমব্লি' অম 'কেবিনেট্ মিশন্' গি প্রস্তাব মতুংইন্ন শেম্‌খি। এসেমব্লি অসী ব্রিটিশ ইণ্ডিয়াদগি মী ২৯৫, নিংথৌপান্ব ষ্টেট্‌শিংদগি ৯৩, পুম্নমক্ মেম্বর ৩৮৮ ন শাই। 'ইণ্ডিপেণ্ডেন্স্ এক্ট, ১৯৪৭' ( Indian Independence Act, 1947 ) গি মথাদ কন্‌ষ্টিট্যুয়েণ্ট্ এসেমব্লি অসীন মরক্কি মতম্‌গি ওইন অনৌব সম্বিধান অম চৎনব্রিব ফাউব 'ডোমিনিয়ন্ লেজিস্‌লেচর' ( Dominion Legislature ) গি থবক্ পুরম্মী।

## ভারত সম্বিধানগি শম্নপ্প মওঙ্ :—

### PREAMBLE

**WE, THE PEOPLE OF INDIA having solemnly resolved to Constitute India into a SOVEREIGN DEMOCRATIC REPUBLIC and to secure to all its citizens:**

**JUSTICE, social, economic and political ;**

**LIBERTY of thought, expression, belief, faith and worship ;**

**EQUALITY of status and of opportunity ; and to promote among them all ;**

**FRATERNITY assuring the dignity of the individual and the unity of the Nation ;**

**IN OUR CONSTITUENT ASSEMBLY this twenty sixth day of November, 1949 do HEREBY ADOPT, ENACT, AND GIVE TO OURSELVES THIS CONSTITUTION.**

# ৱাহৌদোক্

**অর্থ :—**

ভারতকি প্রজা ঐখোইন, ভারতপু সার্ব্বভৌম গণতান্ত্রিক প্রজারাজ অম ওইন শেম্গে অমসুং ভারতকি নাগরিক পুম্নমক্ত (মথাদ ইরিবশিং অসী) ফংহনুগে হান্নন পুক্নীংচেৎন (তয়াং-তশোইব লৈতন) লেপ্লে,—

অচুম্ব,— সমাজিক, অর্থনৈতিক অমসুং রাজনৈতিক ;

নীংতম্ব— ৱাখল্ থনৃব, কোঙ্দোক্পা, থাজব, ধর্ম্ম অমসুং ঈরাৎ-পূজা ;

মান্নব— ফিবম্-ফিরেপ্ অমসুং খুদোংচাবদ অমসুং মদু মীয়াম্দ ফংহনৃব ;

ঈচান্-ঈনাও ৎইবগি ৱাখল্ — মন্নাই-মীওইগি সন্মান অমসুং জাতিগি একতা শোঈদনব (কাঈদনব) ;

১৯৪৯ গি নবেম্বরগি কুন্তরুক্ শুব নুমীৎ অসীদ, ঐখোইগি কন্ষ্টিটুয়েণ্ট এসেম্ব্লিদ সম্বিধান অসী লৌরে, আইন ওইহল্লে, অমসুং ঐখোঈ ঈশা-ঈশাদ পীরে।”

মথক্কি প্রিয়েম্বল্দ পীরিবসী ভারতকি সম্বিধান্ন পাম্ব অমসুং উদ্দেশ্যনী। ভূমিকানী। অসীগুম্ব অনৌব সম্বিধান অসী ২৬, জানুৱারি, ১৯৫০ দগি হৌন চৎনরে।

**মরু ওইব মওঙশিং :—**

(১) **প্রজাশিংন লৈবাক্ ভাক্পা** (Government by the People)— মথক্কি প্রিয়েম্বল্দ শেংন উৎপ্রে, মদুদী— সার্ব্বভৌম শক্তি অদুগি থোরক্ফম্দী ভারতকি প্রজাশিং অসীনী।

কেন্দ্র ( Union ) অমসুং ইউনিট্ ( Unit ) শিংগি শক্তি পুম্নমক্ প্রজাশিংগি মখূত্ত লৈ। মরম্ অসীন— "We, the people of India............Constitution" হায়রিবনী। সম্বিধান অসীন শাগৈ-জাৎ, লায়র-য়নাক্‌থুনব, কুচু, নুপা-নুপী খায়দন চহী কুন্‌মাথোইতবু শুরবদী ( সাবালক ওইরবদী ) অধিকার পুম্নমক্ পীরে।

(২) গণতান্ত্রিক প্রজারাজ ( Democratic Republic ) ভারত অসী সার্ব্বভৌম গণতান্ত্রিক প্রজারাজ অম ওইন শেম্লে। 'ডিমোক্রেটিক্' হায়ব রাহে অসীন শেংন উৎলে, মদুদী— সম্বিধান অসী প্রজাশিংগি অপাম্ব রাথল্‌গি মতূংইন্ন শেম্মী। 'সোভরিন ডিমোক্রেটিক রিপব্লিক' ( Sovereign Democratic Republic ) হায়বসীন ভারত অসী মপাল্‌গি শক্তি ( external control ) অমত্তগি মথাদ লৈতে হায়বসী থঙ্‌হল্লি অমসুং শাসনগি মকোক্ ওইন কনাগুম্ব অমত্ত মপা-মপুগি স্বত্ব ওইন ফংব নিংথৌ ( Hereditary monarch ) ওইন লৈতে হায়বনী তাক্লি। প্রজাশিংগি শক্তি অসী ওম্‌থৈ লৈতে, কনাগুম্বগি মথাপোম্লে। ভারতকি রাষ্ট্রপতি ( President ) অসী মীয়াম্ন খনব মমিংত ওইব ষ্টেট্‌কি মকোক্ ওইব মরম্ন 'রিপব্লিক' হায়বনী। রিপব্লিক অসী মপুংফাব গণতন্ত্রগি মওঙ্‌নী। 'কমন্‌বেল্‌থ্ ওফ্ নেসন্স্' ( Cammonwealth of Nations ) নসু খুৎ খিংজিনব য়াদে। কমন্‌বেলথ্‌কি

মেম্বর ওইবন ভারত সম্বিধানগি সার্ব্বভৌম অমসুং প্রজারাজ ওইবগি ফিবম্-ফিরেপ্ত করিমত অয়েংপ লৈতে। গণতন্ত্র হাইবদী শাসন অদু প্রজাশিংগি, প্রজাশিংন, প্রজাশিংগিদমক্ ওইব (Government of the people, by the people, for the people-Lincoln) হাইবসীনী। মসীন ভারত সম্বিধানগি পান্দম্নী। মদুগি নীতিন ৱাহৌদোক্ (Preamble) দ পীরিব অচুম্ব (Justice), নীংতম্ব (Liberty), মান্নব (Equality) অসীনী।

(৩) ধর্ম্মগ মরী লৈনদব ষ্টেট (Secular State) ভারত সম্বিধানন ভারতপু ধর্ম্মগ মরী-লৈনদব ষ্টেট অম ওইহন্নীংঙী। মশাগি (ষ্টেটকি) ধর্ম্ম অম লৈতে। মসীন ধর্ম্ম পুম্নমকপু মুথৎকনি হাইবদী নত্তে। মসীগি ভাবতি অসীনী— সেক্যুলর ষ্টেট অমদ মী অমগ মী অমগ লৈনকম্ থোকপ মরী অতু থম্মী, অতুগ মীগ লাইগগি মরক্ত মরী থম্দে। ভারতকি থবক্-ঈংথাংশিংদ ধর্ম্মগি ৱাথল ন হুম্ব ভোরোই। মীপুম্ খুদীংমক্ত ধর্ম্মগি মরমদ মনীংতম্ব পী। মরম অসীন, সম্বিধান অসীন,—

(ক) ধর্ম্ম, জাৎ, কাণ্ড্লুপ, নুপা-নুপী খাঈদন নাগরিক অমত্ত ওইন থল্লী।

(খ) নাগরিক খুদীংমক্ত ষ্টেটকি থবক্ খুদীংমক্ চপ্মান্নন য়েঙ্খোক্‌ঈ।

(গ) নাগরিক খুদীংমক্ত মান মান পাম্জব থাজব ধর্ম্ম লৌজব, চৎচব য়াহল্লি।

(ঘ) করিগুম্ব অথম্নব ধর্ম্ম অমত্তবু সরকারন য়োক্‌খৎপ, শশোকপ ভোরোই।

(৪) পার্লিয়ামেণ্টরী গবর্ণমেণ্ট (Parliamentary Government)—ভারত সম্বিধান অসী ব্রিটিশ পার্লিয়ামেণ্টকি মওঙ্ অদূনী, আমেরিকান্ প্রেসিডেণ্টকি ওইব মওঙ্ অদুগুম্ব নত্তে। ভারত সম্বিধানদ, আইন সভান (Legislature) মন্ত্রী সভাগি (Executive) মথক্ত লৈহল্লি। কেন্দ্রদস্থু ষ্টেট্‌শিংদস্থু মন্ত্রীসভান আইনসভাগি মথাপোল্লি: আইনসভাদ দায়ী লৈব মন্ত্রীশিংগি পাউতাক্ মতুংইন্ন শক্তি পীজিন্নব রাষ্ট্রপতি অমসুং গবর্ণর শিংন মথংগীংন কেন্দ্রগি অমসুং ষ্টেট্‌শিংগি মকোক্নী। কেন্দ্র অমসুং ষ্টেট সরকার হাঙ্গীন মওঙ্ অনী ওুরবন্থু সম্বিধানুন 'নাগরিক্ অম' (One citizenship) ওইন লৌঈ।

(৫) অইব (Written)—সম্বিধান অসী অইবনী। কেন্দ্র অমসুং ষ্টেটকি আইনসভান সম্বিধান ভসীদ তাক্‌প মতুংইন্ন শক্তি পীজিন্নৈ। মসী দরকার ওইব মতুংইন্ন মওঙ্ থরদদী ঈচম্-চম্ন পার্লিয়ামেণ্টকি হাউস্ অনীমক্কি অরাক্‌প মেম্বরশিংগি ঌ দগি তাদব মশীংন হেক্ত শেম্‌দোক্‌প য়াই, অদুগ মওঙ্ থরদন শেম্‌দোক্‌-শেম্‌জিন্ য়াদে। মরম্ অসীন মসী রিজিড্ (Rigid) অমসুং ফ্লেক্সিবল (Flexible) অনীমক্ ওই।

(৬) অপূনুব সম্বিধান (Federal Constitution) ভারতকি একতা থম্নবগি রাখল্‌দ সম্বিধান অসী পুন্‌শিন্নব মওঙ্ অমনী। হাঙ্গবদী ইউ, এস, এ, (U. S. A.) গুম্ন কেন্দ্র অমসুং ষ্টেট্‌শিংগি তোঙান্ তোঙানুব নাগরিক্ থাঙ্গদোক্তে হাঙ্গবদী 'ভারতকি নাগরিক' হাঙ্গব নত্তন 'আসাম নত্রগ মণিপুরগি নাগরিক'

হাঙ্গৈন তোঙাম লৈরোই। তোঙান্-তোঙানৱ ষ্টেটশিংন মরম্মাই সম্বিধান শেম য়াদে। আইনসভা, মন্ত্রীসভা, বিচারগি থবক্ (Judiciary) সার্ভিস (Service) পুম্মক্ অসীগি চপ্ মান্নব মওঙ্ লৈ। লাম্নচিংব অথুব (Emmergency) গি মতম্দ রাষ্ট্রপতিগি লাউথোকপ (Proclamation) অমন অপুন্বগি মওঙ্ (Federal system) অসীগি মহুত্ত অমত্ত ওইবগি মওঙ্ (Unitary system) অমদ ওন্থোকপ য়াই। 'ফেদরেল্ কন্ষ্টিট্যুসন্' (Federal Constitution) অমদ য়াম্ম দরকার ওইব, শেম্দোক্ শেম্জিন্ য়াদব (Rigidity) হাঙ্গৈবদুগি চাং য়াম্ম সম্বিধান অসীদ তাংল্লি।

(৭) খ্বাইদগি হেন্ন শাংব (Longest)— ভারতকি সম্বিধান অসী পৃথিবীগি মন্থুংদ খ্বাইদগি হেন্ন শাংব অমম্থুং চাওব অমনী। মসীগি আর্টিকল (Article) ৩৯৭ অমসুং সিড্যুল (Schedule) ৯ শুই। তোঙানৱ মতাং (Chapter) অনী লৈ। ফণ্ডামেণ্টল্ রাইট্স্ (Fundamental rights) অমসুং ডাইরেক্টিভ্ প্রিন্সিপল্স্ অফ্ ষ্টেট পোলিসি (Directive Principles of State Policy)। ফণ্ডামেণ্টল রাইটস্‌ন নাগরিক অমদ পীরিব অধিকারদী— মী অমগ অমগ কিবম্ মান্নবগি অধিকার (Right of equality) নীংতম্বগি অধিকার (Right of freedom), সংস্কৃতি অমসুং শিক্ষাগি অধিকার (Right of Culture & Education), লন্থুমগি অধিকার (Right to Property), সম্বিধানগি আশ্রয়

লৌবগি অধিকার (Right to Constitutional Remedies) নৈহৎপ অমসুং নম্থব থিংনবগি অধিকার (Right against exploitation) অসীনী।

ডাইরেক্টিভ প্রিন্সিপলস্ অফ্ ষ্টেট পোলিসি অসীদী আইনসভা অমসুং মন্ত্রী সভান ইনূগদব নিয়মী। মসীদী সরকারবু অফব মওঙ্দ লম্জিংনব পূক্নীংগি পান্ডিতাকু (Moral instruction) নী। ফণ্ডামেন্টল্ রাইটস্কুম কোর্ট (Court) ন চংনহন্গদব (enforce তৌগদব) নত্তে। আইনূগি মথাদ চংনব নত্তে। প্রিন্সিপল্শিং অসীন ভারতপূ ৱেলফ্যার ষ্টেট (Welfare State) অমগি আদর্শশিং অদু পান্মী। অসুম মতাং অসীগি ঈরোই-লোইব আর্টিকলন অন্তর্জাতিক শান্তি (International Peace & Security) বু পল্লি।

অসুম, মথক্ত নৈনগ্রব সম্বিধান পাল্লিব ভারতকি পান্দক্তম্ অমদী ফীবম্ অসী ভারতকি নাগরিকশিংন মতম্পুম্বদ নীংশিংদুন অমসুং মসী ফংনব হোৎননবগি রাথল্ অসী য়াউন নুমীৎ অসী পালন তৌগদবনী। ভারত জাতিগি থূদম্বু মাঙ্দ থম্লগা থোক্লেন্, অমত্ত ওইন জাতিগি ঈথৈ শকুন, জাতিগি ফীরান্ মথাদ, অমত্ত ওইব জাতিগি লম্বীদ চং্শিন্নবদা 'জাতি-সঙ্ঘ' দ ভারতন লেম্জনাংঙাই ওইগনি, পৃথিবীবু লমজিংগনি।

## BIBLIOGRAPHY


1. Indian Constitution and Administration. —by R. R. Sethi, V. D. Mahajan.
2. Summary of the Constitution of India. — " S. C. Sarkar.
3. Political Science. — " Sengupta.
4. Civics. — " U. N. Sen.
5. A hand book of G. K. and Current Affairs 1963. — " B D. Tuteja, O. P. Varma.


---

# এন্টি-লেপ্রোসী ডে

## ( Anti-Leprosy Day )

## —জানুয়ারি, তাং ৩০—

করিনো :—লেপ্রোসী ( Leprosy ) হাঙৈবসী শরীর-শোরুবদগি লৌনগনূব উন্‌শাগি লাঙৈনা অমনী। অয়াম্বন "কুষ্ঠ" নত্রগ "লাইথুং" হাঙৈন খঙ্‌নৈ। লাঙৈনা অসীন, নারিব মীশিংগি হকচাংগি ফীবম্ কাঙৈহনব়, খীহন্‌বনচিংব মওঙ্‌শিং অসীন অউব মীগি থম্মোইদ লাঙৈনা অতৈদগি থোইদোক্-হেন্দোক্ কিনৈ। কিনব অসীমক্তন মরম্ ওইদুন নারিব মীদুবু হঙোইব তিম্নীংদব রাখল্ অম পোক্লরক্পদগি মশান অনাবদু লোৎ-শিল্লদুন লাঙৈয়েংব ফাউব তৌদন থম্নব য়াউঈ। অস্থুম, অশুম্ অস্থুম্ লুশিন্‌থিদুন লাঙৈয়েংব ওমদব অনাব ( Incurable )

অম ওইন লৌখিদূন লাঈনা অসীবু থিংবদ লুন থোকৃহল্লী। অসীগুম্ব যুস্কম্ য়াউরব রাফম্ম কিহন্‌বগি অরুব অসা কোরুনব হোৎনবদ অমসুং প্রজাগিংদ লাঈনাসাগি মরমদ শিক্ষা পীব অসী জাতিগি থৌরাং অম ওইন লৌথৎপন মতীক্‌চাব ওইবদগি, অকরুব মুমীৎ অম লেপ্লদূন, ইংশোক্ ১৯৬১ দগি চহী থুদীংগি জানুরারি তাং ৩০দ এণ্টি-লেপ্রোসী ডে হাঈন পালন্ তৌরক্লি।

**অরিব রারী-রাথোঙ্ :**—'চরক-সংহিতা' হাঈন মমিং চৎলব, মহর্ষি চরক্ল ইরম্ব লাইরীক্কি মঙাশুব অধ্যায়দ 'কুষ্ঠ-নিদান' অমসুং তরেৎশুব অধ্যায়দ 'কুষ্ঠ-চিকিৎসা' হাঈদূন মতাং অনীদ য়াম্ল নীংথিন লাঈনা অসীগি মরমদ নৈনরি। রাফম্ অসী অত্রেয় ঋষিন তাক্পিরম্বনী হাঈন য়াউরি। মতাং অসীদ লাঈনা অসীসু অতৈ অতৈ লাঈনাগুম্ব ঈশিং (কফ) মুংশিৎ (বাত), অমসুং মৈ (পিত্ত) অহুম্‌সীগি অরাং-অহেন্‌গি দোষতগি থোক্‌পনী হাঈন উৎলি। মথল্ তরানীপাল্ থোরু খাঈদোক্লি। মথল্ থুদীংমক্কি লাঈয়েং মথং-মনাও নাইন ইরি।

অসীগুম্ব হক্‌চাংগি লাঈনা অসীবু খঙ্দবদগি 'লাইগি শাপ্' নত্রগ 'নহাল্ মপোক্কি কর্ম্মফল' দ থৈজিন্দূন লাঈয়েংবগি আশাদী থম্বু থম্‌থ্রদূন সমাজগি পীশূম্ শূক্‌পদূ কিজবদগি লোৎশিঙ্গরব মরাইবক্ থারব অনাব মীশিংবু মুংশিব মীৎয়েংন য়েংবিগদবনী হাঈবসী খঙ্‌হনবিনবগিদমক্ত যুগাবতার ওইগ্রব ভগবাব বুদ্ধদেবন লাঈথুং পক্লব মীবু মুংশিব মীৎয়েংগ লোঈনন সেবা তৌবিরম্ব, পেল্‌হন্‌বিরম্ব ; যীশু খৃষ্টন অসীগুম্ব অনাব মীবু সেবা তৌবিরম্বগি

ব্রা অরিব লাইরীক্ লাইশু থূদী'দ থেংন'রি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভূন দক্ষিণ ভারত্ত লেঙ্বদ লম্বীদ লাইথুং পকপ মী থেংনদূন মাগি কৃপান (হাঙ্গবদী সেবান, লাঙ্গয়েংবিবন) অনাবদূ কোক্হন্-বিরম্বগি ব্র' য়াউরি। অসীগুম্ব থৌজাল্হৈব মিন্নুংশি থঙ্বশিংগি থৌজাল্ ফংজনবগিদমক্ত ভীর্থশিংদ অসীগুম্ব অনাব মীওইশিং অসীন লৈবসী মমাংঙৈদগি চৎনরক্লি। ঐথোঙ্গিগি হাক্তক্ অসীদন রাষ্ট্রপিতা গান্ধীজীন লাঙ্গথুং অসী পক্লব মীশিংদ সমাজন কি-তুক্কচন য়েংব মীৎয়েংদুবু থাঙ্ডমদবদগি মশাগক্ত অসীগুম্ব অনাবশিংবু সেবা তৌদূন লাঙ্গকন্নরম্মী। মরম্ অসীমক্তন মহাত্মা গান্ধীন নোংগাখিব হুমীৎ জান্যুরি তাং ৩০ অসীদ ভারত শীনৃথুংন 'এন্টি—লেপ্রোসী ডে' পালন তৌনরিবনী।

**সমাজগি মীৎয়েং :**—লাঙ্গনা অসীবু অয়াম্ব মীন 'লাইগি শাপ্' নত্রগ মশাগি নহাল্মুক্ক কর্ম্মফল' ওইন লৌদূন, লাঙ্গয়েং-বিবগি মহূত্ত, য়ারিবমথৈ শাপ্থোক্ত থম্দূন মরম্নাই তাহন্নে। মসীমক্ য়াম্ন হুংশিথঙ্দবগি মওঙ্নী। মরম্ অসীন ঐথোঙ্গিগি ঈরক্ত কনা-কনাগুম্বন রাশকপদ 'কুষ্ঠি থুংগে' হাঙ্গনৈ। কনাগুম্ব অনাবন সমাজগ তিন্ন-তোৎননব তৌজরবস্থ সমাজগি অশূক্প মীয়েং অমম্বুং কি—তুক্কচব রাখল্ অদুবু ঈকাই-হঙ্গোইজবদগি মশা-মশাবু সমাজদগি য়ারিবমথৈ থাপ্ন লোৎশিঞ্জে অমম্বুং মমল্ য়াউদ্রব পুন্সী অমগুন্ন শিব ঙাইনরি। করি করিগুম্বদ নীংব কাঙ্গবদগি মমল্ লৈজব পুন্সীনী থন্দূন আত্মাঘাট তৌদূন মাঙ্জৈ। লাঙ্গনা অসীন নাব মীবু জাৎ তান্নবগুম্ন থম্নে।

লাঈনা অসী কোক্লব হোৎনবগি মতাংদ মিথুংশি অমসুং থম্মোইগি থৌনা (moral courage) অম দরকার ওইব মরম্ ধর্ম্ম প্রবর্ত্তকশিংন হীরম্ অসীদ মীৎয়েং চঙ্শিল্লম্বনী। গৌজিকসু খৃষ্টান্ মিশনরিশিংব শর্ম্ম শর্ম্মোক্‌প কাঙ্‌বুগি থবক্কি মথুংদ লাঈনা অসী কোক্লব হোৎনবগি থবক্সু য়াউরিবনী।

**লাঈনা অসীগি অশেংব মশক্ঃ**—হৌজিক্কি বিজ্ঞানন্ন পুথোক্লে, মদুদী, লাঈনা অসী **মাইক্রোবেক্টেরিয়ম্ লেপ্র** (Microbacterium Lepre) কৌব মহীক্ অমন পোক্‌হনবনী। মহীক্ অসী **হেন্সেন্** (Hansen) ন ইংশোক্ ১৮৭৪ দ পুথোক্‌খি। মহীক্ অসীন উন্‌শাগি অশোক্-অপনব, অতৈংপ মফম্‌দ চঙ্‌ঙী। শম্ন-শোক্লবদগি মরুওইন লাঈনা অসী লৌনে। উন্‌শা অমসুং মপান্‌থংব শিংলিদ শোক্‌ঈ। লাঈনা অসী মথল্ অনী থোক্‌ঈ,—(১) **নন্ লেপ্রোমেটস্** (Non Lepromatous) হাঈবদী লৌনগন্দব, মহু কয়া কন্দব, (২) **লেপ্রোমেটস্** (Lepromatous) হাঈবদী লৌনগনব, মহু কনব। লাঈনা অসী হৌজিক্ **সল্‌ফোন্** (Sulphone) কৌব অনৌব হীদাক্ অমন য়াম্ন নীংথিজন ফহনব ঙম্লে। হীদাক্কি মথক্তু শাজেম্নচিংব (Physiotherapy) তৌদুনা অমসুং খূৎলাইগি মতৌংন (Surgery) য়াম্ন থীন শোক্তুনা ফীবম্ কাঈরব অনাব কাউব নীংথিন লাঈয়েংব ঙম্লে। য়াম্ন মরু ওইব য়াদী,—অনাবসী মতম্‌চান লাঈওং লেপ্ন, লাঈয়েংব অমসুং ডাক্তরন তাক্‌প

মতুংইন্ন মতম্‌শাংন লাঙ্গয়েংব অমস্তুং নিয়ম্‌ ঙাক্‌প অসীনী। অদুগ খঙ্‌গদব অমন, অয়াম্ব মীন খাজনরিব (লায় খঙ্‌লিব) অঙৌব পক্‌প (শ্বেত কুষ্ঠ, Leucoderma) অসী লেপ্রোসীনী হাঙ্গবসী চুম্‌দে; মসীদী চুম্ন উন্‌শাগি মন্নুংদ মচুগি পোৎচাক্‌ (Pigment, Colouring matter) অম ৱাৎপদগি থোক্‌পনী। মহীক্‌-মতাংন থোক্‌হন্‌ব নত্তে। লৌনগন্‌ব নত্তে। লেপ্রোসী হাঙ্গব লাঙ্গনা অসী পারী-পুরাদগি (Hereditary) লৌনবস্তু নত্তে। য়ারিবমখৈ ঙম্ন ডাক্তরদ তাক্তন লাঙ্গয়েংহন্‌বতন অফব ওইগনী।

## লেপ্রোসীগিদমক্‌ সরকারন পাঙ্গথৎলিব থবক্‌ঃ—

(১) নেশনেল্‌ লেপ্রোসী কন্ত্রোল্‌ স্কীম্‌ (National Leprosy Control Scheme)—হাঙ্গব লেপ্রোসীবু মুথৎনবগি থৌরাং অম জাতিগি ওইন ভারত সরকারগি স্বাস্থ্য বিভাগন পাঙ্গথৎলি। মসীগি উদ্দেশ্যদী—করিগুম্ব পুল্লপ্‌তাব অথন্নব মফম্‌ অমদ লেপ্রোসী শন্দোরক্‌প থিংব, য়ুম্‌থোঙ্‌ থূদীং চত্তন পরীক্ষা তৌরগ অনাব লৈব মীশক্‌ খঙ্‌দোক্‌প অমস্তুং লাঙ্গয়েংবগ লোঙ্গনন নাক্রিব মীশিংগ শম্ন—শোন্নবদগি লাঙ্গনা শন্দোক্‌প থিংব অসীনী। সহরদগি লন্নাঙ্গ থরাইদন অনাবসী খর হেল্লপ্‌ তৌঙ্গ। শিক্ষা খর ৱাৎপ লন্নাঙ্গ-ন্নাইদ অনাবসী খর হেন্‌ব মন্নন্ন অনাবসীগি মরম্‌দ মীয়াম্‌দ শিক্ষা পীনব হোৎনবস্তু থৌরাং অসীগি মরুওইব থৌরম্‌ অমনী।

উদ্দেশ্যশিং অসী পাঙ্থোক্নব মথল্ অমীগি ( Centre ) লিংখৎলা,—(১) লাঙ্গয়েংনব অমস্তুং নৈননব কেন্দ্র ( Treatment & Study Centre ), (২) তেঙ্বাংনব কেন্দ্র ( Subsidiary Centre )। ইংশোক ১৯৬১, সেপ্তেম্বর ফাউবদ মী ১০,২০,২৬,৬৮,৬ য়েংঙী, ৭৪,২৪,০২১ ন পরীক্ষা তৌই, ৯৮,৭৮৮ ন থাক্লেপেংন অনাব মশক্ খঙ্দোকৃঈ।

হীরম্ অসীদ নীংথিন তম্নব ডাক্তর; কম্পাউণ্ডর, হেল্থ্ ভিজিটর, সোসিয়েল্ রার্কর, টেক্নিসয়ান্ ময়াম্ থৌরাং অসী পাঙ্থোক্লি। অনাব মীবু লাঙ্গয়েংবিবদ নত্তন অনাব মীশিং-দুগি মথাদ লৈব মাগি ঈমুং মচুংগি মচা—মশুপিংগি মহৈ-মশিং তম্নবগি থৌরাং, মকি-মরোল্ শেং-চানবগি তেঙ্বাংব ফাউব য়াউরি।

অহুম্শুব চহী মঙাগি থৌরাংগি মথাদ লুপা লাখ ৪২৭'৪০ কাইদুন থবক্ অসিদ শীজিন্নগনী। মণিপুরদগী কেন্দ্র অহুম্থক্ ইম্ফাল, থৌবাল্ বিষ্ণুপুরদ লিংখৎলে।

(১) লেপ্রোসী এডভাইজর্যর কমিটি ( Leprosy Advisory Committee )—

ইংশোক ১৯৫৮ দ স্বাস্থ্যমন্ত্রীন চেয়ারমেন্ ওইদুন ভারত সরকারন কমিটি অসী শেম্খি। কমিটি অসীদ ভারতকি মরু-ওইব নন-ওফিসিয়েল্ সংস্থান নীপাল্‌গি প্রতিনিধি য়াউই। কমিটি অসীগি মথৌদী—'লেপ্রোসী কন্ট্রোল্ স্কীম' গি থবক্

য়েংব, স্কীম্ অসীদ মরুওইব কান্নগদব প্রস্তাব পীব, লাইনা অসীগি থবক্ তৌরিব লম্নাই-সংস্থানশিংদ শেল্গি মতেং পীনব থম্নব অমসুং সরকারদ রিকোমেণ্ড তৌব। কমিটি অসীন ওস্তুব চহী মঙাগি থৌরাংদ লেপ্রোসীগিদমক্ লুপা কোটি তরা পীজিন্নবব ব্রারেপ্ লৌখি।

(৩) হিন্দ কুষ্ঠ নিবারণ সঙ্ঘ (Indian Leprosy Association)

ইংশোক ১৯৫০ দ ভারতকি প্রেসিডেণ্টন চেয়ারমেন্ ওইন সঙ্ঘ অসী শেমখি। সঙ্ঘ অসীগি থবক্তি (১) থিজিন্নব (Research), (২) লেপ্রোসী লাইয়েংনব অমসুং লাইওং লেপ্নব ডাক্তরশিংবু মতম্ তেন্ন শিক্ষা পীব, (৩) শন্দোক্পা অমসুং ফোঙদোক্নবা থঙ্হনব (Propaganda) অসীনী। সঙ্ঘ অসীগি শাখা-বোম্বে, ইউ-পি, মহীশুর, নোংচুপ্বঙ্গ, মাদ্রাজ অমসুং উরিষ্যাদ লৈ।

ভারত সরকারগি থৌরাংশিং অসীগি মথক্ত অন্তর্জাতিক ওইব WHO (World Health Organisation), UNICEF (United Nations International Children's Emergency Fund) নসু মখল্ মথা অরাম্ব হীদাক্, খুৎলাই, মীগি মতেং পীরি।

## BIBLIOGRAPHY

1. Leprosy in India (Vol. XXX, No,4) — Quaterly of Hind Kusth Nivaran Sangh.

2. News Bulletin Leprosy ( Vol. I. No. I. ) — Issued by the Ministry of Health, Govt. of India.

3. All India Leprosy—........... do

4. Hind Kusth Nivaran Sangh ( Annual Report 1958 ) H. K. N. S. New Delhi

5. Swasth Hind ( Vol. V No. 12 ) C. H. E. B. Ministry of Health, Govt. of India.

6. Manipur Gazette ( extraordinary ) ( No. 212-E-169 ) ( 30.1.62 ) Manipur Administration.

7. চরক সংহিতা ।

---

# শহীদ দিবস

## ( Martyr's Day )

### —জানুয়ারি, তাং ৩০—

মীওইবন হোনশা ওইন ঐগি ঐগিন মাঙ্ওইনৈ। ঐগি ঈমা-ঈপা, ঐগি ঈয়ুম্, ঐগি ঈরৈকাই-ইথুঙং, ঐগি ঈরৈবাক্, ঐগি পৃথিবী—রাখল্সীন পৃথিবীবু লাঙ্হল্লী, অকিব পোক্হল্লী। অকিবসী কোক্লব, ঐগি ভুংওইব, মীয়ামগি য়াইফ-রাখল্ মাঙ্-ওইব মীওইশিংন ভাল্লি মরক্-মরক্ত, থজহল্লি মীওইব মপোক্পু,

তন্নাথিনৃগুম্ব সনাফীগেদ। থরানৃমিচাক্ শীংনাইদন থোক্লবশু থাগি মঙাল্ নত্তন অমম্ব কোক্তবগুম্, 'ঐগি রাথল্-অমম্বু' কোক্-হনৃব ওমদে 'মীয়ামৃগি রাথনৃব মীশিং' নত্তন। রারব তাইবঙ্গি মনুংদ হুংগাইব লৈশেম্লোল্গি অরুব মতাং অসীরাইদ লৈরে। তানৃগবদী ময়ামৃগি-কান্নব-ঐগিনী, ঐতগি-কান্নব-ঐগি নত্তে।

নিংথমৃথাগি উনৃথান কংহল্লুরব লৈপাল্ লৈপাল্, কাল্লেনৃ হুংশান চাকৃথেক্লুরব লৈমাঙ্গী, অনৌব নোংগি ঈরান নৌহৌ-হনৃবগুম্ অকনৃবগি শী'ন-রাইদগি মিশাইরব কাঙ্লূপ্ন হিংব ওম্নরি মীয়াম্গিদমক্ থরাঙ্গী কৎপ কাঙ্বুগি মপাম্ন। নত্রবদ্রী করিগি নৃঙ্দ হক্লুগদগে দধীচিগি মমিং, করিগি লীনরুগদগে অভিমন্যুগি রারী? শহীদ ক্ষুদিরাম, বীর টিকেন্দ্রজীৎ তৌব নৎথিদ্রা মীয়াম্গিদমক্ জীবন—দান?

অসীগুম্ব মীওইশিং অসীগি পুন্সী ফিদম্নীংঙাইনী ঐথোঙ্গী থাইগি। ধ্রুবতারান মাঙ্গৈ তাক্পগুম্ পুন্সী মাঙ্গৈ তাক্লি মশাগি ওইজব তান্দব শহীদশিংগি পুন্সীন। মথোঙ্গীগি পুন্সী থুহুংইনৃব তঙাইফদবনী, অয়ুক্ত নীংশিংনিংঙাইনী। কাঙ্থুল্ মৃৎলমৃগদৌরব ভারতকি কৃষ্টি, সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতা পুম্নমক্ অসীগুম্ব শহীদশিংন ঐথোঙ্গীগি থৃত্ত শিন্নবিরম্নবনী। মথোঙ্গীগি লম্মল্ মতম্ কুইনগিদমক্ তোম্নগদবনী। মথোঙ্গীগি রাথল্ লম্জিং মথাদ ঐগি তুংওইন ময়াম্গি মাঃওইন পৃক্নীং চেংন থবক্ত চঙ্শিনৃবতন মথোঙ্গীগি লম্মনৃ শিংব ওইগনি, দেশকি একতা পুরক্লনি, য়েক্লববু গাক্থোক্লনি।

রাথল্ অসীগি মথাদ, হুমীং অসী, ভারতকি রাজনৈতিক মুক্তি অকক্নব লোংনৈ হুংশীং নংলূরবা লম্বাও-নরম্বব ভারত বাসীশিংগি হিদু হিনাও শাবিদূন হিথাওকম্লম্বব পুবিরম্ব রাষ্ট্র পিতা মহাত্মা গান্ধীজীনি অরোইবা-য়াহীপ্ তানখিব হুমীং—জানুয়ারি তাং ৩০ অসিদ পালন তৌরক্লি। হুমিং অসীগি অয়ুক্ পূং ১১ তাব মতম্দ মিনিট ২ দং রা ঙাওদনা লৈবনা পালন তৌবগি মওঙনী। মতম্ মফম্গি ফিবম্ মতুংইন্না হেন্না নীংথিবা মওঙদ পালন তৌবা য়াই।

**মরীথাংনবা রাকম্ থরু:**—অহানবা পৃথিবীগি লান্ডাও লোইশিন্নকপদ জর্ম্মনগ, মাঙ্গিয়োক্লবা কাঙ্বুগ অনীগি মরক্ত য়েংথিনবা রাথল্ অদু তোক্লবগি মওঙ ওইনা ইং ১৯১৮ গি নবেম্বর তাং ১১ দ সন্ধি অম ইদূনা সহি তৌনখিবা অদু নীংশিংবা ওইনা গ্রেট্‌ব্রিটেন্, ফ্রান্স, অমসুং ইউনাইটেড্ ষ্টেট্ লৈবাক্ অহুম জাতিগি ছুটি অম ওইনা উৎসব তৌদূনা পালন তৌরম্মী। পালন তৌবগি মওঙদী—হুমীং অসোগি অয়ুক্ পূং ১১ তাব মতম্দ মিনিট ২ দং রা ঙাওদনা লৈবা অসীনী। হুমীং অসীবু **আর্মিষ্টিস্ ডে** ( Armistice Day ) হাঙ্গনা খঙনরম্মী। অনীশুবা লান্ডাও লোইরবা তুংদ, অহানবা অমসুং অনীশুবা পৃথিবীগি লান্ডাউদ শিখিবা মীশিং অদুদ ঈকাই খুম্নবা উৎপ ওইনা ইংলণ্ডদ নবেম্বর তাং ১১ গ থাইদগি নক্লবা হাঙ্গবদী হেক থংনবা নোংমাইজিং অদুদ পালন তৌরগনী হাঙ্গনা লাউথোক্‌খিরম্মী।

ইউনাইটেড্ ষ্টেট্স, প্রেসিডেন্টন ইং ১৯৫৪ গি জানুৱারি তাং ১ দ, কুমীৎ অসী ভেণ্টেরান্স্ ডে ( Veterans Day ) হাঙ্গৈন মমিং ওম্বোক্লুন, থোকৃখিব লান্ পুন্নমক্কি হৈশিংব মীওইশিং অদূগি সম্মান উৎপগি মওঙ্ দ পালন তৌনব বিল্ অম সহি তৌখি। কুমীৎ অসীগি চপচাব মওঙ্ দ উৎসব অসী তৌনৈ।

অসীগুম মীওইব মপোক্কি ফিদম্ উন্থুন পুন্সী থোদাং পাঙ্লম্নগ চৎপ্রব শহীদশিংবু· নীংশিংদুন মথোঙ্গৈগি রাখল্-লম্ জিং মথাদ পুন্নীং-হক্চাং রাহৈ অমত্ত ওইন, মীয়াম্গিদমক্ থরাঙ্গি কৎপ ওব থৌন। নিজবগ্র লোঙ্গৈনন কুমীৎ অসী পালন তৌসী।

## BIBLIOGRAPHY

Encylopaedia Britanica Vol. 2 ( ANNU – BALTIC ) PP. 687.

---

# ফায়ার্ প্রিভেন্সন্ উইক্
## ( Fire Prevention Week )
## —ফেব্রুয়ারি, তাং ১১-১৭—

ওঁ॥অগ্নিমীলে পুরোহিতং যজ্ঞস্য
দেবমৃত্বিজং হোতারং রত্নধাতমং ॥

( ঋগ্বেদ—১।১।১ )

করিনো :— মৈতৈ রাহৈদ 'চঙ্লে মৈ, শিরে মৈ' হাঙৈন-খঙুম মীওইবগি পুনৃশিদ মৈ হাঙৈবসী পান্দম্ লৈতন কারৈ। অদুবু মৈ হাঙৈব মহৌশাগি পোৎ অসীন মীওইবদ ফন য়াম্ন কান্নব থবক্ তৌদুনসু অমদী মীওইবগ ফন তোঙৈন তিন্ন-তোৎনন লৈমিন্নব ওইরবসু, খঙ্হৌদন "মৈ!" হাঙৈন হেক্ লাউরক্পদ অকিব অম হেক্ত পোক্ঈ। মসীন কান্নবমুক খুদোংথীবসু ওই। ইতিহাসন খঙ্ব, খাইদগি হেন্ন থীন মাঙ্-তাক্হনবশিংগি মনুংদ মৈ হাঙৈবসীসু অমনী। মমল্ য়াম্নব পুন্সী অমসুং লল্ কয়া ঐখোঈ-ঐখোঈগি য়ুম্দসু মৈন মাঙ্হল্লি। মতম্ কয়াচঙ্ন তানৃথৎচরক্নব লনৃথুম্ মীকৃপু মৈন উৎ ওল্হল্লি। হাঙৈনব লৈ "হুয়ানৃবন হুখিবদী ফত্ত—হৌদি খাক্পিরম্মী, মৈদী অফংবমখৈ উৎ ওল্হল্লম্মী।"

অসীগুম্ব অয়ুক্-তুমিদাংদ নোংম—নোংমগি হিংনবগি থবক্ত চঙ্লিব মৈ অসীদগি ঐখোইন চেকশিন্নব অমদী শোঙৈথিবদগি ফংলিব অয়ানশিং অসী কোক্নবগিদমক, মসীগি মরমদ মসী খোক্তনব মৈখেৎ অমদী চুয়াপ্ মচেক্ নীংথিন মুথৎলগ

চেকশিনৃব ৱাথনা হৈনব, অমসুং খুদোংচাদনা থোক্লকপ মৈগী অকি-বদগী কান্নবগী মরমগী ৱান্নৃ হৈনবা, মগীগী মরমদ মীয়ামদ শিক্ষা পীননবগীদমক, ভারত সরকারনা চহী খুদিংগী ফেব্রুৱারিগী তাং ১১ দগী হৌনা চযোল অমমম্ 'ফায়ার প্রিভেন্সন্ উইক্' (মৈচাকৃপ থিংনব চয়োল্) হাঙ্গদুনা ভারত শীনৃব থুংনা পালন্ তৌই। নুমীৎ অসী মতম্ মতমৃগী খৃ'দাংচাব-চাদব মতুংইন্না হোংদোক্-হোংজিন্ তৌব যাই।

**অরিব ৱারম্ :—** প্রকৃতিগী মরু ওইব পোৎলম্ নীপানৃগী মসুংদ মৈ অসীসু অমনী। মৈবু 'অগ্নিব্রহ্ম' কৌঈ। ঋগ্বেদদ অমুন্না হাঈরি—'অগ্নির্বৈ দেবানাং সেনানী :—লাইগী তেঙ্গোল্ শিংবু মাওদ পুই হাঈদুনা 'অগ্রণী' কৌঈ (অগ্রণীর্ভবতি)। যজ্ঞগী অহান্ বদ মৈবু হৌগৎলি হাঈদুনা 'অগ্নি' কৌঈ (অগ্রং যজ্ঞেষু প্রণীয়তে) (নিঘণ্টু—নিরুক্ত—৫।১)। ভূত পুম্নমক লৈ হাঈদুনা 'বৈশ্বানরঃ' কৌঈ (নিরুক্ত—৩।২২)। কবিগুপ্ত লাই অমদ কৎকদব পোত্তু মৈদ কৎলগ য়োইমীংজিব লাই অদু ভাম্ন মৈন পুথী হাঈদুনা 'হব্যবহ' কৌঈ। মৈৈভগী অরিব চাউখ্রৎপগী মসুংদসু মৈদ পোৎ কত্তুম হোম্ তৌব অসী চৎনরক্লি।

**মৈদগী খুদোংথীব থোক্পগী মরম্ খর :—**

১। চূরূপ্ থকৃপদ চেকৃশিন্দব—চূরূপ্ চম্বগী মৈখেৎ অচাকৃপ থৌওইদনা হপোক্ প, চাক্লিব চূরূপং—মতেক্ হপোক্ প, অসীগুম্ব অসী থম্নুদনা অমদী অশোঈব য়াউদনা কয়ারক্ তৌরবসু নোংমদী শোঈদনা মসিদগী থুদোংথীব থোক্তনীংঙাই লৈতে।

চূরূপ্ মতেক্ হুন্দোক্ফম্‌দ ( ash tray ) থাদবন কৈ। স্তুম্নম্‌-দাইদ ফমুংদ চূরূপ্ থক্পন্সূ খুদোংথীবসী থোক্লবগি মরম্ অমনী। চূরূপ্ থক্ থক্ তুম্থখিবদাগ ফিরোল্‌দ তান্নগ চাকখৎলক্তন থরাঙ্গ অমদি লন্থুম্ মাঙ্‌বসী তোঙ্গন থোক্ঙ্গ। চাক্লিব চূরূপ্ মতেক্ ash-tray দ থনম্লগ মপান্ থোক্প নক্লগ থবক্ অতৈ তৌবস্ সূম্দে। মৈদুন অস্তুম্ অস্তুম চাক্শিল্লক্তুন চাক্তব হেন্দোক্প পক্লক্ত টেবল্ মথক্ত তাদুন মমল্ য়াম্লব চে-জুং, ফিরোল্ চাক্পদ নক্তন মাঙ্-তাক্লব মরম্ ওইহল্লি।

(২) কেরোসিন্ থাউ, পেট্রোল্, স্পিরিটনচিংব মৈ হৌগনৃব পোৎশিং চেক্শিন্দন থম্বদগি অমদী শীজিন্নবদগি মৈ হৌদুন চাক্লল্লি। মৈথেৎ মফম্ নাইদন থম্নবস্ অঙাংশিংন শাম্নবদগি মতম্ অয়াম্বদ মৈ হৌনবগি মরম্ ওই।

(৩) ঈমুংদ ফদী-ফরা, শীজিন্নব্রব পোৎচৈ অতেক্-অকাঙ্গ অসিগুম্ব ফত্ত হৌদি ময়াম্ পৈশিন্দুন থম্ব অসীস্ করি করিগুম্বদ মৈগ শম্নদুন মৈহৌনব মরম্ ওইব য়াই। ইংথোল্‌দ উনা-শীংনানচিংব ফত্ত-হৌদি মৈ থাদোক্পদগি চেক্শিল্‌হৌদদুন শম্নদুন য়ুম্—কৈ চাক্প ওইথোক্তব নত্তে।

(৪) হৌজিক্কি মতম্‌দ ইলেক্ট্রিক্ মৈ চাক্‌নূব অদীম্ তোঙ্গন থোক্লবনী। নীংথিন রায়রিং ( Wiring ) তৌদব, মতীক্‌চাদন মৈ হেন্ন থাক্লিনৃব, ফত্তব মন্নব তারা ( Wire ) শীজিন্নবদগি মৈ হৌঙ্গ।

(৫) অঙাংশিংন মোমবাটিনচিংব পাঈদুনে চেক্রেৎ, চৈতেক্ল-চিংব মৈ থাদুন শাম্নবদগি মফিদ ল্লাঈদুন চাক্পদগি শিব নক্সগ খীন শোকপ য়াম্না তোঈন থোক্ঈ।

(৬) চাক্থোংবদ লৈরঙদ নকমম্ন ফম্ব নক্সগ থোওইদম তুং-ওম্ন ফম্বদগি ফিদ মৈ ল্লাঈদুন চাক্পম্ থোক্তব নত্তে।

(৭) ইস্ত্রি তক্পদগি কারগুম্ব অমদগি কাওথোক্তুন ফি মথক্ত ইস্ত্রি অশাম্ব থনম্বদগি ফি চাক্তুন মৈ হৌনবগি মরম্ ওইব য়াউঈ।

(৮) অঙাংশিংন দুর্গাপুজা, দিপাম্বিতা (দিয়ালী) নচিংব কুম্মৈ-ফিয়োংশিংদ মৈবাপ্পি, বম্বুলানচিংব মৈহৌব পোৎ শাম্ন-বদগি মৈচাক্প, অসীগি মথক্ত করি করিগুম্বদ থরাঈ মাঙব্ ফাউব থোক্লিবনী।

হাঈগ্রিবশিং অসী নত্তব মরম্ কয়ান মৈ চাক্প য়াই। মরম্ অসীন মৈদগি খুদোংথীব থোকহল্লোই হাঈরবদী হাঈগ্রিব খুদোংথীব থোক্প য়াব মরম্শিং অসী ঈশা-ঈশান জ্ঞান তান চেক্শিম্ন তৌদনব খমদী থোক্তনব হোৎনবন মরুনী। মরু ওইব রামক্তবু মতম্ পুম্নমক্ত মৈবু চেক্শিম্ন ঙাক্শেন্দুন থীজিন্নগনী। মৈতৈ রাহৈদ "মৈরীকপীন মৈজাওবী ওল্লী" হাঈবসী থক কাওরোইদবনী।

**মৈচাকপ থিংব:**— মথক্ত হাঈগ্রিব মরম্শিং অসী থোক্তনব হোৎন-হোৎনন করিগুম্ব শোঈথিবদগি মৈ চাক্লক্লবদী মখাগি উপায়শিং অসীন মৈদু মুথৎনব হোৎনগনী।

ঈহান্-হান্‌বদ চাক্লিব মফম্‌দু সহরদ ওইরবদী (১) ফায়র্ এলাম´ পিলর্ (Fire Alaım Pillar) শীজিন্নব, (মসী হৌজিক্-মক্তি ইম্ফালদ লৈজি) নত্রগ (২) টেলিফোন্দ (ফোন্ নং ১০৭) নত্রগ (৩) মী থাদূন মৈচাক্‌প কন্‌ব (Fire Brigade) কাওবুদ খুদক্ত তাক্লুগদবনী। ফায়র্ ব্রিগেড্ লাপ্‌ত্রে, তাক্লুদূন করি কান্নগদগে হাঈব রাখল্ তৌদূন লৈথোক্‌প ফত্তে। ফায়র্ ব্রিগেড্‌কি থবক্ তৌরিব মীশিংন মৈগি মরম্‌দ ঐথোঈদগি হেন্ন খঙ্‌ব হোল্লি। অদুগি মথক্ত বৈজ্ঞানিক্ ওইব থুংজু-থুংলাইগি মতেংন পাক্তক্লন চাক্‌প য়াব মৈবু ঈরাঈ-লাঈন মুথংলী। তাক্লুরগ অয়াব মওঙ্‌দ মথোঈগি মতেং পাংগদবনী। কান্নদবদ কুম্মে হেংনবগিদমক্ মীয়াম্ ওম্‌শিন্দূন লৈরগ মথোঈগি থবক্ত অপন্‌ব পী। অদুগি মথক্ত শোঈদূন থরাঈ—মাঙ্‌ন য়াব থুদোং-থীব থোক্‌প য়াই।

ফায়র্ ব্রিগেড্‌ত পাও পীবগ লোঈননা ঐথোঈন ওক্লাথে পুক্নীংতপ্ন জ্ঞান তান অফংব পোং—চৈগি মতেংন চাক্লিব মৈদু কন্নব হোৎনগনী। অচম্ব, ফংবদ লাঈব থুংজু-থুংলাইশিংগি মনুংদ বাল্‌টি, লৈঙোই, লৈপাক্ পম্প্, কৈরাক্, থৌরী, থাঙ্, ফক্রেন্, বোরাথাউ অসীনচিংব পোংশিং অসীগি মতেংনম্ভূ মৈ কন্‌বদ মতেং ওই। মরম্ অসীন থুংলাইশিং অসী তঙাঈফদন য়ুম্ থূদীংগি থম্ব কৈ।

লৈঙোই হাপ্প বাল্‌টি ( Sand buckets ) থম্ব ইতত্তুন থম্ব কৈ। মসী মরুওইন ইলেক্ট্রিক্তগি হৌব মৈ অমত্তুং থাউদগি

হোৌব মৈ মূথংপদ কাম্নে। থাউ নত্রগ ইলেক্ত্রিকগী হোৌব মৈদ ঈশিং হৈজিন্নবদী হেন্ন হেন্ন চাকনি।

পম্প্ (Stirrup Pump) থুংলাই অসী মমল্ হোঙ্‌ন তুকান্দ লৈব কংগনি য়াম্ন থুংলোঈব শীজিন্নবদ লাঈব থুংলাইনী। ঈশিং বাল্‌টি অমদ লূপ্‌শিল্লগ মী অমত্তন শীজিন্নব য়াই।

হীদাক্ন মূথংপ (Chemical extinguishers) অসাদী থম্ন লুই। মরম্ মুন্ন থঙ্‌লগ শীজিন্নব ফৈ।

কৈরাক্ (Ladder) ফুট ৮' দগি ১০' ফাউব শাংব অম মতম্ পুন্নমক্ত থোৌরাং তৌদুন থম্‌গদবনী।

মথক্ত হাঈখ্রিব পোৎলম্‌শিং অসী, য়ারিবমথৈ লৈকাই লৈকাইদ ভোলুন্টিয়ার শেম্‌গত্তুন মৈচাক্‌প কনবগি মরম্‌দ ফায়র্ ব্রিগেডনচিংব মফম্‌দগি পাউতাক্ লোদুন শীজিন্নববদী ওথাক্‌প মৈগি থুদোংথীবদগি কনব ঙম্‌গনি। মৈচাক্‌প কনবগি থবক্তি মনুংদ চাক্লিব ইমুংগি পোৎচৈ হোন্দোরক্লিবশিং অদুস্থু মাঙ্‌দনব হোৎনবস্থু য়াউগদবনী। ফত্তব মীশিংন অসাগুম্ব তাক্কাদ থুদোংচাব লোদুন মীগি পোৎ মাঙ্‌হনব য়াউদব নত্তে। হাঈরিবশিং অসী য়াম্ন পুক্নীং তপ্প পাথত্তন তৌগদব ওাক্লনী। পাথংনবদী থবক্ শোঈগনী। হৌজিক্ নেশনেল্ ইম্মরজেন্সিগি মতম্ অসোদস্থু ভিলেজ ভোলুন্টিয়ার ফোর্স (Village Volunteer Force) শেম্‌দুন মৈ কনবগি থবক্ অসী তৌননব সরকারন শীল্লি।

## মৈন পোকপগি লাঙ্গয়েং অহানব ( First aid ) :—

মৈন পোকপদগি ঈরাঙ্গ-লাঙ্গন শিব য়াই। শিগ্রবস্ থকচাংগি লৈম্ কাঙ্গহনবনচিংব থোকপ মবম মৈন পোকপগি লাঙ্গয়েং অহানব অসী মীপুম্ খুদীংন খঙ্দব য়াদবনী। মী অম মৈন পোক্লবদী মথাগি নিয়মশিং অসী ডাক্তর ফংগ্রিডৈদ ভাকদবনী।

(১) মৈন পোকপ মফমদুন মথক্—থংন, মীদু অরুম্ব ( ঈংদব ) জাগা অমদ হীপ্তল্ল।

(২) মৈন পোকপ মফমদুদগি ফিরোল্ লৌথোক্লূন মুংশিং যৈহনুগন্ন।

(৩) মৈন পোকপ মফমদু চাম্থোক্-শেংদোকন্ন।

(৪) ঈশিং হানুব মফমশিংদু কাঙ্গহনুগন্ন।

(৫) মৈন পোকপ মফমদূদ থাউ, গ্রিজ, ঈশিং তৈব থোম্ব তৌগন্ন।

(৬) অশোক্প মফম্দূ মোগুব ফীজেং নত্রগ লশিং মপাক্ অমন কুপ্শিল্লগ বেণ্ডেজ্ অমন কোম্তক্র য়েংশিল্লু।

(৭) খুংন শোক্প মতম্দ য়ারিবমথৈ তপ্ন তপ্ন শোক্লদবনী।

(৮) অশোক্প মফম্দু লেঙ্হনুগন্ন।

(৯) মিহুল পীক্থব ( Shock ) নচিংব তৌদনব অরুম্ব কম্বল্ অমন কুপ্শিল্লু।

(১০) গ্লুকোজ্গুম্ব অথুম্ব লুম্বু লুম্বু শাব মহী অম পীথক্উ।

(১১) দরকার লৈরবদী ঈশিং অশাবগি থাউ ( Hot water bag ) নত্রগ লীক্লীদ ঈশিং অশাব হাপ্লগ কি অম হ্রোম্-শিল্লগ অনাবগি মখোঙ্-মথুং, মশাগি অকোইবদ থম্বিয়ু।

(১২) শোর হোলুব লেপ্লবদী আর্টিফিসিয়েল রেস্পিরেশন ( থুংশেম শোর হোল্হনুব ) তৌবিয়ু।

**থূৎশেয় শোর হোল্‌হনব ( Artificial Respiration ) :-**

করিগুম্ব মরম্ অমদগি ( মৈন পোক্‌প, ঈশিংদ তাবনচিংব ) শোর হোনব লেপ্‌্রবদী থূৎশেয় শোর হোল্‌হনব অসী তৌগদবনী। থবক্ অসীগি নিয়ম্ কয়ামুক্ লৈ। ময়ামশিং অদুদগি স্কেফর মেথড্ ( Schaffer's Method ) অসীন থাইদগি লাঙ্গৈ অমসুং চৎনৈ। মদু মথাদ উৎলি।

(১) শুক্ক, থাংদ, অমসুং হক্‌চাংগি মফম্ অতৈদ লৈরম্ব অচেৎপ ফি-রোল্‌শিং অদু কোম্‌থোক্‌হল্লু।

(২) অনাবদু মমাঙ্গৈ লৈপাক্ত উপ্‌শিল্ল মখোঙ্-মথূৎ তিংন লৈহল্লু।

(৩) শোর হোনবদ কোয়নব মমাঙ্গৈ অদু নাকল্ অমদ চেপ্‌হল্লু।

(৪) পাম্বোম্ নামন মমাঙ্গৈ অদু থাঙ্‌গৎহল্লগ পাম্বোম্ নামন থূবাক্ অদু লৈপাক্ত উপ্‌শিল্ল তিংথোকউ।

(৫) থবক্ অসী তৌগদৌরিব মী অদুন অনাবগি নীংজোল্ মপাদ থুরু থূদক্ কুন্দূন ফীবম্ তান লৈম্মু।

(৬) অনাব অদুগি থাঙ্‌দ য়াঙ্‌লেন্ শরুগি নাক্-য়েত্ত থূৎকি থূবী অনীদু সমাত্তর ওইন অমসুং থূৎশাশিং অদুন মথাথংব হুম্‌দাং—শরুশিং নরু থম্মু।

(৭) থূৎকি থূনীং ( পাম্বোম্ ) অদু তিংহয়, কৈগল্ অমসুং পাম্বোম্ অনীদু চপ্ য়ুংবগি ফিবম্ তাব কাউব মাঙলোম্‌দ ভগ্ন ভগ্ন হক্‌চাং ঈনুথৎলক্কুন হক্‌চাংগি অরুম্ব অদুন অনাবগি মথক্ত নম্‌থহল্ল।

(৮) অমূক্ ভুংলোমৃদ হস্বরক্তূন খোঙ্গি থুনীংদ শৌরগ অনাবগি মথক্ত অন্নস্ব লৈহনৃগনু।

(৯) অন্থূন্ন তপ্প তপ্প চাংনাইন ভৌবসিন, নমৃথব অমন্থুং হন্দোক্পা মওঙ্ অনীসী পুন্ন সেকেণ্ড ৫/৫ চঙ্ন হাঙ্গবদী মিনিট অমদ ১২ রক্ চঙ্ন মরম্নাইন শোর হোন্নক্ত্রিব ফাউব ভৌগনী। নমৃথবদ মিনিট ২ হন্দোক্পদ মিনিট ৩ চঙ্হন্-গদবনি

---

## BIBLIOGRAPHY


1. Save your home from fire & Other Bulletins — Published by the Publication Division. Govt. of India.

2. ঋগ্বেদ-সংহিতা (প্রথমংমণ্ডলং। প্রথমংসূক্তং। প্রথমা ঋক্)


---

# বনমহোৎসব

## (জুলাই তাং ১—৭)

**করিনো ?—** থরাঙ্গ পানৃবশিংন হিংদুন লৈবদ চঙ্বশিংগি মসুংদ লৈকম্, অঙ্গং-অশা, ঈশিং-সুংশিং, চীঙ্গাক্ অসীনচিংবন মরু ওইবনী। মখোঈশিং অসী য়াউত্ত্রবদী থরাঙ্গপানৃবশিংন হিংদূন লৈব ঙমদে। মরম্ অসীন; তাইবঙ্ শেম্ব মপুন অহানৃবদ লৈশেম্মী, মথংদ ঈশিং-সুংশীং, অঙ্গং-অশা লৈহন্নী অমন্থুং মদূগ

চূনব পাম্বী হৌহল্লী। ফীবম্ পুম্নমক্ অসী শুন লৈরব তুংদ থরাঈপানুবশিং পোক্ হল্লী। তুংদ লাক্পদৌরিব থরাঈপানুবশিংগিদমক্ মাঙ্জৌনন দরকার ওইব পোৎলম্ পুম্নমক্ শেম্বিরম্মী। মরম্ অসীমক্তন মৈতৈ য়াহৈদ হাঈনব ওইরম্ব য়াহ—"ঈনান য়াংপ থয়াক্তসু শংগোম্পাল্ চিনি চারগ, লাইন য়াৎপ থয়াক্ত করিগি চারোইদগে ?"

অসীগুম্ব পাম্বীশিং অসী লৈত্রবদী থরাঈপানুবশিংন হিংদুন লৈব য়ারোইদৌরিবনী। লুরব য়াফম্ অসা লৈন লৈন হোজাক মতম্দ মরম্ কয়াগিদমক্ চীং-মান্, জঙ্গল্ পুম্নমক্ কোক্থোক্তুন উমং-রামং অয়াম্ব লৈশিল্লক্তব অসীন লৈপাক্পী লৈহাও চেল্হল্লব, লম্গং (মরুভূমি) ওল্হনব হুংশীং-হুংশ—নোংন লৈমাঈগি ফীবম্ কাঈহনব, ঈশিং—হুংশীং (হরাপানি) ওল্হনব অসীনচিংব অমাঙ্ব ফত্তব মওঙ্ কয়া ওইহল্লক্ঈ। ভারতকি মনুংমক্তদ য়াজপুতনাগি মরুভূমিন অসুম্ অসুম্ শন্দোরক্লিবসীনী। মফম্ খুদীংমক্ত মহৌশাদগি নোংম-নোংমগি শাব হেনুগৎলিব অসী উ য়াম্বৎপনসু মরম্ অমনী। মীশিং য়াম্ থৎলক্পগি মতুংইম উমংগি পোৎথোক্শিং অসীগি দরকার হেম্ন লৈরক্প মরম্ম অনৌব উপাম্বী থাগত্রবদী হৌজিক্ লৈরিবশিং অসী নোংএদী লোইখিগনী হাঈবসী মশাম তারকনী। হাঈগ্রিবময়াম্ অসী থিংনব, অসীগি মথক্ত মৈথানর শীং, শীজিম্নব পোৎচৈ, য়ুম্-কৈ শানব উ, মহৈ-মরোং, মনা-মশিং,

চীদাক্ লাংথক্লচিংব পুন্নমক্ অসী মীওইবম হিংবদ চঙ্‌দব য়াওৗথ ভাক্ ওইবনীন মাঙ্‌থ্রিব অসী অমুক্‌হন্না শিংগেৎনব উপায়শী থাব অমস্তুং মরম্ চাদন উয়ানুব থিংঅ অসীনচিংব থবক্ থৌরম কম পাঙ্গথৎপ তাই। নেহরুন অস্তুম্ন হাঙ্গৌখি— "উ অম য়াম্বৎপদী য়াম লাঙ্গী অদুগ মদুবু চাউনব য়োক্‌থৎপদী মীয়োল অম চঙ্‌ঙী।" মরম্‌শিং অসীন, থবক্ অসী জাতিগি ওইনা ভারত শীনুবথুংনা পাঙ্‌থোক্‌পা য়ানব অমস্তুং 'উমংগি মরুওইব য়াথল্' অসী মীপুম খুদীংদ পীব য়ানব, ভারতকি খাদ্য অমস্তুং কৃষি মন্ত্রী ওইরম্ব শ্রী কে, এম, মুন্সিন হৌদোক্লন 'বনমহোৎসব' হাঙ্গন ইং ১৯৫০ দগি হৌন চহী খুদীংগি জুলাই তাং ১ দগি ৭ ফাউবা চয়োল্ অমমম্ পালন্ তৌরক্লি। বনমহোৎসব হাঙ্গবদী 'উমংগি অচৌব হরাও-কুমৈ' হাঙ্গবনী। মীওইব জাৎকি কান্নবা তৌবিরিব অমস্তুং মহৌশাগি মরূপ্ ওইরিব উমংদ খুদোল্‌পোৎ কংপনী।

অরিব য়ারম্ :— অরিব মুগাত, মীওইবগি পুন্সী লম্‌জিং শীথিরম্ব য়োগীশিং মীয়াম্‌গি কান্নবা মথৌ ওইঅব ঋষিশিংন অচীকপ বনশিংদ লৈরম্মা। হিন্দুগি শাস্ত্রশিংগি মতুংইন্না মীওই- বগি পুন্সী অসী শরাক্ (আশ্রম্) মরি থোক্ন থাঙ্গদোকৈ— ব্রহ্মচর্য, গার্হস্থ্য, বানপ্রস্থ অমস্তুং সন্ন্যাস। অহুম্‌শুব অমস্তুং মরিশুব আশ্রম বানপ্রস্থ অমস্তুং সন্ন্যাস অসীদদি য়ুম-কৈ মরল্ মথুম্ থাদোক্লন বনদ লাইনীংদুনা লৈগদবনী হাঙ্গরী। অচৌ- অচৌব নিংথৌশিং ফাউবা অরোইবদ বনদ চত্লা পুন্সী লোয়খি।

মীওইবগি পুন্সীগি খঙ্‌গদব অমদী ফংগদব পোৎশিং অদু বন্দ লৈরগ ফংঙী। মরম্ অসীমক্তন অশিংবশিংন বন্দ লৈব পাম্নরম্বনী। পাণ্ডব মচাগি মপান্সল্-মথৌনা, মতীক্-মগুন্. মহৈ-মশিং পূম্নমক্ চহী ভরানিথোই বন্দ লৈবদগি ফংখিবনী। রামচন্দ্রন বন্দ চহী ভরামরি লেন্দুন জগৎকি কান্নবব তৌবিরম্মী। গৌতম বুদ্ধন হাঈরম্মী— "উমং হাঈবসী মশাগি খন্দব, অতোপ্পগিদমক্ হিংব থৌজাল্‌গি মপাল্ নাইত্রব পোৎশক্ অমনী। মহাকপূ শীংজঙ্ পাঈদুন য়াল্লরিব মী অদু ফাউবদন্তু উরুম্ পীবি। অহিংসাগি মূর্তিনী।" ঐখোঈগি অরিব 'অর্থশাস্ত্র' দ উমংগি কান্নবগি মরম্দ শন্দোক্ল নৈনরম্মী। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরন বাঙ্গলাদেশকি মঙ্গুংদ থাইদগি শারব লম্‌গং ওইব বোলপুর কৌব মফম্দ চহী খূদীংগি 'বর্ষামঙ্গল' পালন্ তৌদুন কান্ন—কান্নব উপাম্বী থাদুন হৌজিক্কি 'বিশ্বভারতী' গি ফজরব মফম্ অসী শেম্‌গৎলম্মী। উ-রান মংখিবদগি মতম্‌চান নোং চুরম্‌দব চুপ্রে, লৈহাও চেন্নম্‌দব লৈপাক্ লৈহাও চেন্‌খ্রে। অসীগুম্ব হৈনৌ, বকুল্, থৈবোঙ্ নিম্ পাম্বীগি মথোঙ্‌দ আর্য্যঋষিশিংগি ফিবম্ লৌদুন ওসি ফাউবদ বিশ্বশান্তি শিক্ষা পীরি।

## উমংগি কান্নব ঃ—

উমংগি কান্নবগি মরম্দ কবি অমন অসুম্ন ফোঙ্‌দোক্লম্মী-

**"The Prayer of the Forest"—**

"Man ! I am the Warmth of your home in the cold
winter night and the protective shade
when summer's sun is strong.
I am the Framework of the roof to your house
and the top to your table ;
The bed in which you sleep
and the Timber with which you fashion
your bouts.
I am the Handle to your hoe.
and the Door to your hut.
I am the Wood of your cradle
and the Boards of your coffin.
I am the Bread of Kindness
and the Flower of beauty.
Hear my Prayer : Destroy me not !

—from "*Unser Wald*"

**বনমহোৎসব কি থৌরাঙ্দ সরকারন পাঙ্খৎলিব থবক্ঃ—**

ভারত সরকারগি চীঙাক্ অমসুং লৌউবগি মন্ত্রী লোঙ্শঙ্ ( Ministry of Food & Agriculture ) গি থৌশিল্ মথাদ অমসুং ষ্টেট্‌শিংগি ফোরেষ্ট ডিপার্টমেণ্টকি থৌরাঙ্দ উৎসব অসী নীংথিজ্জন চহী থূদীংগি পাঙ্থোক্লক্লি। মণিপুরগিসু স্কুল, কলেজ, আফিস অমসুং খুংগঙ্গি মকম্চাব-চাবদ উ থাদুন অমসুং উ-রা থাবগি কাম্নবগি মরম্দ বা ওাঙ্দুন মীয়াম্দ থঙ্হল্লী। মসী-গিদমক্ ফোরেষ্ট ডিপার্টমেণ্টন কাম্নব অমদী ফজব উপাহ্নী চারাশিং য়েন্থ্রি অমসুং য়োন্লি।

ভারতকি মতম্ খুদীংদ বনমহোৎসবত নীংখিন উপান্থী থানববগী নিমক্ অমম্লুং থবক্ অসীদ পুক্নীং চঙ্‌বা হেন্‌খৎনবগীদমক্ত মৈতৈশিংন হাঙ্গরক্‌প মতুংইম ভারত পুম্বগী ওইন মসা মরি পাঁরি। মনাশিং অসী চহী খুদীংগি মার্চকি অরোইবদ ডেরাডুন্ ফোরেষ্ট রিসার্চ ইনষ্টিটুটকি কোনভেকেশন্‌গি মতম্‌দ পী।

১। 'রাজেন্দ্র-শিল্ড'—চহি অমদ খাইদগি হেন্ উ থাব অমম্লুং হিংহন্‌ব জিলাদ পী।

২। 'জওহর-শিল্ড'— " " " " " " " খুংগঙ্‌দ "

৩। 'সরদারপেটেল-শিল্ড'—" " " " " " সংস্থান্‌দ "

৪। 'মুন্সি-শিল্ড'— " " " " " " " বিশ্ববিদ্যালয়দ"

ইং ১৯৫৮ কাউবদ ভারতকি ওইন উপান্থী ৩,৬৭,১০,৭৪২ থাখি; ১,৯৪,৯৬,৬৭৮ হিংখি। মাদুগী মনুংদ মণিপুরগি উপান্থী ৫,৫০০ থাখি, ৩,৫৭৫ হিংখি।

মতৌ অসুম থরাঙ্গপানবশিংগি ভুংনকম্ ওইব উমং-রামংবু চেক্‌শিন লাকন অমদী অনৌব পাম্বী থাঙ্গন ঈমা ভারতপু বঙ্কিমচন্দ্রগী বিশিংন শরুব—'সুজলাম্, সুফলাম্, মলয়জ শীতলাম্, শস্য শ্যামলাম্ মাতরম্' হায়রক ওইরনুনী।

---

## BIBLIOGRAPHY


VANAMAHOTSAVA bulletin—Issued by the Ministry of Food & Agriculture (Govt. of India.)

" " " Directorate of I&P (Govt. of Assam).

" " " Manipur Administration.

# স্বাধীনতা দিবস

## ( Independence Day )

—আগষ্ট, ১৫—

**বাহৌদোক্ :—** তাইবঙ্পানবগি লেঙ্লি-পাল্লিব পুন্নমক্ লেপ্পুন চৎলিব 'কালচক্র' অমগি মন্নুংদ লৈরি। অমুক্ কাঙ্গী, অমুক্ কুম্মী, অমুক্ লোৎলী, অমুক্ কোংঙী। লেঙ্দযদী অমত্তনী। নিয়ম্ অসীগি মখাদ পৃথিবী নমুজিংনঙ্ব ভারতকি লাইবক্সু অমম্ব অহিংগি অকিব-অৱাবদ তাদুন লৈরুই মতম্ কয়ামুক্। অদুবু অহিংগি মথংদ নুংথিল্ মশান ইঙ্গরকপনীন লাকখি অমুশুব তাঙ্গাদু ভারতবাসীশিংদ। নুংশিদম নুংশিশিন্নব মীনোক্কি তাঙম্-ভ্রব খোঙ্গেল্ন নিন্নব, মথ্প্ নাইরব থম্মোইগি রাথল্গ লোঙ্গ-নরব হোন্দোরকপা শোরগি হুগ তিন্নরব নুংশীৎন শীন্নব ভারতাকি রাজনৈতিক আকাশকি অমম্ব লৈচিল্-নোংকাইশিং অদু খতুগি মতুংইন্ন শীৎলকপ অশেংব নুংশীৎকি অকনুব শক্তুন হুমদোক্-খিবগ লোঙ্গনন তশেং-তশেংলব ভারত-জনতাগি পুক্নীং—উদয়া-চলদগি থোক্লকুখি নীংতম্-নুমীৎ।

**করিনো :—** অসীগুম্ব ইতিহাসকি লামাঙ্গদ সনাগি মুক্ক য়েক্তুম থম্নগাদব নুমীৎ অসী ইং ১৯৪৭ কি আগষ্ট থাগি তাং ১৫ নী। নুমীৎ অসী ভারতবাসীশিংগি থম্মোইদ কাওদনব ঙমদ্রী অসীগুম্ব মতম্ থম্ নীপুং চম্নুরম, পোকপদগি লোঙ্গনরব্ব

অধিকার—নীংতম্বু মখোঙ্গ-মখোঙ্গগি খরাঙ্গগ ওয়রগ ঐখোঙ্গগি থুত্ত শিয়রয়ব দেশকিদমক্ পুন্সী কৎপ্রব ভারতমাতাগি ত্তাঙ্লব মপারি-মযোম্শিং অদুবু নীংশিংদুন শ্রাদ্ধাঞ্জলি কৎননবগিদমক্ খোইদোক্ল পুক্লীং‌চেৎন পালন তৌনরক্লিবনী। অতৈ অতৈ জাতিগি মুমীৎশিংদগি 'স্বাধীনতা দিৎস' অসীগি তোপ্-তোপ্প মগুন্ নৈ।

## নীংতম্-লাল্গি শমুপ্প ইতিহাস :—

ব্রিটিশন ভারত্ত পান্‌বু হৌবদগিন চহী ১৫৭ লোম্‌দী করিমত অয়েৎপ নৈতন নৈরম্নদগি ইং ১৭৫৭ ত পলাশীগি লান্‌কম্‌দ ব্রিটিশকি মাঙ্গয়োক্ত অকনবু লাম্বেংনখি। মথংদ চহী ১০১ রোম্ অমুক. নৈরগ ইং ১৮৫৮ দ 'সিপাহী লান্‌হৌব' (Sepoy Mutiny) হাঙ্গন ইতিহাসত ময়েক্‌লান নৈরব ঙরাং অম তৌদুন ভারত শীন্‌থুংন ব্রিটিশকি মাঙ্গয়োক্ত লান্ শোক্লখি। অসীগি তুংদ চহী ২৭ তং নৈরগ ইং ১৮৮৫ দ ভারত জাতীয় কংগ্রেস লিংখত্তু্ন অতৎপ-নৈতন ব্রিটিশ সরকারগ মাঙ্গয়োক্লরক্‌খি। স্বাধীনতা লান্‌কম্গি অগুনবু মতম্‌গি লুচিংবশিংগি মরক্ত ক্ষুদিরাম্, ভগৎসিং, প্রফুল্লচাকী, নানাসাহেব, তাঁতিয়া তোপী, ঝান্সীগি রাণী লক্ষ্মীবাঙ্গ অসীনচিংবশিং অসীগি মিং পন্‌বদ মতীক্‌চাঙ্গ।

ইং ১৮৮৫ দ অশেংবা দেশভক্তি মশক্ থঙ্‌বা সাহেব ( Englishman ) এলেন্ ওক্টারিয়ন্ হ্যুম্ ( Allan Octavian Hume ) ন ভারত জাতায় কংগ্রেস ( Indian National Congress ) হৌদোক্লুন নীংতম্গি লাম্বেংনব হৌরক্‌পদগি

অসুম্ অসুম্ ভারতকি রাজনৈতিক্ অবস্থাদ কীবম্ কগৎপ ঊখি। কংগ্রেস্কি ঈহান্-হানৃব মীতিন্ ( Meeting ) অদু ডব্লিউ, সি, বেনর্জিন সভাপতি ওইদুন বোম্বেগি গোৱালিয়া টেঙ্কি মনাক্ত লৈব তেজপাল্ বিল্ডিংদ কম্খি। চহী থুদীংগি সভা কম্দুন রারেপ্ তাদুন ইং ১৯০৫ অদ্বাই কাউবদ তানৃব রাব দাবী চান্নবসু অদুক্ হান্ন মশক্ থোক্প রাউখিদে।

ইং ১৯০৫ দ লোর্ড কর্জন বেঙ্গল্ থাঈদোক্পগিদমক্ ভারত মীনৃথুংন আপত্তি তৌদুন রানীংদব কোঙ্দোক্খি। মরাঈওইব মতম্গি লুচিংবশিংগি মরু ওইবশিংগি মরুংদ দাদাভাই নাওরোজি, সুরেন্দ্রনাথ বেনর্জি, ফিরোজ সাহ মেহতা, এ, সি, হ্যুম, সার উইলিয়ম্ ৱেডরবর্ন্ ( Sir William Wedderburn ), বালগঙ্গাধর তিলক্, গোপালকৃষ্ণ গোখলে, লালারাজপত্ রায়, বিপিন্চন্দ্র পাল, মতিলাল নেহরু, চিত্তরঞ্জনদাস অসীনচিংব অসীন অহানৃবনী।

ইং ১৯০৬ কি কলিকতাদ কম্খিব অধিবেশনৃদ দাদাভাই নাওরোজিন ঈহান্-হানৃব ওইন 'স্বরাজ' হাঈবসীন ঐখোঈগি লম্থুংফম্ ওইগদবনা হাঈবসী কোঙ্দোক্খি। চহী অসীগি অধিবেশন অসীদ দাদাভাই নাওরোজিন ভারত মীনৃথুংন রাজনীতিগি ঈরাং ( agitation ) অম শান্তিপূর্ণ ওইন তৌনব হৌদোক্খি। ঈরাং হৌবগি রাকম্ অসী কংগ্রেস্ লুচিংবশিংগি নরক মত্ মানখিদে। চরমৃপন্থী ( Extremist ) ওইব 'লোক্মান্য' মিংথোন্ কংপ্রব বালগঙ্গাধর তিলক্কি লম্জিং মথাদ

কাংঙ্লুপ্ অম, অদুগ ময়াঙ্জেলগী চৎপ (Moderates) দেশভক্ত গোপাল্কৃষ্ণ গোখলেগি লম্জিং মখাদ কাংঙ্লুপ্ অম। অমুম ইং ১৯০৭ কি সুরতকি কংগ্রেস্ অধিবেশনদ কাংঙ্লুপ্ অনীসী চাম্নগ কাঙৈনদুনা মতম্ থর কংগ্রেসকি পাঙল্ লোয়রুই। লোকমান্য তিলক্পু কাদুনা খিচার তৌব মতম্দ মান হাঙৈখি—"স্বাধীনতাসী ঐগি পোক্পদগি লোঙৈনবরুব অধিকারনী।" মাবু বর্মাগি মন্দলে জেল্দ চহী ৬ থম্খি। ইং ১৯১৪ দ তিলক্ন জেল্দগি থোরক্লগ 'হোম্ রুল্ লিগ্' হাঙৈব কাংঙ্বু অম শেম্খি। মহাক্ অসী ভারতবাসীবু মীৎ পাঙ্হন্দুনা হৌগৎলবা হোৎনব অকিব লৈতব পোথাব নাইদব মহাক্নুব লুচিংবনী। ইং ১৯১৭ ত এনি বেসেন্টনসু লিগ্ অম শেম্খি। অনৈথংদ হোম্ রুল্গি দাবী মাখবদগি লিগ্ অনীসী পুন্শিন্খি। ইং ১৯১১ দ ভারত পঞ্চমজর্জ (George V) লাক্তুনা দরবার তৌখি। স্বায়ত্তশাসন লিংখৎনবগি দাবী তৌবগি মতুংইন্না ব্রিটিশ সরকারনা ইং ১৯১৮ দ 'মোন্টেগু-কেম্স্ফোর্ড রিপোর্ট' কৌব অম শোংদুনা মখাংগি এক্ট অদুগি শরুক্ থর শেম্লোক্খি।

ইং ১৯১৯ দ রাওলাট্ এক্ট (Rowlatt Act) পাশ তৌদুনা চহিংবদগি দেশকি মীপুম্ থুংনা আওনদুনা ঈরাং হৌখি। তাংজা অসীদ মহাত্মা গান্ধীনা ভারতকি রাজনৈতিক ক্ষেত্রদ থোঙ্গাখি। মহাক্না 'সত্যাগ্রহ সভা' শেমদুনা মসীগি মেম্বরশিংনা রাওলাট্ এক্ট অসীবু ইক্লোই হায়না জোঙদ চঙ্গনি হায়বসী য়াথঙ লৌখিনম খাক্তগী। ইং ১৯১৯ গি এপ্রিল তাং ৬ ত

'সত্যাগ্রহ দিবস' ভারত শীনপুংন পালন তৌদুনা হরতাল তৌরমী। মিনীনচিংব অমসুং মরম পুলিসন লোংমৈ কাপ্‌খি, গান্ধীজীবু ফাখি। ইং ১৯১৯ গী এপ্রিল তাং ১৩ দ অমৃতসরগী জালিয়ান্‌-ৱালাবাগ্‌ত মিটিং অমদা জেনেরেল্‌ ডাইয়র্‌ন মৈচিন্‌-শর্নচিংব লোংমৈ কাপ্পুনা মাঙ্‌হৌননা শঙ্‌ংদন খুৎলাই পাঙ্গদবা মী ৩৭৯ হাৎখি, ১২০৮ শোকহনখি। তমখিরবা মীহাৎ অসীনা ভারত পুম্বগী মীয়ামগী থম্মোই শোক্নুনা ব্রিটিশ সরকারবু য়েক্লবগী য়াথল্‌ অমুক্‌ হেন্না চেৎশিনহনখি। থোদোক্‌ অসী-গিদমক্‌ ওসি কাউবদা ভারতবাসীশিংগী থম্মোই শোক্লি। মহাত্মা গান্ধীগী লমজিংমখাদা জাতীয় কংগ্রেসন অসহযোগ আন্দোলন তৌখি। ইং ১৯২১ দ ইলেক্সন তৌদুনা অনৌবা আইনসভা শেমখি। গান্ধীজীনা আইনসভা অসী য়াউদনবা (boycott তৌনবা) হাঙ্গরমী। মোতিলাল নেহরু, চিত্তরঞ্জনদাস, এন, সি, কেল্‌কার-শিংচিংবা কংগ্রেসকি মীওই খরদী য়াখিদ্রমদে। মখোয়গী মত্ত আইনসভাদা য়াউরগা মসুংদগী থেংনগনি অসীনী। ইং ১৯২৩ দ কংগ্রেসকি মসুংদগী 'স্বরাজ পার্টি' হাঙ্গবা অমা শেমখি। অসহ-যোগ আন্দোলন অসীনা মরম ওইদুনা সরকারগা প্রজাগা তোঙানা তোঙানা লৈবা মতৌ অদুদা ব্রিটিশ সরকার তোকপা থঙদনা চঙলখি।

তৌজিক্‌ মহাত্মা গান্ধীজীগী অহিংসা আন্দোলনগী মঙালদা ভারত মীংশাঙলে। মসীগিদমক্‌ গান্ধীজীবু ফাদুনা চহী ৬ জেলদা থাজিনখি। অদুবু ইং ১৯২৪ দ থাদোকখি। ইং ১৯২৭ ত ব্রিটিশ সরকারনা 'সাইমন্‌ কমিশন' কৌবা কমিশন অমা ভারত থারকনা

স্বরাজ পীনবগি মরমদ য়েংলগনি হাঈন লাওথোকখি। কমিশন্ অদুদ ভারতকি মী অমত্ত য়াউহনখিদবদগি কমিশন অদুবু কংগ্রেসন অমম্তুং প্রজাশিংন য়াখিদে। ভারতকি মফম্ খুদীংদ 'সাইমন্-হনখ্রো' ( Simon, Go-back )' হাঈন হৈব কীরাল. পাঈদুন ওকখি। চহী অসীগি ডিসেম্বরদ মাদ্রাজদ ফমখিব কংগ্রেস অধিবেশনদ ভারতন মপুংফাব নীংতম্ব ( Full Independence ) তানগদবনী হাঈব য়ারেপ্. লৌখি। কংগ্রেসন স্বাধীনতাগি দাবী ভোব অসী মসীন অহানবনী। ইং ১৯২৯ দ পণ্ডিত জওহরলাল নেহরুন সভাপতি ওইদুন লাহোরদ ফমখিব কংগ্রেস্ অধিবেশনদ জানুয়ারি তাং ২৬ অসী স্বাধীনতা দিবস ওইগনি হাঈন য়াশক্ লৌনবগি য়ারেপ্. লৌখি। গান্ধীজীগি লমজিংদ ইং ১৯৩০ জানুয়ারি তাং ২৬ ত স্বাধীনতা দিবস ভারত পীনথুংন পালন তৌখি। চহী অসীগি নবেম্বর তাং ১ দ লণ্ডন ফমখিব 'অহানব রাউণ্ড টেবল্ কন্‌ফরেন্স' য়াউখিদে। মার্চ থাদ গান্ধীজীন ডণ্ডি কৌব মফমদ চত্তুন থুমগি মথক্ত খাজনা ( Tax ) লৌবগিদমক্ থুমগি আইন ( Salt law ) থুগাঈনব সত্যাগ্রহ তৌখি। মফম্ খুদীংদ থুমগি আইন থুগাঈরে। অসহযোগ আন্দোলন মপুংফান চৎখরে। নুপা নুপী পুম মা লখা অময়োম্ জেল্‌দ কাজিনখি। ভারত স্বাধীনতাগিদমক্ থৌনা উৎনখি। ইং ১৯৩১ গি জানুয়ারি তাং ২৫ দ গান্ধীজী অমম্তুং অতোপ্প লুচিংব খর থাদোকখি। গান্ধীজীগ লোর্ড আরউইনগ সন্ধি অম ইনদুন অসহযোগ আন্দোলন লেপ্‌খি।

ইং ১৯৩১ দ লণ্ডন্দ 'অনীশুব রাউণ্ড টেবল কন্‌ফরেন্স' অদ কৌদুন কংগ্রেসকি প্রতিনিধি ওইনা গান্ধীজী, সরোজিনী নাইডু, পণ্ডিত মদন মোহন মালব্য য়াউরুই। গান্ধীজীন দাবী তৌখি— "ভারতন ঙাকশেল্ থৌরাঙ্ ( Defence ), মপাল্ থৌরম্ (External affairs), শেলথুম্‌গি থৌরম্ (Finance) অসীগ লোঈননা মপুংফাব নীংতম্ব পাম্মী।" দাবী অসী ব্রিটিশ সরকারন য়াখিদবদগি রারেপ্ অমত্ত তাখিদে। গান্ধীজীন ভারত্ত অমুক্ খুংলবগ ফাজিন্দুনা য়রবদ ( Yervada ) জেল্‌দ থম্‌খি। অমুক্ হন্ন অসহযোগ আন্দোলন হৌখি। ইং ১৯৩৪ দ কংগ্রেস্‌ন মদু লেপ্‌হন্‌খি। সরকারন কংগ্রেস্‌কি মথক্ত থনম্ব অথিংব (ban) অদু লৌথোক্‌খি। ইং ১৯৩৫ দ 'ইণ্ডিয়া এক্ট ১৯৩৫' পাশ তৌখি। এক্ট অসী কংগ্রেসন য়াখিদে অদুবু ইং ১৯৩৭ কি সাধারণ নির্ব্বাচন ( Genaral Election ) অদুদা য়াউদুনা প্রদেশ ৭ ত কংগ্রেসন কাদুনা মন্ত্রী লোঈশঙ্ ( Ministry ) শেম্‌দুনা ভারতমচাশিংন মতৌক্‌চান শাসন্‌গি থবক্ত হৈশিংবদু ঊংখি।

ইং ১৯৩৯ দ অনীশুব পৃথিবীগি লাঞ্চাউ লাক্‌খি। জর্ম্মনগি হিটলর অমসুং ইটালীগি মুসোলিনীগি মাঈয়োক্ত ব্রিটিশকি মতেং পাদুনা লান্ শোক্লব য়াউনবগি মতাংদ মত্ থেম্‌খি। ভারতন লান্ য়াউব তারবস্ নীংতম্ব লৈবাক্ অম ওইনা য়াউগে হাঈবদ য়াদবগিদমক্ প্রদেশশিংদ লৈরিব কংগ্রেস মন্ত্রী লোঈশঙ্ ( Congress Ministry ) শিং অসী থাদোক্‌খি। অসীগিভুংদ,

ইং ১৯৪০ দ লোর্ড লিন্‌লিথ্‌গো (Lord Linlithgow) ন আগষ্ট ওফর (August Offer) পীব অদু কংগ্রেসন লৌখিদে। ইং ১৯৪২, আগষ্ট, তাং ৯ দ জাতীয় কংগ্রেসকি বোম্বেদ কর্মখিব অধিবেশনদ গান্ধীজীগি ভারত থাদোকুউ (Quit India) হাঙ্গৈব য়ারেপ্‌ অসীন ব্রিটিশন ভারতপু থূদক্ত থাদোক্লব দাবী তৌখি। স্বমীৎ অসীমক্তদ গান্ধীজী অমস্থং অতৈ মরুওইব লুচিংবশিং ফাজিন্নখি। ভাবত শীন্‌থুংন অসহযোগ আন্দোলন তৌখি। রেললম্বী, ডাকঘর অমস্থং মরু মরুওইব সরকারগি আফিসশিং থুগাঙ্গৈখি। অস্থুম ইং ১৯৪২ লোইব ফাউব লৈখি।

ভারতকি স্বাধীনতা—সংগ্রামগি ইতিহাস নৈনরক্‌পগি মতাংদ নেতাজী সুভাষচন্দ্রবস্থগি মিং পল্লম্‌ত্রবদী মপুংফাদবগুম্‌ তৌই। মহাক্‌ অসী ভারতমাতাগি মতীক্‌চাব মচানুপানী। মতীক্‌চান মহৈ-মশিং ওয়রবতুংদ ভারতকি রাজনৈতিক্‌ ক্ষেত্রদ চোংখখি। আন্দোলনগি মতাং খূদীংদ অচৌব শক্তক্‌ য়াখি। 'দক্ষীনপন্থী '(Rightists) বামপন্থী (Leftists,) কাওক্লু অনীগি ভ্রুংনবদগি মান ফোরবার্ড ব্লোক্‌ (Forawrd Block) লিংখৎখি। ইং ১৯৪১ গি জানুয়ারি তাং ২৬ তগি হৌন জর্মনীগি বার্লিনদ চত্তুন আজাদ হিন্দ ফৌজ (Indian Natronal Army) লেম্‌গৎখি। ইং ১৯৪৩ দ জাপান্দ চত্তুন আজাদ হিন্দ সরকার (Azad Hind Government) লিংখত্তুন ব্রিটিশ-আমেরিকাগী শিংগি মথক্ত লাত্তাখি। ইং ১৯৪৪ দ আই, এন, এ (I. N. A.) ন ভারত-ভূমিদ মীংতম্‌ খীরাল্‌ পাইহন্থি। আজি 'দিল্লী চলো।'

াঙ্গব খোঙ্জেল্‌ন ভারতকি আকাশ নিনৃখি। অসীগি ভুংদ ইং ১৯৪৫ দ জাপানগি লাম্মীশিংন মাঙ্গথোবকৃপদগি আই, এন, এ, শু হন্দোক্‌প তাখি। মান ইন্দোচী-গি 'তৌরে' কৌব মফম্‌দ লাকৃখি অমসুং মতুংদ টোকিও তায় পাইখি। লম্বীদ তাইরান্‌ কৌব ফম্‌দ এরোপ্লেনগি থুদোংথীবদগি 'নেতাজী শিরে?' হায়ন াও ফংখি। মহাক্কি দেশ-ভক্তিগি অয়োব রাখল্‌দাগি েতাক্রক্‌প চথেংন ভারতকি স্বাধীনতা আন্দোলনগি থবক্ত খোঙ্‌চৎ াঙ্‌শিন্‌হন্‌খি।

ইং ১৯৪৫ দ পৃথিবীগি লাঞ্জাউস্‌ লোইরবদ আন্দোলনগিদমক্‌ াথিব পুন্নমক্‌স থাদোক্‌খি। ভাইসরোই ওইরম্ব লোর্ড রেভেল্‌ন সিমলাদ লুচিংবশিংগ বনৃফরেন্স্‌ অম তৌখি। অদুবু পাকিস্তান' গিদমক্‌ জিন্নান কয় য়েংমনৃবদগি খোইদোক্‌প াংরেপ্‌তাব ওংখিদে। ইং ১৯৪৬ ত অনৌব ইলেক্সন্‌ তৌদুন ংগ্রেসন প্রদেশ ১১ গি মধু'দ ৮ দ নাংথিন হেন্দুন কাখি। তম্‌ অসীদ ব্রিটেনৃগি লেবর গবর্ণমেন্টন কেবিনেট মিশন্‌ কৌব মশন অম—লোর্ড পেথিক্‌ লোরেন্স্‌, সার ষ্টেফোর্ড ক্রিপ্‌স্‌ মসুং মিঃ এ, এক্স্‌, আলেক্‌জেণ্ডরন থাদুন ভারত্ত পূর্ণ স্বরাজ ন পীননবগি ফীবম্‌ য়েংব লাক্‌খি। চহী অসীগি মে থাদ ব্রিটিশ রকারন ভারতকি ভুংগি ফীবম্‌ য়াউব প্লান্‌ অম ফোংদোক্‌খি। ান অসীদ মুস্লিম লিগ্‌ন 'পাকিস্তান' শেম্ব হায়বদু য়াথিদে মসুং ইউনিয়ন ওফ্‌ ইণ্ডিয়া ( Union of India ) হায়ব ম শেম্বগি রাস্ত য়াউখি। কেবিনেট মিশনগি রাকম অসী

য়ানব ওন্থ্রবদ ব্রিটিশ প্রাইম্ মিনিষ্টর মিঃ এট্লিন ইং ১৯৪৭ কি ফেব্রুয়ারি তাং ২০ দ লাউথোক্খি—"ইং ১৯৪৮ গি জুন্ থাদগি থেংথদন প্রজান থনুব ভারত সরকারদ লৈবাক্পাক্পগি শক্তি শিন্নরগনী।" তাঙ্গা অসীদ কন্ষ্টিট্যুয়েন্ট এসেম্ব্লিগি ইলেক্সন্ তৌখি অমসুং আগষ্ট তাং ১৮ দ কংগ্রেসকি লুচিংবশিংন মরক্কি সরকার (Interim Government) অম শেম্নব লেপ্লখি। মুস্লিম লিগ্ন য়ানীংদব মরমদগি পণ্ডিত নেহরুগি লুচিং মথাদ কংগ্রেসন পার্টি য়াউনব মুস্লিমশিংগি মতেংগ লোঙ্গনন সেপ্টেম্বর তাং ২ দ আফিস্ লৌখি। মমৈথংদ মুস্লিম্ লিগ্ন ইণ্টরিম্ সরকার অদু য়াউখি অদুগ কন্ষ্টিট্যুয়েন্ট এসেম্ব্লিদি য়াউখিদ্রে।

লোর্ড মাউণ্টবেটন লোর্ড ৱেভেল্বু ইং ১৯৪৭ কি মার্চ থাদ শিন্থি। মহাক্ন মুস্লিম্ লিগ্ত ইং ১৯৭৬ কি মে তাং ২৬ কি কেবিনেট মিশনগি প্লান অদু লোননব তক্লম্মী। মুস্লিম লিগ্ন হন্ন হন্ন পাকিস্তানগি দাবী তৌখি। ইং ১৯৪৭ কি জুন তাং ১৪ অমসুং ১৫ দ নিউ দিল্লীদ কম্থিব জাতীয় কংগ্রেসকি মিটিং অমদ তঙাইফদব ওইন 'পাকিস্তান' শেম্ন য়াবগি য়ারেপ্ লৌখি। অদুমক্পু ডাঃ রাজেন্দ্রপ্রসাদতি য়াম্ন অরাব ফোঙ্দোক্খি।

ইং ১৯৪৭ কি জুলাই তাং ৫ দ পার্লিয়ামেন্টন ইণ্ডিয়ান্ ইণ্ডিপেণ্ডেন্স্ বিল (Indian Independence Bill) পাশ তৌদুন ইং ১৯৪৭কি আগষ্ট তাং ১৫দ ভারতকি খুত্ত লৈবাক্পাক্পগি শক্তি শিন্নখি। অসুম শাংলব চহী ৩৪৭ কি তুংদ ভারতকি নীংতম লাল্ লোইখিদুন অনৌব মীথাপোত্রব ভারত অম অমুক্ ওইখি।

লোর্ড মাউন্টবেটন অহানুব ভারত ডোমিনিয়নগি গবর্ণর জনেরেল ওইখি, পণ্ডিত জওহরলাল নেহরুন অহানুব প্রধান মন্ত্রী ওইখি। ( মিঃ জিন্নান পাকিস্তানগি গবর্ণর জেনেরেল ওইদুনা পঞ্জাব অমসুং বেঙ্গলবু অনী অনী থোক্ন খাঙ্গদোক্‌খি )। ইং ১৯৪৮ দ লোর্ড মাউন্টবেটন হনুব্রব তুংদ শ্রীচক্রবর্ত্তী রাজা গোপালাচারীন নীংতম্ব ভারতকি অনীশুব গবর্ণর জেনেরেল ওইখি।

মতৌ অসুম্ন শাংলব মীরোল্‌ কয়া চঙ্‌না তৌরক্লব স্বাধীনতা সংগ্রাম ( Freedom Struggle ) অসী জয় ওইদুনা মহাত্মা গান্ধীজীগি লম্‌জিং মখাদ সত্য, অহিংসা, প্রেম্‌গি পাজল্‌বু পৃথিবীদ উংখি।

## BIBLIOGRAPHY

.. India through the Ages – by Dr. K.C. Vyas, Prof. D.R. Sar Desai, Prof.S.R. Nayak.

.. Our fight for freedom -- " Macmillan & Co Ltd.

. 1858 – Issued by the Pub. Divn. Govt. of India.

# ওজাশিংগী নুমীৎ

## ( Teachers' Day )

### —সেপ্টেম্বর, ৫—

"অজ্ঞানতিমিরান্ধস্য জ্ঞানাঞ্জনশলাকয়া
চক্ষুরুন্মীলিতং যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ।"

**ঋগ্বেদ:—**

"ত্বং নো অস্যা অমতেরুত
ক্ষুধো অভিশস্তেরব স্পৃধি।
ত্বং ন ঊতি তব চিত্রয়া,
ধিয়া শিক্ষা শচিষ্ঠ গাতুবিৎ।"

"হে অকন্নব, হে লম্বী তাক্‌প, ( ইবুংঙো ) নঙ্‌ন ঐখোঈদ খাইদগি হেন্না রাংলব পাউতাক্‌ অদু পীবিয়ু। নঙ্‌গি শক্তিশিং অদু ঐখোঈগি মাঙ্‌দ উৎপিয়ু। নঙ্‌গি জ্ঞান্ অদু খোঙ্‌-দোক্‌পিয়ু। কন্নবা অমসুং পোক্লিনব নঙ্‌গি শক্তি অদু ঐখোঈদ উৎপিয়ু। করম মথায় ঐখোঈবু ওংবি অমসুং নঙ্‌নত্তন মখোঈবু কনান তাম্বোক্‌প ওবগদগে?"

বেদন ওজাবু 'গাতুবিৎ' কৌরম্মী, অর্থদী লম্বীতাক্‌প হাঈবনী। মসী ওজা অমদ বেদন পীব খোইদোক্‌প মিংথোলনী। অমুক্‌সু মথক্তি শ্লোক্ত পনুপ্রে—"হে অকন্নব গুরু, হে লম্বীগি শমজিংব, নংন ঐখোঈবু তম্বিয়ু।" ওজা হাঈবসী য়াম্না অকন্নব (অচোব) অমনী। মরম্ অসীদগি ওজাদী থম্মোই শোন্নব ওইব শুকয়া য়াদে।

ওজাগি মথুত্ত অচৌব থবক্ তৌব ওম্বগি শক্তি ( Authority ) লৈ, মহাক্ক অচৌব ( অরাংব ) মফমদা লৈ। ওজান মাগি অন্দ পুন্নমক্ অদু পীদুনা থাইবু, লম্‌জিংগনি, মশিংদগি হেন্না চাওক শক্তি অম লেফম্ থোক্তে। ওজা অদুনা শোম্নবন্না মাগি লম্‌জিং অদুম্ব লোম্নগনি, মাগি ভুংগি থৌরাঙ, পুন্নমক্‌প্ত অশোঙৈব ওইরগনি অমসুং জাতি অপুম্বগি পুক্ষী অদু শোম্নহনগনি।

ওজাদা মতম্ পুন্নমক্ত ( ছাত্র অদুগি ) মন্নাগী, দার্শনিক্নী, লম্‌জিংবনী। অফমশঙ (স্কুল) ন লৈকোন্ অমগ প্রধান ওৌরবদা ছাত্র অদুন নৌরিক লৈপান্নী, ওজা অদুন মতম্ পুন্নমক্ত লৈপান্‌শিংগি অফ-অন্দবা চেক্‌শিন্ন যেংবন মথৌ ওইরিব মালি-নী। পাম্বান মথক্ত চাওজরবস্তু শেম্নব অমদী চঙ্‌ঙী।

অসুম্ন কন্নব, চাওরব, য়াংলব, পুন্নমক্‌পু লম্‌জিংবিগদৌরিব ওজাশিং অসীগি ওসিগি ফীবম্ অসী অসুক্কি মতীক্ হৃহধরে মদুদী, মথোক্ত মশা-মশান মথোঙৈদ করিগুম্ন শক্তি (authority) অমত্ত লৈত্রে হাঙৈনকাউ থন্‌রে। সরকারন হেক্ ভাক্লিব নিয়ম্ পুন্নমক্ ইন্দুন লৈব ভাগ্রে। সরকারদা অথও-অহৈ পণ্ডিতশিংগি মত্তেলে শিক্ষাগি থৌন্নাঙ শোম্নী। অদুবু অরোইবা চঙ্‌জনম্ ওইনা অসীগুম্ব পণ্ডিতশিং অসীন সরকারগি লম্‌জিং মথান্ন ভুশিন্ন ইন্‌ব ভাই অমসুং মথোঙৈগি শিক্ষা অদু শক্তি পাঙৈবিব সরকারগি মচুনা শঙ্‌ব ভাই। মথোঙৈগি পুক্নীং অদু অদীং ভম্‌রে। ওজাশিংনা অসীগুম্ন পণ্ডিতশিংন হান্ন শেম্নব থৌরাঙ (Plan) অসীগি অদুংইম্ন মথোঙৈ ২শাগি থবক্‌শিং পাঙ্‌থোক্নপা ভাই।

মখোঙ্গন থবক্শিং অসীগি কোমা; সেমিকোলন্ থরদং ফাউবদী শেম্দোক্প য়াব য়াই। মসীদগি হেন্ন করিস্ তৌনিংঙাই লৈতে। ছাত্রশিংগি ভুংগি পুল্লীগ ওজাশিংগ করিমত শন্নত্রে। অসীগুম্ব ওজাশিংগি ফীবম্ অসী ঙসি মীপুম্ থূদীংন থঙনরিবনী।

ঙসি মফম্ থূদীংদ শিক্ষা শন্দোক্লবগিদমক্ স্কুল্, ওজা, ছাত্র মশীং হেন্জংলি, অদুবু অশেংব ওজাগি অমস্যুং ছাত্রগি রাথল্দী ডব ফংত্রি। ছাত্রশিংন ঈমুং-মঙুংগি অহল্লমন্গি নত্রগ কনাগুম্ব নেতা অম ফাউবগি পাউতাক্তি লৌনব হোৎনৈ অদুগ ওজাগি পাউতাক্তি লৌনব হোৎনদে। পুন্নমক্ অসী ওজাশিংন মীন তাক্প নিয়ম্ থরদংগি মতুংইন্ন থবক্ তৌব, মশাগি মপুক্থোক্তি রাথল্গি মতুংইন্ন থবক্ তৌদবননী। আইনগি মতুংইন্ন বিচার তৌরিব বিচারপতি ( Judge ) শিংগি ফাউব মখোঙ্গন ইল্লিব আইন অদুগি মতুংইন্ন মনীংতম্ন শক্তি থর ফাউব শীজিন্নব ঙম্মী। ওজাশিংদী মহুদগি য়ান্ন হেন্ন নীংতম্ব শীজিন্নব ঙম্ফম্ থোক্কই। ওজান জাতি পুম্বগি জ্ঞানগি অমস্যুং থম্মোইগি লম্জিংব ওইফম্ থোক্প নত্রা? মরম্ অসীদগি মাদী শক্তি য়ান্ন লৈফম্ থোক্কই। মরম্ অসীন বেদন মাবু থোইদোক্ন কন্ব—'শচিন্ত', লম্বীতাক্প (লমজিংব)—'গাতুবিত্ত', অক্ব অমস্যুং অকন্ব অন্মুন্ন কৌরম্বনী। মসীন তাক্লিবদী ওজাগি রাথল্গি নীংতম্ব, থৌনা, শক্তি পুন্নমক্ করিগুম্ব অমত্তন কাঙ্গহন্ব য়াদে হাঙ্গবনী। মাদী অহাঙবদ পাইব কাংঙগুম্ন নীংতম্গনি অমস্যুং য়াঙগনি। নোংইন্ নত্রগ কাক্য়েল্গুম্ন থৌনাফন মাঙগি লম্বীদ য়াঙশিন্গনি।

বেদন অসীন্দু তাক্লম্মী—"ত্বং নো অহ্বা অমতেত্র হুত্তুখো মিহাস্তেরস্ত হপৃধি" ঐখোঙ্গী ঈশা–ঈশা অসী অপঙ্‌বদগি চাক্লব, অরাম্বদগি কোক্লব, অনাবদগি কোক্লব লন্থী অদু উৎপিয়ু।"
জাগি জ্ঞান অপঙ্‌ববু ( থঙ্‌দববু ) তাম্বোকদবনী, মাগি থৃৎশাগি নুশিংবন অমস্তুং পোথাক্‌পীব হৈবন অয়াম্ববু কোক্‌হন্‌গদবনী, মাগি প্রাকৃতিক বিজ্ঞান ( Natural Science ) অনাববু কোক্‌হন্‌গদবনী।

করিনো ?—মথক্ত নৈনখ্রিব ওজা অমগি লৈকম্ থোক্‌প অনশিং অসী ওসি অমূক্‌হন্ন হল্লক্ত্ন ভারত জাতিগি তুংগি হৌরেল্ ওইরগদৌরিব নোন মহে-মশিং তম্‌থৎলক্লিব নাহারোল্-শিংবু অচুম্ব লম্বীদ লম্‌জিংবিনবগিদমক্ত অনৌব থৌনা অমদী ছনিংবগ লোঙ্গৈনন ভারত সরকারন 'ওজাশিংগি নুমীৎ' ( Teachers' Day ) অসী ইং ১৯৬২ দগি হৌন চহী থুদীংগি সেপ্তেম্বর তাং ৫ দ পালন তৌব হৌরে। থবক্ অসী অচেৎপ ওঙ্‌ অমদ নীংথিন চথব য়ানব "নেশনেল্ ফাউণ্ডেসন্ ফোর্ টিচর্স্ রেল্‌ফ্যার্" ( National Foundation for Teachers' Welfare ) কৌব অমস্তু শেম্লে।

মরীলৈনব য়াকম্ :— সেপ্তেম্বর তাং ৫ অসী হৌজিক্ ভারতকি রাষ্ট্রপতি ওইবিরিব শ্রীরাধাকৃষ্ণন্‌গি পোক্‌প নুমীৎনী। শ্রীরাধাকৃষ্ণন্ মশামক্ ভারতকি দর্শন্‌দ মহুৎথীৎন থঙ্‌লব মী অমনী। অসীগি মতুংইন্ন মতীক্‌চাব ওজা অমস্তু ওইরম্বনী। অসিস্তু মাগি য়াথল্-লম্‌জিং মথাদ ভারতন অমুক্ অনৌব থৌনাগ

লোইনন, পৃথিবীগী মাওং দ লোংলোক্লি। অমীওম মীয়াম্গী পুরীং-লম্বুজিংবু মীপা অসীগী পোক্পা নুমীৎক চাননা মীয়াম্গী পুরীং লম্জিংশরোমিব 'ওজাশিংগী নুমীৎ' অসী পালন তৌবগী চপ্-চাননা চুম্বনী।

---

## BIBLIOGRAPHY


1. Thoughts on Education—By Acharya Vinoba Bhabe.
2. The Philosophical and Sociological Basis of Education. — Iqbal Chand, M. A. B. T,


---

## লাইথোক্পা মৃথৎনব নুমীৎ

( Small-Pox Eradication Day )

—সেপ্তেম্বর, তাং ২৫—

মাহোংদোক্ :—লৌনগনুং লাইনাশিংগী মনুংদ লাইথোক্পা ( লাইজাও – Small-Pox ) হাঙৈব অসী য়াম্না শাথীব অমনী। মহীক্-অতাংগী পাকল্গী হাঙৈরুবনী মাগুম লৌনগনুং অমাম অতৈংপু য়াম্না লৈদী হাঙৈববু, লাইনা অসীনা উন্শাগী মনাক্ত কৃদোক্পা ওইবনা লৌনবদ অমদী শন্দোক্পদ য়াম্না লাইব লেপ্লি।

অসীগি মথক্ত অনাবগি মশক্ উবদ অতোপ্পদী লাঙ্গৈরদুন ঈমুং মনুংগি মী কাউবন অকিব—হঙ্গোইব পোক্নন লেবা তৌবদ চঙ্-খাদে। কনাগুম্বন নাম্নবদী মরমাই ওইজবন নম্মী। হাঙ্গৈ অদুগী অনাবগুম কৈরোঙ্গৈ-লৈকাই চঙ্দুন হোৎনগদে। লাঙ্গৈনা অসীন নাম্বদগি করিগুম্ব ফরক্রবস্ত্র মাঙ্গৈচাম্দুন শক্ থীহনুবদ্র নত্তন মীৎ ভাঙংব নাশঙবনচিংব পূজাগি অমাঙ্ব ওইব মওঙ্ কম্বান্ন থোক্-হন্নপ্পী। লাঙ্গৈয়েংব মাইথ ডাক্তরশিংনম্ব য়ারিবমথৈ চঙ্দনব হোৎনৈ, থোইনহুন্ লাঙ্গৈয়েং লৈতে হাঙ্গৈদুন থাদোকৈ। হামেঙ্ন হেক্ পোক্লক্পদ "ঈমা, দুর্গা পূজা লোইশ্রবরা?" হাঙ্গৈন হংঙী হাঙ্গৈবগুম মতম্ অমদদী লাইথোক্লব মীদুগি পুন্সীদু মফম্ থঙ্ত্রিবগুম লৌনরম্মী। মরমশিং অসীমক্তন লাইথোকপ হাঙ্গৈব লাঙ্গৈনা অমীবু অনাব অতৈদগি থোইদোক্-হেন্দোক্ল কিনবগুম্ তৌঈ।

করিনো?— অসীগুম্ব লাইচৎ (Epidemic) নাইথ থুদোংথীম্নব অনাব অসীন ডাক্তরগি লাঙ্গৈয়েং পথাপ্ নীংথিনা কংত্রিঙৈদ তোরাক্তুন শিব অসী মহৌশা ওইরম্মী। মদু হৌজিক মতীক্চাব ডাক্তরগি লাঙ্গৈয়েং অমত্থুং নাদবগি থৌরাঙ্—টিকা থাবনচিংব (Vaccination) তৌদূন ওথাক্ল অনাব অসী কৌরগে। অদুবু করি-করিগুম্ব চহীদ করি-করিগুম্ব মফমদ অমুমুক্ ফুদো-রক্প রাউদূন রানে। মীরাম্ কূৎন তাব সহরদন অমুক্হৈন্নে শাথী। অসীগুম্ব মীওইবগি অচোব য়েন্নব অসীবু মরক্কৈনে মুথত্রবদা জাতিগি ওইন চাউথংলগি থোঙ্খাংদ অপনুব পর্ব

মরমদাগী ভারত সরকারন লাঈনা অসী মরু ফুক্তোরুব হাঈদুন 'স্মোল্-পোক্স্ ইরাডিকেশন্ কেম্পেন্' হাঈন ভারত শীনথুংন সেপ্তেম্বরগী তাং ২৫ দ চহী খুদীংগি 'স্মোল্-পোক্স ইরাদিকেশন্ ডে' (Small-Pox Eradication Day) পালন তৌরক্লি।

লাঈনা অসীগি মরমদ খঙ্গদব খর :— লাঈনা অসা লাইয়েরো ( Fever ) গ লোঈননা হকচাং পুম্নমক্ত ফুরি চোংথোকপ য়ায় লৌনগনব অমনী। ফুরিশিং অদুগি মনুংদ লৈরিব মহী ( Fluid ) অদুদ কুপথ্রব মহীক্ মখল্ ( Virus ) অম য়াউরি। 'পাস্কেন্ বোডিজ্' ( Paschen bodies ) কৌব মহীক্ অমন অনাবসী থোকহনবনী। ইংলেণ্ডগি ডাঃ এডৱার্ড জেন্নর ( Edward Jenner ) ন ইং ১৭৯৬ ত টিকা থাব হৌদোকখি।

লাঈনা অসী বসন্তগি মতমদ নাগল্লি হাঈদুন অনাব অসীগি অতোপ্প মমিং অম 'বসন্তরোগ' হাঈনস্থ কৌনৈ। লাঈনাসী লাইচৎ নাইন ( Epidemic ) নাগল্লি। অনাবগি সেবা তৌবদগী, শন্ন-শোরুবদগী, শোর হোল্দোকপ লোকথুবদগী ( Droplet infection ), অনাবন শীজিন্নব পোৎচৈ শীজিন্ন-রুবদগি মরুওইনা শন্দোকই। অনাবসীগি মহীক্ অসীন হকচাংদ হেক চঙখিবদগি হুমীৎ ১০ দগি ১৪ ফাউবগি মনুংদ হকচাংদ লাইওঙশিং ফুদোরকই। অহানবদ নিংথমচনব, শাগৎপ, হকচাং চীকপ-নাব, ওনোংবনচিংব তৌরকই। হকচাংগি মৈশা ( Temperature ) ১০২°—১০৪°F ফাউব কাখৎলী। হুমীৎ ৩ নিগি অখাইদগি ফুরি চোংথোরকই, হুমীৎ ৫/৬ নি ওরকপদ ফুরিশিং

অদু ঈশিং হাল্লকৃঈ, ৯নি গুরকৃপ অদ্বাইদ নাই চারকৃঈ, ১২নি গুরকৃপ অদ্বাইদ নাই অদু পোকৃথাঈ, ১৬ নি গুরকৃপ অদ্বাইদ হদু ওইন কংশিল্লকৃঈ। চয়োল্‌ ২ দগি ৩ কাউব লৈরগ হদু শিংদু কেন্‌খ অমস্তুং অমু-অমুব দাগ্‌ লৈহৌঈ অমস্তুং অনাব করকৃঈ। হাঈরিবশিং অসী লাঈনা অসীগি অচুম্ব মহোশাগি থোঙ্‌চৎনী। করি করিগুম্বদ অতোপ-অতোপ্প থুদোংথীব লাইথেং (Complications) য়াউশিল্লক্তুন মতম্‌ অমদ হেক্ত শিব য়াই। অনাব করব তু দ মীৎ, না নত্রগ অতোপ্প হক্‌চাংগি শল্লক্‌ অমদ লাইথৈ তৌদুন ফীবম্‌ কাঈহনুব তৌগল্লী। নারুবদগি করক্লব অনাব অদু চয়োল্‌ ৬ নত্রগ থর হেন্ন ময়ামৃগ ভিন্নতোৎনব ফম্ভে

অনাব অসীগি লাঈয়েংগি মরম্‌দ য়েংলুরবদী য়াম্ন অন্নাবগি মশক্লী। তঙাই ফদব মওঙ্‌দ থুল্লক্তি মাইবশিংগি লাঈয়েংন লাঈনা অসিগি অরোইব লাঈয়েং ওইন ঙসি লৈরি। ডাক্তরশিংনদী শন্নত্রগ লোইবে হাঈবগি ফীবম্‌দ লৈভ্রে। তশেংন হাঈরবদী লাইথোক্‌পগি লাঈয়েং লৈতব নত্তে। লাঈয়েংগি মরম্‌দদী মফম্‌ অসীদ কূপ্প নৈনদ্রে। লাঈনা অসী চঙ্‌দনব হাঈবদী ঙাক্‌থোক্লব উপায়দী পুথোক্লগ লাঈয়েংদী করিগি লৈরোইদগে?

লাঈনা অসী চঙ্‌দনব (Prophylaxis) পাম্বৈগি মস্তুংদ টিকা থাবন (Vaccination) থাইগি মরুনী। থা ৩ গুরব অঙাংদাগী হৌন টিকাথাব য়ারে। থা ১ ফারব নত্রগ মফম্‌ অমদ লাইথোক্তুন নানরবদী পোকৃপদগি তুমীৎ থরদংত ঙাঈরিব

অমাং কাউব টিকা থাব য়াই হায়রি। মরম অসীন মীপুম্ ফিবন টিকা থাদোকদবনী। অতে পাম্বৈশিংন, লাইনা অসীন কঙ্গিতক মকম্ অমদ নানরকপদা দরকার লৈতন চঙ্থোক্ চঙ্শিন্ তৌনব, মীয়াম্ ফিনুব অসিনচিংব তৌরোইদবনী। কৈথেল্, ঈশিং চাকমচিংখ মীয়ামগি ওইব মকম্শিংদ খোইদোক্ চেক্শিন্-গদবনী। মরু হায়রবদ 'লাইয়েংবদুদী লাদনব হোৎনহনব হেন্না কৈ' (Prevention is better than cure) হায়ব-বা অসী কাওদন মতম্ পুম্নমক অখঙ্-অহৈশিংগি পাউতাক্-ইন্নব হক্চাং কনবগি নিয়মশিং (Health rules) চাক্ন লৈগদবনী। লাইনা অসী ঙাক্থোকপ সরকারন পাঙ্গথৎলিব থবক্:—

ভারতকি মকম্, খুদীংমক্ক লাইথোক্প থিংনবগি থবক্ অসী জাতিগি অচৌব থোরম্ পরেং (Programmes) শিংগি মধ্যং, চহুন 'স্মোল্-পোক্স ইরাডিকেশন্ কেম্পেন্ (Small-Pox Eradication Campaign) গি মখাদ চহী খুদীংগি 'লাইথোক্প মুত্থত্নব নুমীৎ' পালন তৌরক্লি। ও থুব চহা মতাংগি থৌরাঙ্দা থবক্ অসীগিদমক্ লুপা কোটি ৫ কাইরি। মতম্ অসীদা ভারতকি মীপুমফিবন টিকা থানব হোৎনগনী। অসীগ লোয়নন ষ্টেট খুদীংগি মেডিকেল্ ডিপার্টমেন্টাক মখাদ টিকা থানবগি থবক্ অসী কয় পাঙ্গথৎলি। মণিপুরদসু টেরিটোরিয়েল্ কাউন্সিল্গি হেল্থ্ সার্ভিসকি মখাদ অকনৌব থবক্ পাঙ্গথৎলি। থবক্ অসীগিদমক্ক মতৌবচান টিকা থাব মী (Vaccinator) অমসুং অতৈ-অফিসারশিং হাপ্তুনা থম্লি। সরকার অমসুং

প্রকাশিংন থুংশন্নন লাঙ্গৈনা অসীবু চাক্থোক্কব হোৎনববদী শাথীরব মীওইবগি য়েক্কব অসীগি মথৌত্তগি পুন্সীবু কনুব ওমৃগনি।

## BIBLIOGRAPHY


1. MEDICINE — By DR. GE. BEAUMONT M.A.,D.M.,F.R.C.P.,D.P.H.,

2. O'MEARA'S — Medical Guide " DR. H.W. WILLIAMSON O.B.E., M.D.,M,R.C.P., F.R.C.S.ED. LT.-COL.L.M.S


---

# বন্য প্রাণী সংরক্ষণ সপ্তাহ

## ( Wild Life Prevention Week)

—ওক্টোবর,–১—৭—

**য়াহৌদোক্ :—** বনগি শা-উচেক্‌শিং হাত্তূন মাঙ্‌হনবদগি মীওইব জাতিগি অমাঙ্‌ব থোক্লক্লিবশিং অসী হৌথিব চহী য়াথৈরোম্‌দগি হৌন পৃথিবীগি মীশিংন খঙ্‌নরে। ভারতস্থ অদু মঙাঙ্গৈ। শাদানুব কাঙ্‌বুন মনম্‌চাদন মমল্ য়াম্নব শা-উচেক্ হাত্তোক্‌প, মীরৈবাক্ক চাং হেন্ন থাদোক্‌প, চীংমান্ উমংশিংদ

লৈরে থাদুনা শা- উচেক্শিং মশীং নাইমন শিবনুব অসীনচিংবশিং অসীন মরম্ ওইদুন ভারতত্ নোংম নোংমগি শা— উচেকশিংগি মশীং হন্থরক্লি। করি-করিগুম্ব শা-উচেক্কি জাতি থাঙ্গেশেংন পুংমুং মুংখিব য়াবগি কীবমদ লৈরে। খুদম্ ওইনা হাঙ্গৈরবদ, চহী খরগি মমাঙ্দ মণিপুরদ রাহোং য়াম লৈরম্মী, হৌজিক্ মদু অম কাড়ৈব লৈখিদ্রে। অসীগুম্ব নোংশানচিংব মরুওইব শাগি জাৎ কয়াম্ ভারত্ত মুংশিল্লক্রবনী।

শা-উচেক্শিং অসীন মীওইবগি কান্নব ত্তৌরিবশিং অসী মশীং থাদুন লোইব নত্তে। পুন্নীং হুন ফজরব বনগি চীংলেম্ব করিদনো? লোক্লুং নিনূব নোংশাগি ললাও, অকিব ফংব কৈজাওন শরাক্ তমগে থৌরাঙ্ব, শামুগি নোম্হৌ-নোম্হৌ খোঙ্থাংব, শজি-শঙাইন চোং—চোংদুন হুংশীং মায়োক্নব, মহুপানুব লিল্শিংন খৈরোঈগ লানুশোক্লব, রাহোংগি খভুকোব জগোই, কোকিল ভাম্নাগি শৈদাম্নব পুন্নমক্ অসীতন মরম্ ওইদুন বনবু ফজবশীংদ চল্লবনী, কবিগি পুন্নীং পোথানকম ওইরবনী, মুনি-ঋষি,— তপস্বী-যোগীশিংগি চংগুন্ শরুক্লনী। নংকমৃড়বদী, থম্মই য়াউদ্রব হুক্চাংগুম্ অকিরগি মশক্তুম্ ওইরমগনি। জাতিগি, শেলথুম্গি হীরম্দদু অদুমঙাই—চহী থুদীংগি ভারতকি শা-উচেক্শিং মপান্নদ থাদোক্খিবদগি লুপা কোটি কয়া কয়া লাক্লিবনী। অসীগিমথক্তু, শরু, মচী, ময়া, মউন্ মতুন্চিংবদগিন্থ লুপা কয়া কয়া ফংবী।

কন্নিনো ঃ—হান্নৈগি মরমশিং অসী মৈয়েকদগী, ভারতকী বনগী শা-উচেক্ মরম্ চাদ্রন হাংপ অমা থিংদুনা থোক্লোকপগী য়োক্-খত্নুন ময়ম্ য়াম্লবা জাতিগী লল্ ময়েং তাথরক্লিরা অমসুং শাগী কনবা ওনবগিদমক্ ভারত সরকারনা ইং ১৯৫৫ দগী হৌনা চহী খুদিংগী ওক্টোবরগী তাং ১ দগী ৭ফাউবা চয়োল্ অমম্তা হুপ 'বনগী থরাঙ্গৈপানুবা কনবা চয়োল্' (Wild Life Prevention Week) অসী পালন তৌরক্লি।

ধর্ম অমসুং অরিবা রাজ্যম্ ঃ— অরিবা মতম্দা শা-উচেক্-শিংগী তঙ্গকখোক্পাগা শরুক অমা বন্দা থাদোক্লরম্মী। মৈতৈগী 'কাউথ্যব' 'কৌক্রু কংপ' অসীনচিংবশিং অসীসু চংনবী অসীগী মওঙ্ ওইরম্গনী নীংঙী। পুরুষ সূক্তদা প্রার্থনা অমা য়াউরি—"শম্নো অস্তু দ্বিপদে সম চতুষ্পদে" হায়বদী মী অমসুং শা পুম্নমক্ হুংঙ্গাই-য়াইফবা ওইসনু। অর্থশাস্ত্রদা শা-উচেক্‌শিংগী কান্নবগী মরম্দা নৈনরম্মী। শ-উচেক্‌শিংদা হুংশিহৈত্তবা শাজং চংপশিংদা দণ্ড পীরম্মী। লাইশিংনা শা উচেক্‌শিংবু লুনা চায়া তৌরম্মী, খুদম্ ওইনা—বিষ্ণুনা উচেকু (গরুড়) তোংলম্মী, লিন্নু (অনন্ত) দা হীপ্লম্মী। অসীগুম্না মহাদেবনা শল্, ইন্দ্রনা শামু, যমনা ইরোই, দুর্গানা নোংশা, কার্ত্তিকনা য়াহোং, গনেশনা উতোল্, লক্ষ্মীনা মকু, সরস্বতীনা কাংঙ, অসীনচিংবা। রামচন্দ্রনা শওম্-য়োংগা তিন্নরম্মী। ভারতকী মী লুপা-লপ্পানা রামগী মনাই য়োং—হনুমানবু পূজা তৌনরি। আশ্রমশিংদা শজিবু হিমুং-মমুংগুম্না লৈমিন্নরম্মী। বন্দা শাশিংনা অকি অথং নৈত্তনা পাঙ্গরম্মী হায়দুনা বনবু 'অভয়ারণ্য' হায়নকাউ

কৌনরম্মী। অশোকি মতম্‌দ নোংশা মকোক্ ময়েক্লম্বদ্ ওসি 'ভারত জাতিগি খুদম্' ওইরি। অম্যুম্ ভারতকি সাহিত্য, কলা, কৃষ্টি, সংস্কৃতি পুম্নমক্ত শা-উচেকি মফম্ লৈব্রবনী। চহী ২৫০০ রোম্‌গি মমাঙ্‌দ ভগবানগি মাপল্‌শুব অবতার ওইব বুদ্ধদেবন শা হাত্তুন যজ্ঞ তৌবগি নিয়ম্ তাকপ বেদবু নিন্দা তৌদুন 'অহিংসান অথোইব ধর্ম্মনী' হাঙ্গবধু জগত্ত ওম্বীরম্বগিদমক্ গোস্বামী জয়দেবন মাগি 'গীতগোবিন্দম্' দ শক্লম্মী—"নিন্দসি যজ্ঞবিধেরহহ শ্রুতিজাতং, সদয় হৃদয় দর্শিত পশুঘাতং, কেশবধৃত বুদ্ধশরীরম্, জয়জগদীশ্ হরে॥"

**ভারত্ত বনগি শাশিং ঃ—** ভারতকি লৈমাঙ্গগি ২২·৩% হাঙ্গবদী স্কোয়ার মাইল লখা ২.৮১ পাক্‌চাওন শন্দোক্লুন লৈরিব উমংশিংগি মন্নুংদ মখল্-মখা অয়াম্ব শা-উচেকশিং মরাঙ্-কাঙ্গন লৈ। মখোম্‌থক্‌প শাগিজাত্ত চাওরাক্ল মখল্ ৫০০ রোম্‌দগি হেন্ন লৈ উচেকি মখল্ মরুওইন ১,৫০০ রোম্ লৈ। মখোঙ্গশিং অসীগি মন্নুংদ য়াম্ন ফাঙ্‌ব পৃথিবীগি মফম্ অতৈদ ফংদব শাশিংস্যু য়াউরিবনী।

**ভারত্ত বনগি শা-উচেক্কিদমক্ত সরকারন পাঙ্গথৎলিব থবক্ঃ—**

ভারতন স্বাধীন ফংবদগি তৌরক্লিব শেম্‌গৎ শাগৎপগি থবক্‌শিং অসীগি শরাক্ অম ওইন বনগি শা—উচেক্‌শিং হাংপ অসী আইনগি মথাদ থিংলক্লি। 'Act for the Preservation of Wild Birds & Game (1887)' অমসুং 'Wild Birds & Animals Protection Act (1912)' গি মখা তাথব আইন কয়া শেম্লে। শাতানুবশিংন মরমচাদন শা-উচেক্

হাংগ, অসীন্স আইন থিংলে। অসীগ লোইনন মরোং তাথরক্নুম মবৈথংদ মুৎথিগদৌরব শ—জাংশিং য়োক্নন থম্নবগিদমক্ শা-য়োক্কম্ ( Sanctuary ) অমসুং থাজিন্দন থম্ব মফম্ ( National Parks ) মফম্ থুদোংমক্ত শেম্মি। 'বনমহোৎসব' পাপন তৌবস্ সমরোম্দ বনগি শা—উচেক্শিংগি ভুংনফম্ ( Shelter ) পীনবস্ হোৎনবনী। লোংশা, শামুগগুা, উট, কস্তুরী মজি. কুম্ভীর, রাহোংনচিংবশিং অসীন মাঙ্শিন্নক্লিবশিংগি মসুংদ মরুওইবনী।

অসুম মরোং তাথরক্লিব অসী থিংননবগিদমক্ ভারত সরকারন ইং ১৯৫২ গি এপ্রিলদ Indian Board of Wild Life কৌব অম শেমখ্রে। ষ্টেট সরকারনস্ Forest Department কি মখাদ State Wild Life Board শিংথৎনরে। Game Reserve অমসুং Sanctuary শিংথৎনরে। মখাগি প্রস্তাবশিং অসী Indian Board of Wild Life ন প্রস্তাব তৌরি— (১) শায়োক্কম্ ( Sanctuary ) শিংথৎপ, (২) বনগি শা। উচেক্ হাংপ থিংনব আইন চৎহনব, (৩) শা-উচেক্শিং য়োংশিন্নব মী থম্ব, (৪) হুচেনুব হীদাক্, লাং, পোক্থাঙনব থুৎলাইন-চিংব শীজিন্নদুন শা-উচেক্ মাঙ্হনুব থিংব, (৫) শা-উচেক্ চেক্শিন্ন য়োংশিন্নব অমসুং পীন্নাঙ্নব সরকারগি অচৎপ মওঙ্গি থৌরাঙ্ লৈহনুব, (৬) শায়োক্কম্শিংগি অকোইবদ শা কাপ্প য়াদব মফম্ থম্ব, (৭) শা উচেকি লাইনা শম্পোক্তনব শায়োক্কম্শিংগি মনাক্ নক্প থুনশিংদ লৈব মুমশাশিংদ হীদাক্ কাপ্প। (৮) মপু ওইথগি সার্টিফিকেটকি মখাদ নত্তন

অপান্দ খালোক্প খিংব, (৯) কারগ য়োম্রনবগিদমক্ শা উচেক্ লাং খাক্পখিংব, (১০) শায়োক্শঙ্, সার্কস অমসুং বৈজ্ঞানিক সংস্থানশিংগিদমক্ শা উচেক্ পুথোক্পগী চহাগি মশীং কয়্প, (১১) চহী খুদীংগি Wild Life Prevention Week পালন তৌব। উচেক্শিং ভারনবগিদমক্তন্ তোভার National Committee for Birds Preservation হাঙ্গৈব অম ইং ১৯৫২ দ শেম্খি।

ভারতকি Sanctuary অমসুং National Park :—

জাম্মু কাশ্মীরদ—৬, পঞ্জাবত—১১, লোংচুপ্ বঙ্গদ—৬, অসামদ—৬, নেফাদ—১, বিহারদ—১, মধ্যপ্রদেশত—৪, বোম্বেদ—৪, মাদ্রাজদ—১, মহীশুরদ—২, কেরেলাদ—২, অন্ধ্রদ—১, উত্তরপ্রদেশত—৪, উরিষ্যাদ—৫, মণিপুরদ—১,।

ভারতকি শায়োক্শঙ্শিং :— কলিকতা, হাইদ্রাবাদ, মাদ্রাজ, মহীশুর ত্রিচুর, ত্রিবান্দ্রম্, পুনা, বোম্বে, বরোদা, জুনাগড়, আহমদাবাদ, নাগপুর, উদয়পুর, কোটান, গ্বালিয়র, লক্ষ্ণৌ, জয়পুর, যোধপুর, বিকানির, দিল্লি।

মণিপুরদ বনগি শা-উচেক্কি থৌরাঙ্ :— ইম্ফালদগি মাইল ৩০ (কিলোমিটর ৪৭.৮) লাপ্প মফম্দ কৈবুল্ লম্জাও কৌব মফম্ অম লৈ। লোক্তাকি খাথংবদ ইম্ফালতুরেল্ অমসুং কুম্বীয়োতকি মরক্ত স্কোয়ার মাইল্ ১০.৭৫ (স্কোয়ার কিলোমিটর ২৭.৮) পাকচাওব মফম্নী। মফম্ অসী ঈশিংগি মথক্ত অথাব ফুম ফুম্ল্লে লৈ। ফুম্গি অথাবন ফুট ৩—৫নী ফুম্গি মথক্ত ফুট ১৫ ফাউনা শাংব খংঙ্, খীংলাং, তৌ, কল্লাংমচিংবম ফুংন হৌই।

অসীগুম্ব অশোঙ্ব নায়ক্ অসীন শঙাই (Browantlered Deer) জাৎ অম লৈ। মসী ভারতকি মকম্ অত্তেদ কংদব জাৎনী। ইং ১৯৫৬ ত শঙাই জাৎ অসীগি মচা অনীথক্ মকম্ অসীদগি কারগ কলিকতাগি শায়োক্শঙ্ (Zoo) দ থাখি। ইং ১৯৫৮ অমস্তুং ১৯৫৯ দ মচা পোক্লে। চহী থরগী বাংখঙ্ব নোংমৈ পাঙ্গব শাদামৃষশিং অমসী পাঙনু শাদামৃষশিংদ মিয়ম্ নাইদন জাওনব মথল্গি শঙাইশিং অসী শঙ্হাৎ-হাৎখিবগি অসুম্ অস্ত্রম্ মরেং তাশিন্নকপনী থিংনব মণিপুর কোরেষ্ট ডিপার্টমেন্টন মকম্ অসী শায়োক্মকম্ (Sanctuary) অম ওইনা শেমগত্তুনা শাশিং অসী হাৎপ থিংলে। মসীগিদমক ভারত সরকারনা অনীথক চহী মঙাগি থৌরাঙ্দ লুপা ১,২০,০০০ কাইখি। অমসুং অসীদ হাকচিব শঙাই অসী ১০০ রোম্, অতেমথল্গি শজি (Hog Deer) ২৫ রোম্ লমজক ৩০০ রোম্ লৈ হাইনা ইং ১৯৬৭গি সেনসস্ (Census) অমগি রিপোর্টন তাক্লি।

## BIBLIOGRAPHY

1. Report on the Status of the Browantlered Deer of Manipur. —By E. P. Gee, M.A. C.M.Z.S.

2. Broadcast of Dr. Punjabrao S. Deshmukh, Union Minister of F.&A. Govt. of India.

# জাতিগি লূ-হেনূব নুমীৎ

## ( National Cleanliness Day )

## —ওক্টোবর, তাং ২—

**য়াহৌদোক্ :**— ইং ১৯৪৭ কি আগষ্ট তাং ১৫ দগি হৌন ঐখোঈ ভারতবাসীশিংন 'নীংতম' ( Independence ) হাঈব য়াহৈসী কনাগুম্বগি অথিংব লৈতন শীজিন্নরক্লে। য়াহৈসী নীংতম শীজিন্নব য়াননবগিদমক্ মীয়োল্ কয়া চুপ্প লাম্হেংনখ্রবনী। কংবদ য়াবগি মতীক্ য়াহৈসীগি অর্থ লুই অমম্পুং পাক্ চাওঈ। করিগুম্বদ য়াহৈসীগি অর্থ লাম্ন শীজিন্নবম্ থেংনদব নত্তে। য়াহৈসী চুপ্প শীজিন্নব তাবদ ঐখোঈগি পুক্নীংদ য়াথল্ কয়ামুক্ পোক্লকনি। মঘুমদ মমা-মপাগি য়ায়েল্ থৌদা, মীৎয়েং মথাদ লৈরিব অঙাংগি দায়ীদগি, মথক্ত কনান য়েংশিনবিনব ঙাক্পি-শেনবিনব লৈত্রব মুমুরেন্ অদুগি দায়ীন হেন্ন চাওবগুম্ন, 'নীংতম' হাঈব য়াহৈসী শীজিন্নব য়াজ্রিবগি ভারতবাসীশিংগি দায়ীদগি য়াহৈসী শীজিন্নব ওন্নব হৌজিকি ভারতবাসীশিংগি দায়ীন হেন্ন চাওঈ অমম্পুং লুই। য়ান তাম্লুরব য়াহৈসী শীজিন্নরুবদগি ঐখোঈগি দায়ী চাওরে, ঈথৌ য়াম্লে, য়াথল্ কুপ্লে। মতম্ অসীদগি হৌন ঐখোঈগি পুক্নীংদ কাউরে মদুদী,— লৈবাক্ ঙাক্পগি থবক লোইনন লেশকি শেমগৎ-শাগৎপগি থৌরম্ পরেং (Constructive Programmes) অম শেম্দুন পাঙথোক্পা দরকার ওইরে হাঈবসী। মীরৈবাকি শক্তি তাহোক্লবদ শীজিন্নরম্ব

ঐখোঙ্গি পাঙ্গল্ থোনা পুন্নমক্ হৌজিক্তি হাঙ্গৈরিব থৌরম্ পাঙ্গং অসীদ অমূক্ শীজিন্নব তারে। থৌরম্শিং অসীগি মঙ্গংদ, দেশ অসীগি মীওই খূদীংমক্ক হকচাং কন নাদ-য়েক্তন থবক্ ওন্ন মী ওইন পুক্সী শাংন হিংদূন লৈনব হোৎনব অদোম্ য়াম্ন মক্ক ওইগ্রব অমনী মরম্ অসীমক্তন শাস্ত্রন হাঙ্গৈরম্মী,—"শরীরমাদ্যং খলু ধর্ম্ম সাধনম্"—হকচাং ফংব হোৎনবন অহানূব ধর্ম্ম সাধনূনী। পুক্সীং ঈংব, নুংঙাইব তানূগে হাঙ্গৈরবস্তু হকচাং ফব তাই—"A Sound mind in a Sound body" হাঙ্গৈনরি। হকচাং নাদ-য়েক্তন অমদী পুক্সী তোঙ্গোইন লৈনব হোৎনবদ 'লূ-হেনূব' হাঙ্গৈবসীন য়ুম্মগি য়ুম্ফমগুম্বনী। য়ুম্ফম্ চেত্তব য়ুম্মগি ফীবম্ চেত্তবগুম্ লূ-হেনূব রাংপ মীওইগি হকচাং ফব রাৎপদী প্রমাণ চঙ্ত্রব রানী। অসীগি মথক্ত 'লূ-হেনব' হাঙ্গৈবসী থরাঙ্গৈপানূবগি পুক্সীদ পক্তূন লৈব হাঙ্গৈবদী থাদোকপ য়াগ্রব অম ওইবদগি জাতি অম চাউখৎনবগি থৌরম্শিংদ চীথহৌব য়াগ্রব অমনী।

**করিনো ?**— মথক্ত হাঙ্গৈগ্রিব মরম্শিং অসীদগি ভারত সরকারন 'জাতিগি লূ-হেনূব নুমীৎ' অসী ভারতপুম্বগি ওইন অপূনূব মওঙ্ অমদ ইং ১৯৬১ দগি হৌন স্বাস্থ্যমন্ত্রী-লোঙ্গৈশঙ্ (Ministry of Health) গি মথাদ অথম্নব নুমীৎ—ওক্টোবরগি তাং ২, লাইরৈবাক্ তানূগ্রব রাষ্ট্রপিতা গান্ধীজীগি তাইবঙ্-খোঙ্দাখিব নুমীৎ ( গান্ধী জয়ন্তী ) অসীদ ভারত শীনূথুংন পাঙ্-থোকৃঙ্গি। থবক্ অসীন ভারতকি মীওই খূদীংমকি পুক্সীদ জাতি অমগি থবক্ত মশা-মশাগি থৌদাং, লূ-হেনূবগি কান্নব, মীয়াম্গি

চাউখংনব থবকশিংগি (Community Development Works) অমা অনীনচিংব তাকই। থরক অসী নোংমতং তৌরগ তোকদব নত্তে, হুমীং খুদীংগি হাঙবদনী পুক্লোপি মীকুপ খুদীংদ থারোইদব অমনী। অদুবু, মীয়াম্গি পুক্কীং চিংশিনব অমম্বং ভাব তাহনবদ থুদোংচানবগিদমক অহোব ওইন অথম্নব হুমীং অমত্তদ তৌরিম্নী। নোংমত নত্তন অপাম্ব মতুংইন চয়োল অম, থাথাঙ্গ অম চুপ্পকু 'জাতিগি লু-হেনব হুমীং' (National Cleanliness Day) পালন তৌনৈ।

মরীলৈনব রাক্সম্ থর :— ওক্টোবর তাং ২ অসী 'গান্ধী জয়ন্তী' নী। সত্য-অহিংসা প্রেমগি পূজারী—মহাত্মা গান্ধীজীগি ভাইবঙ্ খোঙ্দাখিব হুমীংনী। লৈরিক্তেদ পোত্তগি কাম্নব খঙ্লক্লবদু পোক্নন লৈত্রব কান্দ মদুগি কান্নব খঙ্লকপগুম্ মহাত্মাজীন লৈরিক্তেদ অদুক হাক্ক মাবু শক খঙ্নরমদবদু হৌজিক মান খুপ্নব মতম্ অসীদদী কুইর-কুইরগ মাবু খঙ্নরক্রে অমম্বং ক্রম ক্রমে মাগি দরকার ওইরে হাঙবসী নীংলক্রে। লৈহুংদগি খোক্তোক্লীংলে। ভারতকি অবস্থা অসীদ গুসি গান্ধীজীন লৈবি-রক্রমী, মবাগি তম্পাক্ত লৈজব মচাগুম্, মপাগি নাকল্দ লেপ্চব অঙাংগুম্ কম্মাদ পুক্কীং লুমগবা! মরম্ অসীদগি, গান্ধীজীন লৈরি-ক্তেদগি গ্রোন খোইদোক্ত লৈখিত্রর তুংদগি ভারতকি মীপুম্ খুদীংগি থমোইদ মাবু লাংলি। অদুবু মানদী মাগি মূর্ত্তি পূজা তৌম পাম্নমদে, মাগি মমিং শোনব পাম্নমদে। মান তশেংন

পাল্লগীদ, মীয়াম্গি য়াইফ রাৎল্ অমদী য়াইফ-থৌরম্ পাঙ্থোক্লপা অসীতনী। মাগি পাঙ্থাক্ পাঙ্থোক্পন মাবু পূজা তৌবনী, মাগি সেবা তৌবনী। গান্ধীজী মশামক্না হিংলিঙৈদ মাবু থাজন তৌজব, লাইগুম নীংজব, মশাগি লাঙ্থুংমক্সু গান্ধীজীগি নাম্ শোনবদগি কোক্তে থজব চহী ৭০ শুরব কনাগুম্ব অহল্ অমন গান্ধীজীগি ফোটো অম মঙকৎসমদ শিদুন গান্ধীজীবু থুরুম লাকপ উবদ মহাত্মাজীন ফোটোদু লৌথোক্হন্থি। অস্তুম মান মীওইদ পূজা তৌব পাম্মদে, নীতিদ থবক্ পূজা তৌব পামম্মী। 'Work is Worship'— থবক্ তৌবন ঈশ্বর পূজানী হায়বদুনী।

লু-হেন্বগি মরম্দ অমস্তুং হকচাং নাদ-য়েক্কন লৈনবগি মরম্দ গান্ধীজীগি থোইদোক্প রাথল্ লৈরম্মী। মান মীয়াম্গি থবক্ তৌবগি অহানবা মতম্—ইং ১৮৯৩ গি মে থাদ খা-আফ্রিকাদ চৎপ মতম্ অদুদ মান য়েংনরম্মী—ভারত-মচাশিংন রেল্গাড়ীদ ফার্ষ্ট ক্লাশ, সেকেণ্ড ক্লাশত তোংব য়ারম্দে, মীয়াম্গি হোটেল্ নচিংবদ চঙ্হল্লম্দে, মহব মহুংগি লম্বীদ (Foot Path) চংহল্লম্দে, ভারত মচা পুম্নমকপু ইংরেজশিংন কুলি ওাক্ত কৌরম্মী। ওজা ওইরবসু কুলি ওজা, উকিল্ ওইরবসু কুলি উকিল্, লন্মোনবা ওইরবসু কুলি লন্মোনবা অস্তুম্ হায়ন কৌরম্মী। শম্ হায়রবদ অপ্তোব কাওবুন অমুবশিংবু হীরম্ থুনীংদ য়াম তোত্ম হন্‌হন তৌরম্মী। গান্ধীজী মশামক্সু রাথল্শিং অমাগি মথাদ অমাম কোকাই নংঙ্গবনী। ভারত মচাশিংন থোইদোক

লাঈরব লৌমী-শিন্নী কাঙ্‌লুপ্ন ফিজেৎ-চাক্‌চাদ, লু-হেন্নবদ, মহৈ-মশিংদ মখোঈদগি হন্থব মরম, মখোঈন অসীগুম্ন উশিন্নিবনী হাঈবসী থন্নুদুন গান্ধীজীন খা-আফ্রিকাগি প্রেটোরিয়া হাঈব মফম্‌ অদুদ মাগি পুন্সীগি ঈহান্‌—হানুব ওইন, লৈরন্নিব ভারতমচাশিং অদুগি অপুনব মীতিন্‌ অম কৌরগ মান রা ভাঙ্‌লম্মী। মান রা মরিথক্‌ হাঈরম্মী মদুদী— লু-হেন্‌গদবনী, অচুম্ব রা ভাঙ্‌গদবনী, জাৎ অমম্তুং ধর্ম্মন মীখু তোঙান তানব তৌগনু, ইংরেজী তম্‌-গদবনী। গান্ধী মপামক্ন মী থরবু ইংরেজী তম্বিরম্মী। গান্ধীন রেলয়ে ওথোরিটিশিংগ ইনদুন মফি মরোল্‌ মানব ভারত মচাশিংদী ফাষ্ট নত্রগ সেকেণ্ড ক্লাশত তোংব য়াগনি হাঈব চে লৌথোক্লম্মী। অসুম্ন জাতি অমগি চাউথৎনবগি রাফম্‌গি অহানবদ লু-হেনবগি রাফম্‌ চঙ্‌ভী হাঈবসী গান্ধীজীন তাক্‌পিরম্মী।

হকচাং নাদ য়েক্তন লৈনবগি মরম্‌দ গান্ধীজিগ মরী থাংনন লৈনরুরম্মু মাদী লাঈয়েংব ডাক্তর অমনী হাঈবদ করিস্মু লাল্লোই। য়েংস্মু য়েংলম্মী। হকচাংগি অনাবত নত্তন পূক্নীংগি অনাব ফাউব কহল্লম্মী। মহৌশাগি লাঈয়েং ( Nature Cure ) গি মরমদ মাগি থোইদোক্পা রাথল্‌ লৈরম্মী। লরাঈগি অপঙ্‌বশিংদ করি করি ভিটামিন্‌ চারগ মশা ফগদগে অমম্তুং নারোইদগে হাঈন তাক্‌পিবগুম্ব থবক্‌ অদুবু বৃটিশ তাম্বোক্তুন স্বরাজ ফংনব হোৎনবগি রাজনীতি অদুদগি হেন্ন মক্নওইব রাজনীতিনী হাঈন মান থল্লম্মী। মাদী মহৌশা ল্যাইরেম্বীগি মমানিংব মচানী। মমাগি তম্বাক্ন লৈজবন মাগি হুংঙাইজবনী।

## নুমীৎ অসী পালন তৌবগি চাওরাক্পা মওঙ্:—

'জাতিগি লু-হেন্ব নুমীৎ' অসী নীংথিন পাঙ্থোক্নবদ চাওরাক্ল মথাগি মওঙ্শিং অসী পল্লীংঙী। (১) সংস্থানশিং অমসুং লুচিংবশিংবু য়াউহন্ব— সংস্থানশিংগি মীশিং, স্কুল ওজা অমসুং অতৈ সমাজ সেবকশিংন (Social Worker) প্রজা মীয়াম্শিং অমসুং সরকার (ডেভেলপমেন্ট ব্লোক্চিংব) অনীগি মরক্ত লৈদুনা থবক্ অসী অচুম্ব মওঙ্দ পাঙ্থোক্পা হোৎনগদবনী। মথোঙ্গীন লম্তু নান্ব অমসুং হক্চাংফব (Health ani-tation) অনীগি মরী অসী শম্দোক্ল থঙ্নব হোৎনগদবনী। সংস্থানশিংগি মরক্ত পঞ্চায়েৎ, ব্লোক ডেভেলপ্মেন্ট কমিটি, জিলা পরিষদ, খুল্ কমিটি, স্কুল অমসুং অতৈ সমাজগি থবক্ তৌব সংস্থানশিং অমগ অমগ মরী লৈননব অমসুং মতেং পাংননব (Co-operation & Co-ordination) হোৎনগদবনী। লল্লাই মীওইশিংগি মরক্ত এম্-পি, এম্-এল্ এ, ম্যুনিসিপ্যালিটিগি কাউন্সিলর, ডাক্তর, স্কুল ওজানচি য়াউহল্লব হোৎনগদবনী। (২) মীয়াম্দ শিক্ষা পীব:— হক্চাং ফব অমসুং লম্তু-নান্বগি মমল্ মীয়াম্দ তাক্নুন থঙ্হল্লবগিদমক্ ফিল্ম্ উৎপ, রেডিও তাহন্ব, লাই (Posters), চেকোঙ্ মিটিংনচিংবগি মতেঙ্ন অমসুং থল্ল লৈনদুনা মীয়াম্দ ভাব তাহন্গদবনী। থুংগঙ্দ হোৎনদুনা ড্রামা, লীলা মচা, লাইথাগি কুম্মৈ (Puppet Show) নচিংব তৌবসু য়াম্ল কায়গনী। (৩) থবক্কি মতেং (শ্রমদান্)

লৌব :— মীয়াম্গি মতেং লৌদুনা পুখ্রী, গুহা শেম্ব, পম্প পান্ন্বা, ঈশিং শেংদোক্পা, মপাল্থোক্কম্, অমা'শঙ্ শাব লুথাক্কোম্ তৌবা, হয়রগি কোম্ ( Compost pit ) শেম্ব, লম্বী শেম্বনচিংব থবক্শিং পাঙ্থোক্লব হোৎনগদবনী। হীরম্শিং অসীদ হেরব ( Technical experts ) মীওইশিংগি মতেংন্সু লৌগদবনী।

(৪) ট্রেনিং পীব :— লম্বু নান্ব অমসুং হক্চাংফবগি মরম্দ অতেম্ব মতম্ থরদং তম্বগি থবক্ অসীদী প্রাইমারী হেল্থ্ সেণ্টরশিং অমসুং ব্লোক্ হেড কাটরশিংদ নত্রগ মথোঙৈগি মতেংগ লোইনন তৌব য়াই। ট্রেনিং অসীদ মরুওইন নূপীশিংন্সু হাউদনগদবনী। (৫) মথক্ত হাঙৈথিব থবক্শিং অসী পাঙ থোক্পদ চঙ্গদব শেল্ অমসুং পোৎচৈশিং অদু প্রজাশিংদগি থোক্লব হোৎনগদবনী। মতাং অসীদ মরুওইব অমদী তৌগদৌরিব থবক্শিং অসী ঈশা-ঈশাগিনী হাঙৈবসী খঙ্হনগদবনী। সরকারন হাঙৈরক্পনী, পূম্মক্ মথোঙৈগি দায়ী ওইগদবনী হাঙৈন থন্ব লাপ্লি। সরকারদী চুম হোদোক্পদনী, উৎসাহ পীবদনী। সরকারন হাঙৈদ্রবন্সু তৌকম্ থোক্পনী। জ্ঞান ভাগদব অমনী নীংতম্ব লৈবাক্ অমদ সরকার হাঙৈব অম প্রজা হাঙৈব অম অন্নম তোঙান্ তোঙান্ থাইদোক্প য়াদে, থরাঙৈগ হক্চাংগ তৌবগুম অমত্ত ওইন লৈগদবনী। (৬) থবক্শিং অসী পাঙ্থোক্পদ থরাঙৈ য়াউরব থাক্ থর থাঙৈদোক্লগ মনা ( Prize ) পীমবাগ থৌরাঙ্ থম্ব কৈ। (৭) পাঙ্থোক্কদব থবক্শিং অদু ঈমুং-মনুং, লৈকাঈ, খুংগঙ্ অমসুং সংস্থান অমত্তম থাঙৈদোক্প

রাই। মতম অমসুং লরাঈ, অদুগী থবক্‌সু দরকার ওইব মতুংইন্না হাঈবদী মকম্‌ মকম্‌গী কাম্নব য়েংদুনা থবক্‌ পাঙ্‌থোক্কনী।

বারোম্‌ :— মথক্ত নৈনগ্রবদুনী। মহাত্মা গান্ধীজীগী রাথলন্না 'ভারতকি স্বাধীনতা' হাঈবদী 'খুংগঙ্‌গী স্বাধীনতা' হাঈবনী। মরম্‌ অসীন মান 'গ্রামস্বরাজ' 'ভিলেজ্‌ রিপব্লিক' অসীনচিংবা রাহেশিং অসী শীজিন্নরম্বনী। মাগী রাজনীতি, মাগী ধর্ম্মনীতি, মাগী অর্থনীতি, মাগী সমাজ নীতি, নীতি পুম্নমক্‌ লরাঈ-থরাঈগী ভাক্কনী। ঈশ্বরগী শক্তম্‌ লেপ্পর থম্নব লুবগুম্‌ গান্ধীজীগী দর্শন ( Philosophy ) নৈনব ঙমই। পৃথিবীগী জাব জাতিব, থন্নব লোইত্তিব, থাজব ওম্‌ত্রিব মাগী তত্ত্ব মরাম্‌ নৈরি। গান্ধীজীগী পুন্সীদ পাঙ্‌থোক্‌প লোইরম্‌দব থবক্‌ কয়া মাগী উত্তরাধিকারী আচার্য্য বিনোবা ভাবেজীন ওসি চংলি রি। দেশকি সেবা মপুংফারম্‌দবগী নীং' থুংখিত্রব মহাত্মাজীগী আহ্বান বিনোবা-জীবু তেংবাঙ্‌বিসনু ! ঈশ্বরবু লোনীংব মওঙ্‌দ লৌব য়াই হাঈব-গুম্‌দুনা গান্ধীজীবু ওইহন্নীংব মওঙ্‌দ ওইহন্দুনা, থম্‌নীংব মফমদ থম্‌দুনা খন্নবদ অওম্মক্‌ থোক্কনী। (১) রাজনীতি খঙ্‌ব গান্ধী, (২) অর্থনীতি খঙ্‌ব গান্ধী, (৩) দর্শন হৈব গান্ধী, (৪) ধর্ম্ম হোৎদোক্‌প গান্ধী, (৫) সমাজ শেম্ব গান্ধী, (৬) লাঈয়েংবহৈব গান্ধী, (৭) লাইরীক্‌লেংব গান্ধী অসীনচিংব। মাঙোন্দ— জননেতা; স্থিতপ্রজ্ঞ; ধর্ম্ম প্রবর্ত্তক; সমাজ সংস্কারক; অর্থনীতিজ্ঞ, চিকিৎসক, কবি; বিপ্লবী মিংথোক্‌ পুন্নমক্‌ শীবদ মাগী গুন হেন্‌গদবত ওইহন অমদী মিংথোক্‌ পাম্বা নী ওইরমদবনা ঈশ্বর

শম্ন মাঙোন্দ ভক্তি অমদী শ্রদ্ধা কৎচবগ লোঙ্গৈনন মান পাম্নব থবক্‌শিং অসী পাঙ্‌থোক্‌পন মাগি সেবা তৌব ওইগনি, মান পেন্‌ব ওইগনি। রাখল্‌শিং অসী মাঙদ্‌ পান্দক্‌ম্‌ ওইন থম্নগ 'জাতিগি লু হেন্‌ব নুমীৎ' পালন তৌদুনা রাষ্ট্রপিতা গান্ধীজীন পাম্বিরম্ব ভারত অদু শেম্‌গৎলসী।

---

## BIBLIOGRAPHY


1. Bulletine on National Cleanliness Day — Issued by the Ministry of Health, Govt. of India.
2. মহাত্মা গান্ধী অমসুং গান্ধী তত্ত্ব —By S. Krishn amohan Singha. M.A.B L.

India's Social Revolution led by Mahatma Gandhi and now Vinoba Bhave. " G. V. Wilfred Welleck.


---

# জাতিগি অপূন্‌ব নুমীৎ

## ( National Integration Day )

### —ওক্টোবর তাং ২—

### "বসুধৈব কুটুম্বকম্‌"

**রাহোদোক্‌ :—** গীতা শাস্ত্রন তাকুনা লৈরে—"যদা যদাহি ধর্ম্মস্য……সম্ভবামি যুগে যুগে ॥" 'ধর্ম্মন ময়েং তাথরক্লবদ……ঐন যুগ যুগ থুগীংদ পোকনী।" রা অসী গীতাতগি ওইব হাঙ্গৈবদী

শাস্ত্র অসীতগ মরী থাংনন অর্থ পীব নত্তন পুন্সীগি থবকি মওঙ্ খুদীংগ শম্নব অর্থ পীব য়াই। মরম্ অসীমক্তন গীতাবু পুন্সী মাঙৈকে তাক্‌প লাইরীক্ হাঙৈনরিবনী, জাতি কাণ্ডলুপ্ থাঙৈদন পৃথিবীগি মীপুম্ খুদীংন মাগি খুত্থং ইম্নরিবনী।

ভৌতিক সভ্যতা (Material civilisation) গি অকনৃব ইথিন্ ইরৈন খুমৃহৎখিদুন অধ্যাত্মিক সভ্যতা (Spiritual civilisation) গি ময়েং তাথখিবদগি পেন্দব অপাম্বগি মায়া—মরীচিকা তান্নবদ চোক্‌থম্নব গুসিগি মীওইব কাণ্ডলুপ্ন লম্‌গি, ধর্ম্মগি, লোল্‌গি মরুম্ খুপ্ন ঐগি ঐগি মাগি মাগি রাখল্‌ন, মপুম্ ওইব হৈরাংদ কাখল্ কাখল্ নাইবগুম্ চোইজাইনারি মহৈ মহৈ। হাৎন-থিন্নবদ হালেণ্ডত্রে, অন্নাবগি গুমৈথে থেংলে, তশোংলে 'ধর্ম্মন ময়োং তাথরক্লবদ……' হাঙৈবদু। তাঞ্চাসিদ আবির্ভাব তৌবিরগনী ভগবান্ন আত্মজ্ঞান-বিবেকস্বরূপ—রাখল্‌গি মশক্ ওইন। হৈগি হৈগুং থাঙৈব লৈগি লৈকা নাইব মহোশা-পথাপ্ ওইরবসু মীওইবদী খম্ব নাইদব রাখল্‌গি পুকৈগ লোঙৈনন ভেংবানৃবদ থাবিরক্লবনীন অফ কত্ত খল্লোক্-খজিন্ গুম্মী, কাংগুগি মত্তৌ তম্‌দুন।

করিনো ?—উপনিষদকি 'বসুধৈব কুটুম্বকম্'—তাইবংপানৃব-সীমক্ শাগৈ নাতৈনী' হাঙৈব পাক্‌চাওরব রাখল্ অসীগি মখাদ গুসি ভারতন পৃথিবীপুম্বগি ক্বিদম্ ( আদর্শ ) ওইন 'জাতিগি অপুনৃব হুমীৎ' ( নেশনেল্ ইন্টেগ্রেশন্ ডে ) হাঙৈন ওক্টোবর তাং ২ দ পালন তৌরি। হুমীৎ অসী গান্ধী জয়ন্তী হুমীৎনী।

মীওইব সমাজন পুম্ন পুক্‌চেল্‌-থোঙ্গজেল্‌ তিন্নন পুক্নীং ঙাংন লৈনবগী থবক্ত পুন্না কৎথ্রব গান্ধীজীগি পোক্‌প ন্নমীং অসীগী অসীগুম্ব লুমীং অসী পালন তৌবনী।

**জাতিগি অপুন্‌ব পুরক্নব থৌরাঙ্‌ :—** জাতিগি একতা ওইববু চাউথংহন্নব অমদী চেংশিন্‌হন্নবগিদমক্‌ ইং ১৯৬১ গি মেগি তাং ৩১দ ভারতকি প্রধান মন্ত্রী, শ্রীজওহরল্যাল্‌ন প্রেসিডেণ্ট ওইদুনা ষ্টেটশিংগি চিফ্‌-মিনিষ্টরশিংগ লোঙ্গনন কন্‌ফরেন্স্‌ অমা তৌখি। ইং ১৯৬১ গি জুন তাং ১দ প্রধান মন্ত্রীন ষ্টেটশিংগি চিফ্‌-মিনিষ্টরশিংগ মীটিং অমত্তু তৌখি। মিটিং অদুদ লেপ্পথিবদী থম্বগিবু ওইরবস্তু লোল্‌গিবু ওইরবস্তু ভারতকি মশীং ন্নামদব (Minority) কাঙ্‌লুপ্‌শিং অসীগি চপ্‌মান্নন চাউথংনবগিদমক্‌ ভারতকি সম্বিধানগি যুক্ষম্‌দ অপনুব অকাঙ্গব শীবদু থিংদুনা জাতিগি অচেংপ একতা থম্নবগি মরমদনী। রাঘম্‌ অসীদ চঙ্‌শিন্নক্‌-পগ লোঙ্গনন, কংগ্রেস্‌কি ভাবনগর সেসন্দ শেম্‌থিব, শ্রীমতী ইন্দিরা গান্ধীন চেয়ারমেন্‌ ওইব, 'নেশনেল্‌ ইণ্টেগ্রেশন্‌ কমিটি' (National Integration Committee) গি রিপোর্ট অদুস্তু ন্নানখি। কমিটি অসিগি রিপোর্ট মথাগি রাকম্‌ মন্নি অসী পল্লি,—

(১) শিক্ষাগি অমস্তুং অতৈ থৌরমশিংদ জাতিগি রাথল্‌-মীৎয়েং (Outlook) অসী চাউথংহন্‌ব।

(২) অথনীতিগি মরমদ মশীং ন্নামদব কাঙ্‌লুপ্‌কি থুদোংচাব (Opportunities) হেন্নংহন্‌ব।

(৩) মী অমসুং সম্পত্তিগি শোঙ্গভাম্‌দনব (Security) ভাক্‌শেন্‌ব।
(৪) কংগ্রেস্ সংস্থানৃগি থৌদাং ( Role )।

থবক্ অসীগি মরীদ শিক্ষা মন্ত্রী লোঙ্গশঙ্‌ন ( Union Ministry of Education ) শ্রীসম্পূর্নানন্দন চেয়ারমেন ওইদুন কমিটি অম শেম্মী অমসুং ভারত জাতিগি পুন্সীদ পুক্নীংগি তিন্নব ( Emotional integration ) অদু চাউখৎহন্নবগি হীরম্‌দ শিক্ষাগি থৌদাং অমসুং স্কুল কলেজশিংদ তম্লিব ছাত্রশিং অদুগ অতৈ নহাবোল্‌শিংদ অচুম্ব শিক্ষাগি থৌরম্ পরেংশিং পীদুন পুক্নীংগি তিন্নব অদু মপাঙ্গল্ কন্‌খৎহন্নবগি রাকম্ কন্না পুথোক্‌খি। ধর্ম অমসুং কাঙ্‌লুপ্ ( সম্প্রদায় ) কি রাকম্‌দ জাতিগি একতা কাঙ্গহন্নবগি মরম্ থিংনবগি রাকমসু রাউরি।

ইং ১৯৬১গি আগষ্ট তাং ১০দ তৌখিব চিফ মিনিষ্টরশিংগি মিটিংদ প্রধান মন্ত্রীন হাঙ্গখি— "পুক্নীংগি তিন্নব ( একতা ) পুরক্নব হোৎনবদ কৃষ্টি অমসুং সংস্কৃতি, শিক্ষা, লোল্, ধর্ম অমসুং শাসন হাঙ্গরিবশিং অসীদ হৈশিংন চঙ্‌শিন্‌গদবনী।" তাং ১২, ১৩ দ তৌখিব মিটিংদ মরুওইন লোল্‌গি মরম্‌দ নৈনখি। প্রাইমারি স্কুল্, সেকেণ্ডরী স্কুল্, কলেজ অমসুং বিশ্ববিদ্যালয়দ মমালোল্, হিন্দী অমসুং ইংলিশকি মফম্ অমসুং রাষ্ট্রলিপি দেবনাগরীগি ফীবমচিংব পুন্নক্ নৈনখি।

অসীগিতুংদ ইং ১৯৬১ গি সেপ্তেম্বরগি তাং ২৮ দগি অক্টোবর তাং ১ কাউব দিল্লীগি বিজ্ঞান ভবনদ থম্‌খিব মেফমেল্

ইন্টেগ্রেসন্ কন্ফরেন্স্' অদু মতম্ অদুগি ভারতকি ভাইস্-প্রেসিডেন্ট ডাঃ এস্, রাধাকৃষ্ণন্-ন হোদোক্লপিবগ লোঙ্গৈনন ভারতকি অরিব মতম্দাগি হৌন ভৌগলিক্, ঐতিহাসিক্লচিংবগি কীবন্ন ভারত জাতিগি অপুনব লৈরক্লপ অদুগি মরমদ মমল্ যান্নব রাঙাও্ পীবিখি। মান হাঙ্গৈবিখি।— "তম্ বর্ষম্ ভারতম্ নাম ভারতী যত্র সন্ততিঃ"— 'শাগে-জাৎ নত্রগ কুচু, ধর্ম্ম যেশা ওইরবস্থু লম্ অসীদ লৈরিব মীশিং অদু লৈবাক্ অসীগিনী'। মহাভারতগি খণ্ডী মদুদী—কুরুক্ষেত্রগি লান্দ ভারতকি ওম্থৈ মরিগি মস্থুংদগি চীথদন য়াউরে। অস্থুম্ন একতা হাঙ্গৈবসী ভারতকি অা—মমাঙ্দগি হৌন চৎনরক্লব অমনী।" ধর্ম্মগি মরম্দ অস্থুম্ন পন্বিখি—"সমাজবু অমত্ত ওইন ফাজিল্লিব অদু ধর্ম্মনী। মরম অদুন ধর্ম্মগি মিংদ খৎনব থাইদোক্লব তোঙান্ তোঙান্ তাবদী অরানুবনী। অস্থুক্তি মতীক্ থাইদোক্লিবমথৈ অধর্ম্মনী।" লোল্গি মরম্দ অস্থুম্ন মথা তাথবিখি—"লোল্গি মিংদ কন্নক্ মিহৌনবস্থু ঐখোঙ্গৈগি ইতিহাসত থেংনদে। "ঐখোঙ্গৈন ইতিহাসকি ওস্থোক্ল মরুওইরব মতাঙ্ অমদ চঙ্শিল্লাক্লি মদুদী— মকম্ থুদীংমক্ত মথল্ থুদীংমকি পল্ মথৈ লোইন থুগাঙ্গৈরক্লি অমস্থুং পৃথিবীগি জাতি পুন্নমকি ওইব সমাজ ( International World Community ) মথল্ অম শেম্ব ঐখোঙ্গৈন হোৎনরি। ভারতকি লিরব চাউখৎপগি বুক্ষম্দ ঐখোঙ্গৈন হান্নদগি হেন্ন চাওব জাতি অম শেম্গৎপ ওয়োইদবগি মরম্ লৈতে। অসীগুম্ব জাতিগি অপুনব (National Integration) অসীদী শিকাদন পুন্নক্লপ ওম্গনি।

মথংদ প্রধান মন্ত্রীনম্‌ কাঙ্‌লুপ্‌ নাইবগি (Communalism), জাৎ খাঙ্গদোক্‌পগি (Casteism), লম্‌ খাঙ্গদোক্‌পগি (Regionalism), লোল্‌ খাঙ্গদোক্‌পগি (Linguism) অমসুং পুক্‌চেল্‌ পীক্‌পগি ( Narrow-mindedness ) ফত্তবশিং অদু শন্দোক্ল হাঙ্গবিখি। প্রধান মন্ত্রীন মখা তাখবিখি—"জাতিগি অপুনব অসীদী, অপুনবগি রাখল্‌, মীশিংগি থম্মোইশিংগি তিন্নব, চেৎশিনব, জাতিবু থুংশিন নীংব ( Loyalty ) অমসুং নাগরিক্‌ অমত্ত ওইবগি রাখল্‌গি মনোবিজ্ঞান অমসুং শিক্ষাগি থৌওঙ্‌ (Psychological &Educational process ) অমনী।"

অসীগুম্ব অপুনব অসী পুরক্লবগিদমক্‌ 'নেশনেল্‌ ইন্টেগ্রেসন্‌ কাউন্সিল্‌' হাঙ্গব অম প্রধানমন্ত্রীন চ্যারমেন্‌ ওইদুনা শেমগ্রে। অসীগ লোঙ্গনন 'সর্ব সেবা সঙ্ঘন' হৌদোরক্‌পগি মতুংইন্না সাবালক ওইরব ভারতবাসী খুদীংমক্ল ভারতকি নাগরিক অমগ অমগ য়ৈন-শুনদুনা হিংসাগি থবক্‌তৌব থাদোক্লব, খৎনচৈনব পুন্নমক্‌ য়াম্ন শান্তি ওইব পাম্বৈন চাউখৎলব জাতি অমগি চৎনবীগি মতুংইন্না থাম্‌জিন্নব হোৎনবদ থাজব পোক্লব মশা-মশান রাশক্‌-চে ( Pledge ) অমদ মহি তৌনব মীয়াম্‌গি ওইন পাঙ্‌থোক্লব রারেপ্‌ অম কন্‌ফরেন্স্‌ অসীন লেপ্তুনা ভারত শীনথুংন পাঙ্‌থোক্‌খি। রাশক্‌-চে অদুগি মওঙ্‌দী অসীনী—"I, as citizen of India,······hereby pledge myself never to resort to physical violence in the case of any dispute, whether in my neighbourhood or in any other part of India."

হৌজিক্তি ভারতকি রাজনীতি, অর্থনীতি অমসুং সমাজ-নীতিগি কীবম্ অসীদ "তিমরগ লেপ্পী" হাঙবগি মতুংইন্ন 'জাতিগি অপূনব নুমীৎ' ( National Integration Day ) অসী পালন তৌদুনা দর্শনগি ( Philosophy ) য়ুম্ফম্ মৎতু শাগৎলক্লিব ভারতকি সভ্যতাগি য়ুম্‌জাওন চীংলেম্ন আকাশ তম্নকৃপদু পৃথিবীদ উৎলসী।

---

## BIBLIOGRAPHY


(1) Bulletine on National Integration. — Issued by the Ministry of I. & B. Govt. of India.

(2) Statements — " National Integration Conference.


---

# খাদি অমসূং খুংগঙ্গি খুৎ-শা হৈবগি চয়োল্

## ( Khadi and Village Industries Week )

### [ ওক্টোবর, তাং ২—৮ ]


কামথৈ কুঃজললালসম্

মাজিলম্ অরিবমচলম্


মাহোলোক্ :—হৌথিব চহি কয়াগি মমাঙদগি হৌন বদেশীং 'খাদি' হাঙব মাহৈশিং অসী ঐখোইন্না হাঙমরক্নি। মাহৈশিং অসী ঈচম্-চম হেক্ত হাঙনব নত্তে। পাকৃচাওরন, নুম্নব অর্থ কয়া পুন্দুনা শীজিন্নরক্নিবনী। ভারতকী মপালগি

রায়েল্-খোঙ্দা মখাদ চহী কয়া অরাক খাঙ্লুরে। ভারতভূমিগি মপু শারম্ব, ভারতবাসীশিংগি মপী-মপা শারম্ব কাঙ্লু চৎরে ওসিদী। মপানুগি মপু শাশিন্নরম্ব চৎখিবগ লোইন্নরা, মতুংগি মপু শারম্ব কাঙ্লুম্ব মপু ওইবগি মতৌ থাদোক্লরে। অচৌ অচৌব মপু চৎরে, হৌজিক্ অপীকপ মপু থর লৈরি, মখোঙ্গী- সীস্থ চৎখিগনি, মখোঙ্গীন ভাব তারকপ হুমীত্ত — "মপুদী ঈশ্বরনী"। রাখল্ অসী খঙ্হনব, ভাব তাহনবগি বীজমন্ত্রদী হাঙ্গ্রিব, স্বদেশী, খাদি, হাঙ্গিরিবশিং অসীনী। মতম্গি মতুংইন্না হৌজিক্তি 'খাদি' হাঙ্গব রাহে অসীমত্তং মরুওইনা শীজিন্নরে। ময়েক্ য়াম্দব রাহে 'ওঁ' গি অর্থ হক্ল লৈবঙুম্ 'খাদি'গি অর্থশু হক্ল লৈ।

মীওইবনা হিংবদ চঙ্ব পোৎশিংগি মধ্যদ'শেৎনব' অমসুং 'চানব' অনীসীনা মরুনী। খাদিগি মসুংদ অনীমক্ অসী য়াউই। হৌজিক্কি কল্গি যুগ অসীগি মমাঙ্দ অয়াম্বনা খোইদোক্ত খুংগঙ্শিংদদী মীপুম্ খুদীংনা 'বস্ত্র-স্বাবলম্বী' ওইরম্মী হায়বদী ঈমুং-মসুংগি শীজিন্ননব ফিরোল্ পুম্নমক্ মশা-মশানা লৈং নাইদুনা শারম্মী। গান্ধীজীগি 'গ্রামস্বরাজ'দ য়াউব, অতোপ্পগি মতেং য়াউদনা ইরম্মাই হিংজব ওম্ব (Self-sufficiency) হায়বদু মতম্ অদুদ লৈরম্মী। খোঙ্না মাইল কয়া চৎপদ রারক্পদ ঐখোঙ্গীন হৌজিক্ মাইল অমত্তং চৎননবগিদমক্ একাগাড়ী; রিক্সা, বস্নচিংবগি মতেং লৌত্রবদী ওম্লম্দুনে মমাঙ্ঙৈদ লৈরম্ব ইরম্মাই হিংজব ওম্বগি পাজল্ খোঙ্না অমদী অদু ওসিদনী লৈখিত্রে। মীপুম্ খুদীংমক্ কল্ (Machine) গি মনাই ওইখরে। গান্ধীজীগি

রাখল্দস্থ 'কল্ন মীশিং মনাই ওইগদবনী, মীন কল্গি মনাই ওইগদব মত্তে' হাঙ্গৈবসীনী। নোংচুপ্লোম্গি চাউখৎপ মওং অসীদ, কল্গি মথূত্ত মীওইবন নোংমদী পুংতুম্তুম মাঙ্লগনি, মরম্ অসিদগি ভারতন নোংচুপ্কি লম্বীদ চংলোইদবনী হাঙ্গৈবসা মহাত্মা গান্ধীজীমক্ক মাঙ্জোনন তাক্পিরম্লবনী।

মতাং অসীদ নৈনগদব অমত্তংদী, হৌজিক্কি বৈজ্ঞানিক্ কল্শিং (Scientific Machines) অসীগি মত্তেং শূক্লো লোদবগি রাকম্দী থাংদিগি মতুংদ রাউদে, হাঙ্গৈবদী কল্বু শূক্শোক্ শোক্লরোই হাঙ্গৈব (Boycott তৌব) নত্তে। মতম্ অমম্তুং মকম্গি রাদনি। থূদম্ ওইন নোংম বিনোবাজীন পদযাত্রাদ তাক্পিখি— "য়েন্শাংদ থুম্ থাক্লগ য়েন্শাং মহাউ হেন্গৎলী হাঙ্গৈব চুম্মী, খাই-পূম্মক্ক পাম্লে, তৌইঙুম্বস্তুং থুম্ অদু অওক্প চাংদগি থরদংগ হেম্ল থাক্চিল্লবদী য়েন্শাং অদু চাব রাদদূন মাঙ্ঙী। মতৌ অসুম্ল কল্গি চাউখৎপ মীপুম্ থূদীংন পাম্কম্ থোক্ঈ, তৌইঙুবস্তুং মকম্ অমম্তুং মতম্ অদুগি সমাজগি কীবম্ অদুগি মওঙ্ য়েংদূন তৌত্রবদী ফহন্বগি মতূত্ত মাঙ্ননব ওইহল্লি।" মূম নৈনরবদী থূদম্ অসীনম্থু কল্ শীজিন্নবগি রাকম্সী ভাব তাব রারগনি খল্লী। মহাত্মা গান্ধী, বিনোবা ভাবেনচিংবন থুক্উ কাউবদ চোন্ব থূদৈ শেৎপ, ফিরাঙ্ ইন্ব, চরাহেন্ব অসীনচিংবশিং অসীগি মতুংগি অর্থ অমসুং মহাপূরুষশিং অসীগি পুন্সীগি দর্শন (Philosophy) দু মথক্কি রাকম্ অসীগ নক্কন নৈনব রাগনি নীংঙী।

করিনো ?—মথক্ত নৈনখ্রিব রাথল্শিং অসী থবক্ত ওন্থোক্লব-গিদমক্ খাদি অমসুং খুংগঙ্গি খুৎশা হৈবগি থবকশিং অসীবু অকনব মওঙ্দ শোগত্নুন মরম্নাই লেপ্চব ওন্নব অমদী চামদ মরিফু-তরান লরাঙ্গী ওইব ভারতন 'গ্রামস্বরাজ' ফংদুন স্বাধীনতাগি অশেংব অর্থন মূর্ত্তি ওইন লেপ্লব ভারত সরকারগি থৌরাঙ্ মথাদ চহীগি মসুংদ অরেপ্প ওইন, গ্রামস্বরাজ–রাথল্-লংলাগি লংজৌল্ ওইরম্ব রাষ্ট্রপিতা গান্ধীজীগি তাইবঙ্ থোঙ্দাখিব মুমীৎ-অক্টোবর তাং ২ দগি হৌদুন চয়োল্ অমনম্ 'খাদি অমসুং খুংগঙ্গি খুৎশা-হৈবগি চয়োল্' (Khadı and Village Industries Week) পাঙ্লন তৌরক্লি।

খাদি এণ্ড ভিলেজ্ ইণ্ডষ্ট্রিজ্ :— খাদি এণ্ড ভিলেজ ইণ্ড-ষ্ট্রিজ্ হাঙ্গৈবসী থবক্ অসীগিদমক্ শেম্ব কমিশন্ অমগি মথাদ লৈ। কমিশন্ অসী, ভারতকি মসুংদ খাদি অমসুং খুংগঙ্গি খুৎশা হৈবগি থবক্ অসী চাউখৎহন্নবগিদমক্ ইং ১৯৫৬ ত পার্লিয়ামেণ্টন এক্ট অম পাশ তৌদুন শেম্খিবনী। থবক্ অসীগিদমক্ ভারত সরকারন ইং ১৯৫৩ দ লিংখৎপ্রব 'ওল্ ইণ্ডিয়া খাদি এণ্ড ভিলেজ ইণ্ডষ্ট্রিজ্ বোর্ড' কি থবক্শিং অদুম্বু কমিশন্ অসীদ শিন্নরে। ভারত সরকারন হাপ্প—য়ামত্রবদ মী ৩ দগি তাদব, মী ৫ দগি হেন্দব মশীংন কমিশন্ অসী শাই। চেয়ারমেন্, ভাইস্-চেয়ারমেন্ সরকারন খল্লি। কমিশনগ তান্নরগ, কমিশনগি মেম্বরশিংগি মরক্তগি মেম্বর অমবু সেক্রেটারী ওইন হাপ্প য়াই। খাদি অমসুং

থুংগঙ্গি থুৎশা-হৈবগি থবক্ চাউখৎহনবা, থুৎনাইবশিং ট্রেনিং পীবা, থিজিনবা হুম্জিনবা ( Research ), থুংগঙ্গি থুৎনাইবশিংগি কো-ওপরেটিভ চাউখৎহনবা, মতেং পীবা, য়োল্লবগি থবক্ অসীনচিংবা অসীন কমিশন্ অসীগি মথৌনী। শম্ন হাঙ্গৈরবদা, থুংগঙ্গদা অর্থ নৈতিক স্বাধীনতা পীনবা হোৎনবা কমিশন্ অসীগি অমত্ত ওইবা থবক্নী।

**কমিশন্গি মখাদা পাঙ্গথৎলিবা থবক্শিং :—**

(১) খাদি ( লং-ফিগি থবক্ ), (২) চাননবা মল্লা—মরাঙ শেম্শাবা, (৩) যনীস খাউগুম্বগি থবক্, (৪) শউন্গি থবক্, (৫) মৈথেং শাবগি থবক্, (৬) চিনি অমসুং খাগুসারীগি থবক্, (৭) তাল চিনি (Palm-Gur) গি থবক্, (৮) চাব য়াদনা খাউ অমসুং সাপোন্গি থবক্, (৯) থুৎন চে শাবগি থবক্, (১০) চক্ শাবগি থবক্ (১১) খোই লোইবগি থবক্, (১২) মশিং ( Fibre ) গি থবক্, (১৩) খাঙ্শূব অমসুং উশূবগি থবক্ (১৪) শম্বী, শাগি অশিব মশা, অমাংবদাগি হার অমসুং মিথেন্ গ্যাস্ ( Methane Gas ) শেম্ব অমসুং (১৫) গুম্ব-নূং অমসুং মসীগি পোথোক্ শেম্ব।

**য়ারোইঃ**— রাকম্ অসী অসুম্ন লোইশিনবা য়াই মদূদী, ঐখোইগীন নীংতম্ন ফংননবগিদমক্ মীরৈবাক্কি পোৎচৈবু মপালদা তাম্হোক্খি। মদূ য়েংথীদূন তৌথিব নত্ত, ভশেংন ভারতনা মরম্নাই মখোঙ্গদা লেপ্চব ওম্নবগিদমক্নী। মতৌ অসীগুম্ন গ্রামরাজ্যগিদমক্ থুংগঙ্গি মপান্দগি লাক্প ফি অমসুং শীজিন্নবা পোৎচৈশিংবু থুংগঙ্গি মপান্দ তাম্হোক্প তাই।

মদু য়েংশীবগি মওঙ্‌দ নত্তে। হাঙ্গিবদী খুংগঙ্‌শি ন মশা-মশান মরম্মাই হিংজব ঙম্মবগিদমক্তনী। মতম্‌ অদূতদ খাদি অমসুং খুংগঙ্‌গি খুৎশা-হৈবগি থবক্ক চাউখৎপ ঙম্‌গনি।

---

## BIBLIOGRAPHY


(1) Books on Khadi & Village Industries } Published by All India Khadi & Village Industries Board.

(2) अम्बर चरखा By— विनोबा।

(3) एक बनो और नेक बनो " — विनोबा।


---

# গো-সম্বর্দ্ধনা সপ্তাহ

## ( Go-Sambardhana Week )

—( কাত্তিক, প্রতিপদ—সপ্তমী )—

**ওঁ নমো গোভ্যঃ শ্রীমতীভ্যঃ সৌরভেয়ীভ্য এবচ।**

**নমো ব্রহ্মসুতাভ্যশ্চ পবিত্রাভ্য নমো নমঃ॥**

**রাহৌদোক্‌ :**— য়ুম্‌দ য়োক্‌প শাশিংগি মঙুংদ শলন থাইদগি হেন্ন কান্নে। মরম্‌ অসীমক্তন হিন্দুশিংন শল্‌বু ঈপা ঈমা শক্ক ভক্তি কৎলিবনী। হিন্দুত নত্তন জাতি পুম্নমক্ক শল্‌বু লুন ভৌনৈ। শল্‌ লৈরম্‌দব ভাবদ মীওইবন হিংননবগি থবক্ক কন য়াম্ন থুদোংচাদব থোক্লম্‌গনী। ঙসিগি চাউখৎলব

থেচিনৃগি যুগ্ অসীদসু শল্গি দরকার লৈরি। মপাঙ্গল্ত নত্তন মশাদগী থোক্পা পোৎশিংনসু ঐথোঙ্গিগি ছিংনবগি থৌরম্ কয়াদ চঙ্‌ঙী। পোক্পদগি শিব কাউবদ অতোপ্পগি কান্নব নত্তন মশাগি য়েংশিন্নব জীব অমনী। অতোপ্পগি কান্নবগিদমক্ পোক্চরক্লব, সেবাদু তৌন তৌন মথাঙ্গী থাজগ্নবনী। অসীগুম্ব কান্নরব জীব অসীবু লুন তৌদুনা চাউথৎনব হোৎনব অসী মমাঙ্‌ঙৈদগি হৌজিক্ক রাংলে। ঐথোঙ্গীন কান্নবসী থঙ্‌ন অমুক্ অন্নাৎপসী ফুক্কৎনব হোৎনব মতম্ ওইরে।

অরিব ৱারম্ থরঃ— হিন্দুশিংন অরিব যুগতগি হৌন শল্বু পূজা তৌব অসী চৎনরক্লবনী। বেদন শল্বু স্তুতি কৎলী। খী হাঙ্গৈবসীন যজ্ঞগি মরুওইব পোৎলম্ অম ওইবদগি মুনি-ঋষি ব্রাহ্মণশিংন আশ্রমদ শল্ লোইনরম্মী। নিংথৌরেল্‌শিংন ব্রাহ্মণশিংদ শল্‌বু দান্-দক্ষিণা ওইন কৎনরম্মী। দ্বাপর যুগ্‌ত শ্রীকৃষ্ণন গোকুল্‌গি গোপ শাগৈদ লেঙশিন্নবিরগ শল্‌বু য়োক্থাক্পা, ঙাক্‌শেন্নব তৌদুনা শল্‌গি সেবা অমদী পূজাতৌব অসী অমুক হেন্না চেক্শিন্না তৌবিরম্মী। শল্‌বু য়োক্-থাক্লিব চীং গোবর্দ্ধনবু পূজা তৌব হৌদোক্পিরম্মী। শল্‌বু লুন য়োক্-থাক্লবদী অন্না-অনা পুম্বদগি কোক্কনি, অন্নাৎপা অমত্ত লৈরোই হাঙ্গৈব অসীত্তবু ঙাক্‌পিগে হাঙ্গৈবগিদমক্ শ্রীকৃষ্ণন 'গোপাল্' অমসুং 'গোবিন্দ' হাঙ্গৈব মিংথোল্ লৌবিরগ বৃন্দাবনদ 'গোবর্দ্ধন ধারণ' অমসুং 'গোষ্ঠলীলা'নচিংব শান্নবিরম্বনী। মরম্ অসীমক্তন শ্রীকৃষ্ণবু খুরুম্বগি মন্ত্রদ—"নমো ব্রহ্মণ্যদেবায় গোব্রাহ্মণ হিতায়চ। জগদ্ধিতায়

কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নমঃ ॥" হাঈরি। হৌজিক্কি মুগ অসীদগী মহাত্মা গান্ধীজীন ইং ১৯১৮ দ 'গো সেবা সঙ্ঘ' হাঈন লিংখত্তুনবা শল্‌গী চাউখৎনব হোৎনবিরম্মী।

হিন্দুশিংন শল্‌বু ধর্ম্মগি মূর্ত্তিনী (প্রতীকনী) হাঈন লৌরম্মী সত্য, তপস্যা, শৌচ, দয়া হাঈব মরি অসীন মখোঙ্‌ মরিনী। শ্রীমদ্ভাগবতকি ১ ম্‌ স্কন্ধগি ১৭ শুব অধ্যায়দ পৃথিবীন শল্‌ অমোম্‌গি শক্তম্‌ লৌরগ ধর্ম্মন শল্লাবগি মশক্‌ ওইরদুনা কলি চঙ্‌লক্‌পগি অরাবগি মরম্‌দ শানব রারীদ চঙ্‌খোম্ম য়াউরি। অহিংসা, সেবা, প্রেম্‌ হাঈব জীবগি কিদরকম্‌ ওইব পুন্নমক্‌ শল্‌দ লৈ। থাঙ্‌ব কন্‌বদ লৈপাক্‌ লৈমনী। অশেংব ধর্ম্মগি শক্তমনী। মাঙোন্দ চঙ্‌জব নত্তন হিংসান মাবু লাকৃচব য়াদে। মাঙোন্দ চঙ্‌জরবদ কান্নব পীদন তোক্কে। শল্‌বু ঈমা তরেৎকি (অপোকপী, পোক্লকম্‌, য়োকৃচবী, ঈনেম্বোক্‌, মীরোন্‌বী, গুরুগিনুপী, শল্‌) মনুংদ অমনী হাঈন লৌঈ। শল্‌বু পূজা তৌবদ— শল্‌ অমোম্‌বু ঈমা, শল্লাববু ঈপা ( গাবো মে মাতরঃ সর্ব্ব গোবৃষাঃ পিতরো মম ) অম্‌মন্ন থুরম্মী। অসিদগিম্মু ঐখোঈন উরে মদূদী ঐখোঈন শল্‌বু ঈমা ঈপামক্কী খন্দ্রন গুরুভক্তি কৎপ অসী চৎনরকৃই। শল্‌গি সেবা তৌরগ মীওইবগি পুরু-ষার্থ—ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ—চতুর্ব্বর্গ ফংভী হাঈন তাক্লি। শল্‌গি মশাদ লাই কোটি কুন্থা হমদোই লৈ হাঈন লৌঈ।

ধর্ম্মগি রাকম্‌ ভাক্‌ নত্তন বৈজ্ঞানিক্‌ ওইব রাদ য়েংলুরবদ্দু ঐখোঈন থঙ্‌নরি, মদূদী শল্‌গি মখোম্‌ থরুগ থরাঈ হিংব ঙম্মী।

চরক সংহিতাদ হাঙৈরি—খোম্ পুন্নমক্তগি শল্গি শংগোম মীওইবদ কান্নব পুম্হেল্-হেল্লি। মরম্ অসীন হক্চাংন মরুনা হাঙৈন লৌব চার্ব্বাক ঋষিন হাঙৈরম্মী—"ঋণং কৃত্বা ঘৃতং পিবেৎ" মীগি মরল্ তোল্লবস্থু ঘী চাগদবনী। শল্ মখোম্দ চৌঙ্গাক্কি মচি ( Vitamins ) পুন্নমক্ য়'উঈ। মথী, মযুংন অমাংব পোৎ ফাউব শেংদোক্করি। থীগি মন্নুংদ শন্থী, শরুগি মন্থুংদ মোইবুং শেংঙী হাঙৈন শ্রুতিন হাঙৈরম্মী। হিন্দুত নত্তন মিশর ( Egypt ) গি অরিব সভ্যতাদস্থু শল্বু লুন তৌরম্মী। থুদম্ ওইন লাইশঙ্শিংদ শল্ য়েক্লম্মী। ইংলণ্ডদস্থু পুরোহিতশিংন শল্ য়েক্প ফিরোল্ শেৎ—চারম্মা। মুসল্মান ওইব সম্রাট আকবর সাহন শন্থী, শল্ গঙ্গাজল অহুম্সীবু অশেংবনী হাঙৈন য়ারম্মী। মৈতৈগি সভ্যতাগি মন্নুংদস্থু শল্বু লুন তৌবসী অচুম্মক্ লৈরক্লবনী। "নুপী, অঙাং, শল্, ব্রাহ্মণ" হাঙৈব পাওরো অসীন ঐখোঙৈন চেক্শিন্গদব লুন তৌগদবশিংগি মন্নুংদ 'শল্' অসীস্থু অমনী হাঙৈবসী তাক্লি।

**করিনো ?**— মথক্ত নৈনব্রিব অসীদগি ঐখোঙৈন থগুলে মদুদী—ঐখোঙৈগি অরিব সভ্যতাগি মতম্দগি হৌন চৎনরক্লিব, শল্বু য়োক্-থাক্তূন মীওইবন হিংনবগি মরীদ থাদোক্প য়াত্রব শল্বু লুন তৌদূন চাউখৎনব হোৎনব অসী তঙাঙৈফদবনী হাঙৈন লৌদূন ভারত সরকারন জাতিগি সুমীং অম ওইন লেপ্তূন 'গো-সম্বর্দ্ধনা সপ্তাহ' হাঙৈন চহী খুদীংগি কার্ত্তিক, প্রতিপদ-তগি্গন সপ্তমী ফাউব চয়োল্ অমমম্ পালন তৌঈ। সুমীং অসী

খুদোংচাব চাদব মতুংইন্ন ওম্বোক্ ওন্‌শিন্ তৌব য়াই।

**শা-শল্‌গি চাউখৎনবগিদমক্ সরকারন পাঙ্গখৎলিব থবক্ :—**

ভারত সরকারন থবক্ অসীগিদমক্ 'সেন্ট্রেল্ কাউন্সিল্ ওফ্ গো-সম্বর্দ্ধনা' কৌব অম শেমদুন চহী খুদীংগি মেরা থাগি নোংমপান্‌ব, গোবর্দ্ধন পূজা হুমীত্তগি চয়োল্ অম চুপ্প পালন তৌঈ। কাউন্সিল্ অসীদ শা-শল্‌গি মরমদ খঙ্‌লব মীশিং (Animal Husbandry Experts), শল্ য়োকপ থরাঙ্গ য়াউব লম্নাই মীওইশিং, পার্লিয়ামেন্ট মেম্বরশিং, গোশালা অমসুং পিঞ্জরাপোল্‌শিংগি মীহুৎশিং য়াউই। সেন্ট্রেল্ কাউন্সিল্ অসীগি মথাদ ষ্টেট খুদীংমক্কি ষ্টেট কাউন্সিল্ অমমম্ শেম্মী। সেন্ট্রেল্ কাউন্সিল্‌গি মথৌদী মরুওইন, য়ুম্‌শাশিংবু (Cattles) মওঙ্ খুদীংমক্ত ফগৎহন্নব হোৎনবগ লোঙ্গনন হীরম্ অসীদ ষ্টেট কাউন্সিল্‌শিংদ পাওতাক্ পীবনী।

**গোশালা** অমসুং **পিঞ্জরাপোল্** হাঙ্গবসী য়ুম্‌শাশিংবু সোক্লব অমসুং ঙাক্‌শেন্নব (Preservation & Protection) মমল্ তিংদন, দান্‌গি মশক্ ওইন (Charitable) লিংখৎপ প্রজাগি সংস্থান্‌নী। ভারত্ত অসীগুম্ব সংস্থান্ ১০০০ গি মথক্ত লৈ। মখোঙ্গগি থবক্কি মতুংদ য়ুম্‌শাশিংবু চাউখৎহন্‌বগ লোঙ্গনন শংগোম্‌গি থবক্‌সু চাউখৎহন্নব য়াউরি। সেন্ট্রেল্ কাউন্সিল্‌গি মথাদ গোশালা ডেভেলপ্‌মেন্ট স্কীম্ অমত্ত পাঙ্গথণ্ডুনা পাব য়াব মতেং পী।

গোসদন হাঙৈবদী শল্‌শিংগি লৈফম্‌ শেম্‌দুনা অহল্‌ ওইরব অমসুং থবক্ত কাময়রোইদব জাংশিং অদু থাইদোক্লগা থম্লগ ফত্তব চারা শন্দোক্তনব তোঙাম্‌ পীজ-পীথক্লগা থম্মী। ভারতত অসীগুম্ব গোসদন ৬০ য়োম্‌ (সরকারগি ৩৬, লম্নাইগি ২৪) লৈ।

গো-সম্বর্দ্ধনা সপ্তাহদ মরুওইনা, অফব শল্‌গি চারা শন্দোকপ হোৎনব, ফত্তব শল্লাবশিং মশা ওন্থোকপ, কাময়রোইদব শল্‌শিং গোসদনদ থাইদোকপ, শজীক্‌ চারা য়েন্থোকপ, যুম্‌শা উৎপ (Cattle Show), শংগোম্‌ য়াম্না থোকপ তাম্নব অমসুং মনা পীব, যুম্‌শাগি মরীথাংনব থবক্‌শিংগি মেলা উৎপা, যুম্‌শা য়োক্‌প, লাঙৈনা ঙাক্‌থোক্নবা হোৎনব, রেডিওদ য়াঙাঙ্‌ব, সম্মেলন তৌব, ডিবেট অমসুং অতৈ থম্ন-নৈনবনচিংব যুম্‌শাগি চাউখৎনবগি মরীথাংনব থবক্‌ অসীনচিংবশিং অসী পাঙ্‌থোকই। শংগোম্‌ থোক্‌প তাম্নবদ শেল্‌গি মনা অমসুং ‘গোপাল্‌-রত্ন’ হাঙৈব সার্টিফিকেট্‌ পী।

অসীদ নত্তন সেন্ত্রেল্‌ কাউন্সিল্‌গি মথাদ কোঙৈচৎ-চৎপ যুম্‌শা য়োক্‌প কাঙ্‌বুশিংদ (Nomadic Breeders) শেল্‌থুম্‌গি মতেং পীব, লম্‌পীবনচিংবসু তৌঈ। মতম্‌ মতম্‌গি সেমিনার ফম্মী। গোশালাগি থবক্‌ পুনব মী, কর্নালগি ‘নেশনেল্‌ ডাইরি রিসার্চ্‌ ইনষ্টিটুট্ট’ ট্রেনীং তৌহল্লী।

মতৌ অসুম ভারতত শা-শল্‌ য়োক্‌পগি থবক্‌ অসী চাউ-খৎহন্দূন ভারতকি রাজলক্ষ্মীবু অমুক্‌ হন্দিল্‌হন্দুন চাউখৎপ মরাঙ্‌ কাঙৈব লৈবাক্‌ অম ওইহল্লসী।

## BIBLIOGRAPHY

1. Bulletins on Go-Sambardhana — Issued by—Central Council of Go-Sambardhana.
2. Foundation of Indian Culture — By K. M. Munshi.
শ্রীমদ্ভাগবতম্ — (১ম্ অমসুং ১০ম্ স্কন্ধ)

---

# ভারত অপূম্বগি কো-ওপরেটিভ্ চয়োল্
## ( All India Co-operative Week )
### [ নবেম্বর, ৩—৯ ]

হাহৌদোক্ — মীওইব সমাজ অসী অহোবদগি মীশিংগি পাঙ্গল্, থৌনা অমসুং লৌশিংন মরম্ ওইদুনা লাঙ্গৈরব অমসুং ঈনাক্খুন্নব হাঙ্গৈব নাকল্ অনী থোক্ন খাঙ্গৈদোকহি। নাকল্ অনী অসী অমন অমবু নম্থনব ( exploit ) অরেপ্প লৈতনা য়েংনরক্হি। ঈনাক্খুন্নবগী লাঙ্গৈরবগী লাম্বা পাবদ মহৌশান অকোন্নবগি অসীন মাঙ্গৈথীগল্লী। মরম্ অসীন লাঙ্গৈরব কাঙ্লুপ্ লৌমী-শিন্মীশিংন মথোঙ্গৈগি ছিংনবগি তল্ মচেৎ অমগিদমক্ মথোঙ্গৈগি লৈজব থরদং অদু ঈনাক্খুন্নবগি মথোঙ্দ কথোক্প তাই। হাঙ্গৈগ্রিব মরম্শিং অসীদগি লাঙ্গৈরব কাঙ্লুপ্ অসী নম্থাক্

তৌবদগি, পূক্চেল্ শেংদবদগি, লৈজব লম্ মচেৎ মচেৎ থুগাঙ্গৈ-বদগি, অশোঙ্গৈব কৈথেল্গি মওঙ্দগি থাজন ধীব ভম্‌দবদগি, নোং নীংথিন তাদবদগি অসীনচিংব মথল্ মথল্গি থুদোংচাদ-বদগি অরাব নংভী। অসীগুম্ব অরাবশিং অসীন মরম্ ওইদুন মীগি মরল্ন থাঙ্ কোঙ্গৈন হিংব তাই, শিব তাই। মতম্ম হৌখিবগ লোঙ্গৈনন অশিংব মীশিংন লাইরবশিং অসীগি মরাইবক্ থীব অমসুং অরাৎপশিং অসী কোক্লনবগি মরম্ থনূব হৌরক্লম্মী।

**কো-ওপরেটিভ্ সোসাইটি হৌরক্‌প ঃ**—মথক্ত হাঙ্গৈখ্রিব রাথল্ অসীগি মথাদ ইংলণ্ডদ থূৎশা-হৈবগি বিপ্লব (Industrial Revolution) অম হৌখি অমসুং রোবার্ট ওয়েন্ (Bobert Owen) কৌব মীয়াম্গি কান্নব রাথল্ তৌব নীপা অমন অহানূব ওইন কো-ওপরেটিভ্কি মওঙ্দ সমাজবাদ পুরক্লব হোৎনরম্মী। লম্জিংব থরন মবুক্লাঙ্লব সমাজ অদূবু পুথৎনব হোৎনথৎলম্মী। 'রোক্‌ডেল্ পাইওনিয়র্স' (Rochdale Pioneers) হাঙ্গৈরগ থঙ্নব মী ২৮ন থাঙ্গৈশেংন কো-ওপরেটিভ্গি থবক্ অসিদ লম্জিংলম্মী। অসীগুম্ব অনৌব সমাজ শেম্গৎ-নবগি মওঙ্ অসী পৃথিবীগি মক্তম্ থূদীংদ লৌনরম্মী। মওঙ্ অসী চপ্মান্নন পুথৎনবগিদমক্ 'ইণ্টরনেশনেল্ কো-ওপরেটিভ্ এলায়েন্স্ হাঙ্গৈব অম শেম্থি।

**ভারত কো-ওপরেটিভ্ সোসাইটি হৌরক্‌পঃ**— ইং ১৮৯২দ মাদ্রাজ সরকারন ফ্রেডরিক্ নিকোল্সন্ (Frederick Nicholson) কৌব অমবু জর্ম্মনূদ কো-ওপরেটিভ্ শিক্ষা

ফংনব থাখিরম্মী। মতম্ অমীমক্তদ, মিঃ ডুপর্নেক্স্ ( Mr. Dupernex) কৌব ইউরোপিয়ান্ অমন ভারত্ত কো-ওপরেটিভ্কি লম্জিংব ওইন থবক্ তৌরম্মী। ইং ১৯০৪গি মার্চ থাদ 'ইণ্ডিয়ান্ কো ওপরেটিভ্ এক্ট' চৎপ হৌখি। এক্ট অসীগি মথক্ত ইং ১৯১২দ খরমখৈ শেম্দোক্লগ অতোপ্প এক্ট অম অমুক্ চৎনখি। ইং ১৯১৯দ ভারত্ত 'ডায়ার্কি' চংলবদ কো-ওপরেটিভ্ অসী 'ট্রান্সফর্ড সবজেক্ট' ( Transfered Subject ) অম ওইদুনা প্রাদেশিক সরকারশিংদ লৈখিরম্মী। প্রদেশ খুদিংন মশা-মশাগি আইন শেম্জরম্মী। ইং ১৯৪৭ ত 'মণিপুর কো-ওপরেটিভ্ এক্ট' পাশ তৌখি অমসুং ইং ১৯৫০ গি মে তাং ১ দগি 'আসাম্ কো-ওপ-রেটিভ্ এক্ট, ১৯৫০' অসী মণিপুরদসু চৎনব হৌখি। ভারৎকি চহী মঙাগি থৌরাঙ্দ কো-ওপরেটিভ্ সোসাইটি চাউখৎনবগি থবক্ অসীসু অচৌব অমনী।

**করিনো?**— মিঃ রিঙ্গেট্ন ( Mr. Ringet ) হায়রম্ব 'খরন পোথানব লৌমীন নোম্ব, খরন মরু হুল্লগ খরন লোক্পগি ( The ryot toils that another may rest and sows that another may reap ) নীতি অসীগি মতুংইন্ন হুমাংমন্ন মবুক্ থনুব ফংজত্রব লৌপু শেন্বুগি মথুক্ত মবুক্ য়োঙ্খোক্চরব লাইরব লৌমী-শিন্মীগি যুগ কয়া থাঙ্লক্লব অরাবশিং অসী কোক্লবগিদমক্ লিংখৎলিব কো-ওপরেটিভ্ সোসাইটি হায়ব অসীব চাউখৎনবগিদমক্' ভারত্ত সরকারগি থৌশীল্ মথাদ চহী খুদিংগি নবেম্বর তাং ৩ দগি ৯ ফাউব চয়োল্ অমমম্ 'ভারত

অপুম্বগি কো-ওপরেটিভ্ চয়োল্' (All India Co-operative Week) পালন্ তৌরক্লি।

**কো-ওপরেটিভ্ সোসাইটিগি শাগৎলকুপ:—**

**( ১ ) ইন্টরনেশনেল্ কো-ওপরেটিভ্ এলায়েন্স্—** মথক্তুন্বু নৈনব্রে, পৃথিবীগি মফম্ খুদিংদ কো-ওপরেটিভ্ আন্দোলন্ অসী তৌরকুপ মতাংদ চপ্ মান্নব মওঙ্ অম লৈহন্নবগিদমক্ 'ইন্টরনেশনেল্ কো-ওপরেটিভ্ এলায়েন্স্' হাঙীব অম শেম্খি। মসীন 'ইন্টরনেশনেল্ পিস্ মিশন্' হাঙীব অমম্বু শেম্গকুন পৃথিবীদ শান্তি পুরক্নবম্বু হোৎনরি।

**( ২ ) ওল্ ইণ্ডিয়া কো ওপরেটিভ্ ইউনিয়ন্**—ইউনিয়ন্ অসী ভারত পুম্বগি ওইব অমনী। মসীগি মেম্বর ৭৮ লৈ। মসীগি মথৌদী—প্রাইমারী সোসাইটিশিংগি মেম্বরশিংবু কো ওপরেটিভ্কি শিক্ষাপীব, খবর, মেগাজিন্, লাইব্রেরি ফোঙ্বা, অমসুং ফিল্মশো, মেলা, কো-ওপরেটিভ্ চয়োল্ পালন্নচিংব তৌদুন মেম্বর খুদিংদ অমসুং মীয়াম্দ কো ওপরেশন্গি মমল্ অমসুং মগুন্ খঙ্হন্দুন চাউখৎনব হোৎনব।

**(৩) ষ্টেট্ কো-ওপরেটিভ্ ইউনিয়ন্, (৪) ডিষ্ট্রীক্ট কো-ওপরেটিভ্ ইউনিয়ন্, (৫) সুপরভাইজিং ইউনিয়ন্,** অমসুং **(৬) প্রাইমারী সোসাইটিশিং** অসীন মাগি মাগি শক্তিগি মথাদ খবক্ তৌদুন অমসুং ওল্ ইণ্ডিয়া কো-ওপরেটিভ্ ইউনিয়ন্গ নক্লব মরী থম্নদুন মাগি মাগি লম্দ কো-ওপরেটিভ্ সোসাইটিগি খবক্ চাউখৎনব হোৎনরি।

য়ারোই :—কো-ওপরেশন্গি নীতি তরেৎনী,—(১) মেম্বর ওইবগি থোঙ্ হাংব, (২) গনতান্ত্রিক ওইব থৌশীল্, (৩) সেবাগি পুক্চেল্, (৪) য়েন্নবদ নিয়ম্ চুম্ব, (৫) চেক্শিন্-খোইজিন্ব ( Economy ) শৌগৎপ, (৬) রাজনৈতিক্ অমসুং ধর্মনৈতিক মীৎয়েংদ মীচঙ্-মীথাঙ্গ নাইদব, (৭) মহৈ মশিং তম্ব শৌগৎপ।

ভারতকি অমত্ত ওইব নীতি 'অহিংসা' হাঙ্গবসীগি মথাদ রাজনৈতিক স্বাধীনতা ফংখিবগুম্ব হৌজিক্সু অহিংসা নীতিগি মথাদ অর্থ-নৈতিক স্বাধীনতা ফংনব হোৎনগদবনী। কো-ওপরেশন্ হাঙ্গব অসীন হাঙ্গরিব অসী ফংনবগি অমত্ত ওইব পাম্বৈনী। রাষ্ট্রপতি, ডাঃ রাধাকৃষ্ণন্ ন হাঙ্গখি— "The development of Co operation is a part of five-years plans and is considered a vital factor for social stability and for rapid economic development." অদুবু ভারত্ত হৌজিক্ ওইরিব কো ওপরেটিভ্ সোসাইটি খরগি মওঙ্ ঊরবদী থোই-দোক্ন নীংব কাঙ্গব য়াই। মসীগিদমক্ প্রধান. মন্ত্রী, শ্রীনেহরুন হাঙ্গবিখি—" But sometimes under the broad cloack of Co-operation many things occur which could hardly reflect the basic principles of it." খবক্ অসী মচুতান তৌগে অমসুং কো-ওপরেশন্গি নীতিশিংন পাম্বগিব অদু মপুংফান ফংগে হাঙ্গরবদী পুক্চেল্শেংন সেবা-ভাবত্ত তৌরবতদ ঙম্গনি। কো-ওপরেশন্ অসীতন মহাত্মা গান্ধীজীন পাম্লব 'রাম রাজ্য' নত্রগ 'Socialistic Pattern of Society'

অদূ কংব ঙম্‌গনি। রাকম্ অসীদ মণিপুরগি চিফ্ কমিশনর, শ্রীজে, এম, রাইনান হাঙ্গৈবিখি,—"The Co-operative movement provides a good training ground for people to shoulder nation building tasks for the establishment of a Socialistic pattern of Society."

---

BIBLIOGRAPHY

1. Bulletins on All India Co-operative Week Celebration. } Issued by—Manipur state Federal Co-operative Union

2. Lectures on Co-operative Society.

---

# ভারত অপুম্বগি খুৎশাহৈবগি চয়োল্
## (All India Handicrafts Week)
## [নবেম্বর, তাং ১০—১৬]

**রাহৌদোক্ :—** 'হেণ্ডিক্রাফ্‌ট্‌স্' হাঙ্গৈবসী মুম্‌দ শূব খুৎশাহৈবগি থবক্‌শিংবুনী। মসী কোটেজ্ ইণ্ডষ্ট্রিজ্ (Cottage Industries)গি মহুং চল্লি। ঈমুং-মহুংগি অমুক্-হুংদাং শীজিন্নব পোৎ, অকে-অমৌগি পোৎ, লৈত্তেংনব পোৎ অসৌনচিংব পোৎশিং খুৎন শেম্-শাদূন 'পুথোক্লিব 'পুম্নমক্ হেণ্ডিক্রাফ্‌ট্‌স্‌কি থবক্ ওাকুনী।

কম্মস্ অমস্থং ইণ্ডষ্ট্রিজ্ গি মন্ত্রী কোইশঙ্গি মথাদ লৈরিব য়ুম্নদ শূব থবক্শিং (Cottage Industries) অসী চাউথৎহন্নবগিদমক্ ভারত সরকারন সংস্থান্ ৬ থক্ লিংথৎখি, মদুদী—(১) ওল্ ইণ্ডিয়া খাদি এণ্ড ভিলেজ্ ইণ্ডষ্ট্রিজ্ কমশন্, (২) ওল্ ইণ্ডিয় হেণ্ডিক্রাফট্স্ বোর্ড, (৩) ওল্ ইণ্ডিয়া হেণ্ডলুম্ বোর্ড, (৪) স্মল্-স্কেল্ ইণ্ডষ্ট্রিজ্ বোর্ড, (৫) কোইর্ বোর্ড, অমস্থং (৬) সিল্ক্ বোর্ড।

**ওল্ ইণ্ডিয়া হেণ্ডিক্রাফট্স্ বোর্ড** (All India Handi Crafts Board) :— বোর্ড অসী ইং ১৯৫২ দ লিংথৎখিবনী অমস্থং ইং ১৯৫৭ ত অমুক্ শেম্দোক্খি। বোর্ড অসীগি মথৌদী, চাওরাক্ল থুৎশা হৈবগি থবক্শিং অসীগ মরী থাংনব থবক্শিংদ সরকারদ পাওত্থাক্ পীব অমস্থং থোইদোক্ল (১) থুৎনাইবশিংগি, কারবারগি সংস্থান্গি, ফজনবগি মরম্শিং অমস্থং থবক্ অসীগি চাউথৎনবগি থোরাঙ্ (Plan) শেম্ব, (২) প্লানিং অমস্থং মদু পাঙ্থোক্লবগিদমক্ ষ্টেট সরকারদ মতেং পীব, (৩) শেল্গি মতেং পীননবগিদমক্ ষ্টেট্ সরকার অমস্থং অতৈ সংস্থান্শিংন পীরক্প প্রস্তাবশিং অদু য়েংব, (৪) কেন্দ্রন পাঙ্থৎকদব থবক্শিংগি থৌরম্ (Scheme) শেম্ব, (৫) ভারত অমস্থং মপান্দ হেণ্ডিক্রাফস্কি পোৎশিং য়োন্নবগি থবক চাউথৎহন্নব অমস্থং পাঙ্থোক্হন্নব থবক্ পাঙথৎপ, (৬) হেণ্ডিক্রাফট্স্কি অতৈ থবক্শিং চাউথৎনবগি অতোপ্ অতৈপ্ন থৌওঙ্ হৌদোক্প অমস্থং পাঙ্থোক্লব তৌব।

ভারত সরকারন "হেণ্ডিক্রাফ্‌ট্‌স্‌ ডেভেলপ্‌মেণ্ট কোর্পো-রেশন্‌ (প্রাইভেট) লিমিটেড্‌" হাইবা সংস্থান অম লিংখৎলে। মসীন হেণ্ডিক্রাফ্‌ট্‌স্‌কি পোত্থোক্‌শিংবু মতম্‌চান নীংথিন কারবারগি মওঙ্‌দ পীব ঙম্নব হোৎনব, ভারতকি মপান্দ থাদোক্নব হোৎনবগি থবক্‌ পাইখৎকনি। কোর্পোরেশন্‌ অসীন য়োম্নব মফম্‌ (Sales depots) অমস্যুং এজেণ্টশিং (Selling Agents) থম্‌গনি।

করিনো ?— হাইজিব য়ুম্‌দ খুৎন শুব থবক্‌শিং অসা চাউথৎহন্নবগিদমক্‌ ভারত সরকারগি মিনিষ্ট্রি ওফ্‌ কর্মস্‌ এণ্ড ইণ্ডষ্ট্রিজ্‌গি মথাদ চহী খুদীংগি নবেম্বরগি তাং ১০ দগি ১৬ ফাউব্‌ চয়োল্‌ অমম্‌ 'ওল্‌ ইণ্ডিয়া হেণ্ডিক্রাফ্‌ট্‌স্‌ উইক্‌' (All India Handicrafts Week) পালন তৌই।

**বারোই :**— খুৎন শুব থবক্‌শিং অসীবু হিংহনবগ লোইনন চাউথৎহন্‌সী হাইরবদী ঐখোইন মতম্‌ পুম্নমক্তকল্‌দগি থোক্‌প পোৎশিংগি মহুত্ত খুৎকি পোত্থোক্‌শিং (Handicrafts Products) অসীবু শীজিন্নব তাই। রাখল্‌ অসীগ লোইনন ঐখোইন মুমীৎ অসী পালন তৌব চুম্মী।

---

## BIBLIOGRAPHY

1. Hindustan Year Book By—S. C. Sarkar.
2. Bulletins on A.I.H.W.

# ভারত অপূম্বগি খূৎ-য়োখম্ চয়োল্

## ( All India Handloom Week )

### [ জানুৱারি ]

ৱাহৌদোক্ঃ— য়ুম্দ খূৎন শূব থবক্শিং ( Cottage Industries ) অমসুং কল্গি থবক্শিং ( Mills ) অনীগি চাওরাক্পা মওঙ্ মথক্কি মকম্ থরদ নৈনব্রে। অসীগি মথক্তা, থরদংগ অমুক্ নৈননীংঙাইদী, অয়াম্ব মীন থম্মরি, হৌজিক্কি বিজ্ঞানগি অঙকপা ফংন য়াঙ্লব খোঙ্চৎ অসীদ থাঙ্গনগি থুল্লক্কি অচম্ব খূৎজু-খূৎলাঙ্গ থরগ লোঙ্গনন মাঙোল্দ শূব থবক্শিং অসীন করম্ন পৃথিবীগি চাউখৎলব লৈবাক্শিংগ চাং-দম্নদুন পানমিম্নগদগে? চুম্মী, এটোম্গি মুগ অসীদ এটোমগি ভৌব ওম্ব শক্তিবু থাজব তারবদী থাইদগি পীক্পা, থাইদগি কূপ্প পোৎপু অমসুং থাইদগি তপ্প পাঙ্গলবু হাম্ন থাজখিব তারি। ( A – Not, TOM – Divisible ) থাঙ্গদোক্পা য়াত্রব থাইদগি পীক্লব পোত্তু এটোমনী। অসুম্না থাইদগি তপ্পব পাঙ্গল্ অদুদ এটোমগি পাঙ্গল্ য়াউরি। "Finest is the Strongest" হাঙ্গব-দুনী। য়াকম্ অমন অদুক্কি মতীক্ অয়াংব দল্যান্ শাগে হাঙ্গরবদী লৈহুংলোম্দ য়ুম্ফম্ অদু অদুক্কি মতীক্লুন ভৌথদুন চেৎন শাব তাই! মওঙ্ অসীগ চপ্মান্নে, কল্গি অয়াঙ্ব থবক্শিং অদুগি য়ুম্ফম্দী খূৎকি অতপ্প থবক্শিং অসীন ওইগনি। য়ুম্থোঙ্ খূদীংদ শূরক্পা অদুন অচৌব সহর থরদ লৈব কল্ (Mills) থরদগি য়াম্ন হেন পাঙ্গল্ কনফম্ খোক্ঈ। কল্দী ঈনাক্খুনব

মী থরদগিনী, থুংনশূবদী মীপুম্ থুদাংগিনী। অমরোম্দন, কল্ অমন মী কয়াগি পাঙ্গল্ অমস্তুং মতম্ চিংশিনৃথিবদগি অয়াম্ব মীশিংন লেম্দুন লৈহৌঈ। শূনব হোংনরবদস্থ থোড্গ হরা-গাড়ীগ লমজেল্ তাম্নবগুম্ থোক্ঈ। মরম্ অসীদগি মমৈ-থংদদী থবক্ শূনীংঙাই লৈতবগি ( Unemployment ) মওঙ্ অম থোক্হন্নবঈ। মদুগি মহৈ ওইন মী থরন নোংম-নোংমগি রাংথংথিদুন স্বর্গ য়ৌথি, অয়াম্বন নোংম—নোংমগি নেম্থরক্তুন পাতালদ পুথখিব অসী উব ফংলক্ঈ। অসীগুম্ন সমাজদ আকাশ্-পাতাল্ থেম্নব মওঙ্ লৈব অসী পাম্নরক্কবদগি হৌজিক্ রাথল্ তৌরব সমাজ অসীন চপমান্নব ফীবম্ অম পুরক্নবাগ-দমক্ অনৌ-অনৌব নীতি কয়া শেম্দোক্লে। রাফম্ অসা ঙসি ফাউবদ য়েংনরিব অর্থনীতিগি রাফমী। লৈবাক্ লৈবাক্ অদুগি লৈহাউ ( Soil ) গ চুনব অমস্তুং মফম্ মফম্ অদুগি সমাজিক্ অবস্থা মতুংইন্ন লেপ্লে।

**কারিনো ?**— অস্থুম্ন, সমাজদ অনেম্-অরাং লৈবসী তোক্-হন্দুন চপমান্নন পানৃমিন্নব হাঈবদী সাম্যবাদী সমাজ ( Socilistic pattern of Society ) অম পুরক্নবগিদমক্ ঙসি ভারত সরকারন য়ুম্দ শূব থুংশাহৈকগি থবক্শিংগি মস্তুংদ মরুওইব থুং—য়াথমৃগি ( Handloom ) থবক্ অসীবু মী, শেল্ থুংলাই-নচিংবগি পীব য়াব মতেং পীদুন শোগংলি। অসীগুম্ব য়ুম্দ শূব থুংনাইব.শং অসীগি থবক্শিং অসীবু চাউথংহন্নবগি তঙাই-ফদব রাথল্ অসী মীপুম্ থুদাংদ চঙহন্নবগিদমক্ ভারত

সবকারগি থৌশীল্ মথাদ চহী খুদীংগি জানুৱারি থাগী মনুংদ 'ভারত অপুন্বগি খুং-য়োম্খম্ চয়োল্' ( All India Handlom Week ) পালন তৌই।

## খুং-য়োম্খম্গিদমক্ সরকারন পাঙথংলিব থবক্শিং :—

ভারত সরকারগি মিনিষ্ট্রি ওফ্ কর্মস্ এণ্ড ইণ্ডষ্ট্রিজ্গি মথাদ কোটেজ্ ইণ্ডষ্ট্রিজ্ চাউখৎনবগিদমক্ 'ওল্ ইণ্ডিয় হেণ্ডলুম বোর্ড' কৌব অম শেমখি। বোর্ড অসী ইং ১৯৫৮ দ অনৌক শেমদোক্খি। মসীগি মরুওইব থবক্শিংদী,— খুং-য়োম্খম্গি থবক্ মরীলৈনব রাফমশিংদ সরকারবু পাওতাক্ পীব, থবক্ অসীগিদমক্ শেল্গি মতেং পীনবগি মরম্দ অমসুং চাউখৎহন্নবগি মরম্দ স্কীম্ শেম্ব অমসুং য়েংব, লৈবাক্ অসীদ শীজিন্নরিব কল্নশাব ফি-রোল্শিংদ গজ্জ অমদ পৈশা অম ( নৈয়া পৈশা অনী ) থাজনা লৌরগ মহুদগি লাক্প আয়ন খাদি অমসুং খুং-য়োম্খম্গি থবক্ চাউখৎনব শীজিন্নব। খুং-য়োম্খম্দ ফিশাবশিংবু বোর্ড অসীন মথল্ মখল্গি মতেং পী। হেন্না ফগৎপ খুংজু-খুংলাই শীজিন্নব ওন্নবগিদমক্ ফি শাবশিংবু ট্রেনীং পী। বোর্ড অসীগি রেজিওনেল্ ওফিস্ মণ্ডা অমসুং সব-রেজিওনেল্ ওফিস্ তরামাথোই লৈ।

**ভারত্ত খুং-য়োম্খম্গি থবক্ :—** ভারত্ত চাওরাক্ল য়োম্খম্ লখা ২৮ গি মখক্ত লৈ। মা লখ হুফ্তরামণ্ডারোম্ন থবক্ অসা শূই। ইং ১৯৬০ দ খুং-য়োম্খম্গি ফি চহী অমদ গজ মিলিয়ন্ ১,৯২০ গি ওক্য়াদ শাই, কল্ন শাব ফিগি শরুক্ অহুম

থোক্পগি অনৈনী। ফৈজোম্, শাড়ী, মোস্পাক্ফিদক্চিংব অসীদী য়োম্মদগি থোক্পন নম্মী। কো-ওপরেটিভ্ সোসাইটি ৫০০০ রোম্ন য়োম্ম লখা ১০ রোম্গ লোঙৈনন থবক্ শূরি। থবক্ অসীগি মহুংদ শাম্ভু অমম্হুং মুগাগি লং নাইব অমম্হুং ফি শাব, মচু শঙ্ব; লৈরোং নম্বাগ থবক্সু য়াউরি।

মণিপুরদ থুং-য়োম্মগি থবক্ :— মণিপুরগি খাইদগি মরুওইব যুম্দশুব থুংকি থবক্শিংগি মহুংদ য়োম্মদ ফি শাবগি থবক্ অদীনী। চুম্ন মরুওইবদ নত্তন মণিপুরদ শাব ফিরোল্শিং অসী ভারতকি মফম্ অয়াম্বদ মমিং চংলি। মণিপুরদ শারিব ফিশিং অসীন মফম্ অসীদ শীজিন্নবগি মথক্ত মপান্দ য়োম্ম-বগিদমক্ থাদোকপ ফাউব ঙম্মী। মপান্দ থারিব ফিশিংগি মহুংদ মোস্পাক্ফিদক্, ফৈজোম্, ইন্নফি, কোয়েৎমচানচিংবন মরুওইবনী। থবক্ অসান মণিপুরদ নীংথিন আয়ন লাক্হল্লি। ফিশিং অসী নূপীশিংন ভাক্ শাবনি হাঙৈবদ লাল্লোই। ফি শাবগি থবক্ অসীদদী মৈতৈ নূপীশিংগি পাৌথোরক্রব মহৈনী হাঙৈব য়াই। অসীগুম্ব মণিপুরীশিংগি মরুওইব শিনৃথম্ অসীবু চাউথংহন্নবগিদমক্ চহী থৃদীংগি পাঙ্থোক্লিব 'ভারত অপুম্বগি থুং-য়োম্মগি চয়োল্' অসী চেক্শিন্ন পালন্ তৌফম্ থোক্ঈ।


## BIBLIOGRAPHY

1. Bulletine on All India Handloom Week. — Published by the Ministry of I. & B. Govt. of India for the Ministry of Commerce&Industry
2. Hindustan Year Book— By S. C. Sarkar.

# অঙাংশিংগি নুমীৎশিং

## ( Children's Day )

## [ নবেম্বর, ১৪ ]

**ৱাহৌদোক্ঃ—** 'অঙাংশিংন জাতিগি মুঙীনী' হাঙ্গনরক্লিব অসীন চুম্ব তারবদী, জাতি অম শেম্গৎ-শাগৎনবগি থৌরাঙ্ মপুংদ পীক্লিব অঙাংশিংগিদমক্ মীৎয়েং চঙ্শিনুব অমসুং চেক্-শিনুব হাঙ্গিবসী তঙাইফদ্রবনী অমসুং য়েৎননীংঙাই লৈত্রেব ৱাফমনী। লিদ-লিগ্রব মতম্গি ৱা নত্তন মরক্তি মতম্ খরদদা অঙাংবু চেক্শিনুন হাঙ্গিবসী তঙাইফদব ওইন লৌদবদগি থৌ-ওইন খল্লরুদ্রে। 'চাওরগ মরাইন খঙ্জরকনি' হাঙ্গিব ৱাফম পনুঙাক্তুন সমাজদ অঙাংগি চাক্থুং করিম্ত লৈরুদ্রে। মসীগি কল্ন পুন্সীগি অহানুব মতাংদ শোঙ্গিখিদুন চাওরক্লবদ মতম্ হেন্থিবন ঐথোঙ্গীন ওইহন্নীংব অমত্তসু ওইদ্রে, অহোঙ্গী-অহোঙ্গীনবম্ কত্তব হেক্লিক্তুন সমাজদ নহারোল্বু অকিব শক্তম্ অম ওইনা উনরক্লে। মথোঙ্গীগ থেংনদ্রগ লোইরে হাঙ্গিদুনা অহম্লোনসু নাথেদুনা 'লৈদ্রে।

মতৌ অসুম্ন অঙাংশিংবু থৌওইরুদবদগি কংলক্প মহৈশিং অসীন সমাজদ অকাঙ্গিব ওইরক্প অমসুং চাউখৎপগি খোঙ্-থাংদ অপনুব পীরক্পসী খঙ্নরক্পদগি অথঙ্ অহৈশিংন অঙাংগি চায়োক্-নাওয়োক্, মহৈ-মশিং তম্বিবগি মওঙ্, সমাজদ অঙাংগি মফম্ অসীনচিংবগি মরম্দ ৱাখল্ থিংজিন্নরক্লে।

**কাৱিনো ?**— ভারতন স্বরাজ ফংলব মতুংদগি লৈবাক্কি শেম্‌গৎ-শাগৎপগি থবক্ অসী চহী ৫/৫ গি থৌরাংগি মওঙ্দ পাইখৎলক্লি। থৌরাঙ্ অসীগি মতুংদ নুপী অমসুং অঙাংবু শেম্‌গৎনবগি থবক্ অসীসু মরুওইব অম ওইন য়াউরি। থবক্ অসী হেন্ন থোঙ্চৎ য়াঙ্শিন্নবগিদমক্ থোইদোক্‌প থুমীৎ অম লেপ্লদুন চহী খুদীংগি নবেম্বরগি তাং ১৪ দ 'অঙাংশিংগি থুমীৎ' (Children's Day) পালন তৌদুন অঙাংশিংবু তুংদ অফব মতীক্ চাব মীওই অমমম্ ওইরকুব হোৎনফম্ থোক্‌ঈ হাঙৈব য়াথল্লসী মীপুম্ খুদীংদ পোক্‌হল্লি।

**মরী লৈনব য়াফম্ থর ঃ**— নবেম্বর তাং ১৪ অসী ভারতকি প্রধানমন্ত্রী, শ্রীজওহরলাল নেহরুগি মপোক্ থুমীৎনী। শ্রীনেহরুন অঙাংশিংবু থোইদোক্ন নুংশিন নুন তৌঈ। মান জাপানগি অঙাংশিংদ খুদোল্‌পোৎ ওইন 'ইন্দিরা' কৌবী শামু অমোম্ মচা অম থাখি। পণ্ডিতজীন অঙাংশিংবু নুন তৌবগি মতীক্ অঙাংশিংনসু মাবু নুন তৌঈ। অঙাংশিংনা পণ্ডিতজীবু 'চাচা নেহরু' কৌঈ। মাগি মপোক্ থুমীৎকি উৎসবত অঙাংশিংন 'চাচা নেহরু জিন্দাবাদ' হাঙৈদুন পণ্ডিতজীগি পুন্সী—নুংশাংব নি। অসুম ঐখোঈগি লৈবাক্কি লমৃজিংব অসীগি মপোক্ থুমীৎক চানন অঙাংশিংগি থুমীৎ অসী পালন তৌঈ।

**অঙাং শেম্‌গৎনবগিদমক্ সরকারন পাঙৈথৎলিব থবক্ ঃ—**

অঙাংশিংবু দেশকি মতীক্‌চাব মীওই অমমম্ ওইরকুবগি-দমক্ ভারত সরকারন 'সেন্ট্রেল্ কাউন্সিল্ ওফ্ চাইল্ড ৱেলফ্যার'

কৌব অম শেম্মী। কাউন্সিল্ অসীন থবক্ অসীগি মরম্ খুদীংদ য়েংশিল্লী। 'সেন্ত্রেল্ সোসিয়েল্ ৱেল্ফ্যার বোর্ড'কি মথাদ বাল্ৱাডি সেন্তর, প্রি-প্রাইমারী অমসুং নর্শরী স্কুল্, ক্রেচেস্ ( Creches ), চিল্ড্রেন্স্ পার্ক অসীনচিংব লিংখৎলি। থবক্শিং অসীগিদমক্ 'ষ্টেট্ সোসিয়েল্ ৱেল্ফ্যার এডভাইজরি বোর্ড'কি মথাদ প্রোজেক্ট সেন্তর হাংদুন অমসুং লম্লাই সংস্থান্শিংদ শেল্গি মতেং পীদুন হোৎনরি। অসীগি মথক্ত কম্যুনিটি ডেভেলপ্মেণ্ট ব্লোক্শিংগি মথাদসু বাল্ৱাডি সেন্তর ময়াম্ শেম্গত্তুনা, অঙাংশিংগি লাইব্রেক্প তম্নবা স্কুল্ (Child Arts Society) লিংখত্তুনা, অঙাংশিংগি শান্নফম্ (Children's Park) শেম্দুন অঙাংশিংবু অচুম্ব মওঙ্দ শেমগৎনব হোৎনরি।

অঙাং শেম্গৎনবগি পান্দম:— অঙাং শেম্গৎনবগি মরম্দ মতীক্চারব অথঙ্—অহৈশিংন পুখোক্লব নিয়ম্ কয়া তোঙান্-তোঙান্ন লৈরবসু চপ্মান্নব অমত্তংদী 'অহিংসা'নী। মীওইবগি পুন্সীগি নাকল্ খুদীংমক্ত লেঙ্দন লৈকম্খোক্প অহিংসাগি মরম্দ বুদ্ধদেব, মহাবীর, চৈতন্য, মহাত্মাগান্ধীনচিংবন চুম্না পাওতাক্ পীরম্বদ নত্তন মশা:—মশান অহিংসাগি মূর্ত্তি অমমম্ ওইবিরম্লিব অসীন মীওইবগি অহানব মতাংদ লৈরিব অঙাংশিংবু অহিংসাগি য়ূম্ফম্ মথক্ত শেম্গৎকদবনী হায়বসী তাক্লি, য়াকম্ অসী ইটালীগি মমিং চৎলবী শিক্ষাবিদ্ ( Educationist ) ডা: মেরিয়া মোণ্টেসোরীনসু কয় য়ারম্মী। ( Non-violence towards child is the basis and the path of

education —Maria Montessori )

য়াকম্ অসী য়েৎনমী-ওাই লৈতন চুম্নবস্, লুরিবদী, অহিংসা হাঙৈবসীব পাম্বগ হেক্ত ফংওস্ব্রা ? অহিংসা হাঙৈব ধর্ম্মদু চৎলগে হাঙৈরগ হেক্ত চংপ ওম্ব্রা ? চুম্ন থুম্ব তারবদী—ওম্দে। অদুদী করম্ব মতম্দ করম্ব ফীবম্দ ফংগনী ? হৌজিক্কি মতম্গী মনোবিজ্ঞান ( Modern Psychology ) য়াহং অসীগি পাওথুম্ পীরি। মীওইবগি পুক্নীংগি অফ-ফত্ত ফীবম্ অদু শেম্গদব মতম্দী পুক্নীগি অহান্ব ওল্লিঙৈগি মতম—পোক্পদগিন চহী ৬ শুব মতম্ অসী ফাউবগি মমুংদ শেম্মী। মতম্ অসীবু ডাঃ মোণ্টেসোরীন 'সাইকিক্ এম্ব্রিও' ( Psychic embryo ) কৌঈ। মতম্ অসীদ অঙাং অসীগি অকোঙৈবদ লৈরিবশিং (Environments) অদুদগি মচাক্ খোম্জিল্লি। অসীগুম্ব পুক্নীংদ চুপ্শিন্গ্রব থৌওঙ্শিং অসীন তুংদ ওইরকদোরিব মশাগি মনাৎ(Personality) অমম্তুং—জ্ঞান (Intelligence), বিবেক্ (Will) স্মৃতি (Memory) হাঙৈব পুক্নীংগি কায়াৎশিং (Psychic organs) অসীবু শাননবগি মচাক্ (Raw materials) ওই। হাঙৈরিব পুক্নীংগি কায়াৎশিং অসীনা পুক্নীংগি ঈহৌগি ( Emotions ) মওঙ্ শেম্নকৃঈ অমম্তুং তুংগি লম্চৎ-শাজৎকি থঙ্ব-উব ওম্গদৌব মওঙ্শিং ( Conscious superstructures ) অদুগি মখাদ লৈগদব ( চেক্মুম্গি গুনিয়় মমুংদ লৈব শরুকৃম্ব ) থঙ্ব-উব ওয়োইদব মওঙ্শিং ( Unconcious substratum ) অদুগি ফীবম্ লেম্মী। মরম্ অসীন, তুংগি অচৌ-অচৌব থৌরম্দ

তাক্পি-তীক্পিব, উহন্বদগি হৌঈরিব মতম্ অসীদ উহন্-তাহন্দুন তাক্পি-তম্বীবন, হেন্না কান্নে। মতম্ অসীদ মখোঙ্গীদ হোঙ্খিন তাম্বিরূবগি কান্নব লৈতে, হাঙ্গৈবদী তম্বীরিব পুন্নমক্ অদু মখোঙ্গীগি মপুংফাদ্রিব রাখল্ খন্নব ইন্দ্রিন চুপ্শিন্নব ঙম্দবদগি মখোঙ্গীদগি উনীংশিব কান্নব চাউখৎপদু নীংবথুনা উব ফংদে। সনাবুল্ অমগি ঈশৈং, থুজাই অমদ লোইন হৈরবদু থুজাইন লৌব ওম্ব অদুগি হেন্না থক্ লৈহোদবগুম্বনী। মখোঙ্গীন লৌব ওম্ব অদুত লৌঙ্গী। অদুগ মখোঙ্গীন উরিবদু মখোঙ্গীন খঙ্দবদী নত্তে। (Child can learn everything but cannot be taught—Montessori) অদুন অহল্লম্মন্ ( অভিভাবক ) ঐখোঙ্গীন তৌগদবদী, অঙাংশিংদ অফ—অফত্ত, ঐখোঙ্গীন পাম্বশিংদু উহনব তাহনব অদুগ ফত্তফত্তব ঐখোঙ্গীন পামদবশিংদু উহন্দব তাহন্দব অসীনী। অঙাংশিংন ওঙ্লক্প ফত্তব রাহৈশিং, তৌরক্প ফত্তব থবক্শিংদু মান মান হোদোক্প নত্তে. মথক্কি কনাগুম্ব অমদগি তন্নক্পনী, মদুগি মতৌ মান অমুক্ তন্নক্পনী। মরম্ অসীন্দুন 'লৈরক্ অম শৈশক্ অম' হাঙ্গনরিবনী। মীওইবগি লীচৎ-শাজৎ, হৌন-চৎনবী পুন্নমক্ মথং মথং তম্থরক্পনী। মরম্ অসান অশিংবশিংন অনৌব মশক্ খঙ্নব অরিব য়েংথৎনরিবনী। শম্না হাঙ্গৈরবদ অঙাংশিবু ওইহন্নীংব মওঙ্ পুন্নমক্ অদু ঐখোঙ্গীন হান্না ওইব তাহ, থবক্ ওইন উৎপ তাহ, চুম্না চীম্না পাওতাক্ পীনন চৎনদে। ( Examples are better than precepts ) মওঙ্ অসীমক্,

অহিংসাগি পাম্বৈন অঙাংবু শেম্বনী।

অসীগি হেক্ মথংদ ঐখোঈন থম্বগদব অমদী অঙাং ফগৎ-হন্নবগি মরম্দ থরাঈ য়াউরিব, হৈশিংলব মীশিংন স্কুল্দ, মীয়াম্ তিন্‌ফম্দ, পব্লিক্ মিটিংদ অঙাংদ অহিংসা চৎকদবনী অসীনচিংব ফজ-ফজব রাঙাঙ্ (Lectures) কয়া পীনরিব অসীমক্পু মী অদূন কয়া য়াম্ন অহিংসাবু মশাগি ওইন লৈরবগে অসীনী। অয়াম্ব মতম্দ য়োং উদ রং তৈবগুম্ন কোক্‌থি, কেন্‌থি। চেক্-চেক্‌শিন্নক্পদ মশাগি হৈনবী মনাৎ অদূ হেক্ত চোংথোরক্‌ঈ। অদুবু তঙাই ফদব ওইন অস্নম্নক্ চৎনরি। কাইনথংদ, রাখল্ অসীগি মথাদ য়োক্‌থৎলক্প অঙাংশিংগি মীরোল্ খর হৌগ্রব ভুংদ চান্নব মওঙ্গি হাঈবদী অশেংব অপাম্ব মখল্গি অঙাংশিং অদূ ফংগনি।

অঙাংগি অকোঈবদ পুক্নীংগি অমস্নং হক্‌চাংগি হিংসান কোঈশিনী। কনাগুম্বদী মসী তঙাইফদবনী হাঈন লৌনব ফাউব য়াউঈ। মসীগি ফলন ভুংগি সমাজদ হিংসাগি চাওরব মম্নি অম তারক্‌ঈ। মম্নি অদূন কুংশিন্নক্তুন মূর্তি ওইন লেপ্-থৎলক্লগ সমাজদ লৈরিব ঐখোঈ পুম্ববু হাৎননব হোৎনরক্‌ঈ। মরম্ অসীন 'অঙাংশিংন জাতিগি মুম্বীনী', 'অঙাংশিংন মীওইবগি মপানী' হাঈবনচিংব পাওরৌশিং অসী ঐখোঈন অচুম্ব ওইন লৌসী হাঈরবদী চক্ষুশাবগি চক্রগি মথক্ত লৈখোম্ মতুম্ অম থম্লগ শানীংদ মওঙ্ শাবগুম্ন, অঙাংগি চায়োক্-নাওয়োক্ত, মহৈ-মশিং তম্বীবদ, সমাজগি মরক্ত অহিংসাগি কম্বাক্ (Platform) অমগি

মথক্ত থম্লগ ঐখোঙ্গীন পাম্ব ওইহল্লীংব মওঙ্গি অণ্ডাং শেম্ব তাই।

য়ারোই ঃ— মথক্ত নৈনখ্রিব অসুম অহিংসাগি চেংলব য়ুম্ফম্ অদু শাগংনবগি বিলাতমাটি (Cement) অদু মীওইবগি শেংলব পম্মোইদগি থোক্লকপ প্রেম্ হাঙ্গৈবদুন ওইগদবনী। অসীগুম্ব প্রেম অমসুং অহিংসা অনীন পাম্বৈ ওইদুন প্রেমগি শক্তম্ ওইব অণ্ডাংবু শেম্গংলবতদ মীওইবগি মতীক্ৎাব সংসার অম ফংগনি।

---


## BIBLIOGRAPHY

1 Non-Violence and the Child. — A. M. Joosten, Director, Indian Montessori Training Courses.

2. Absorbent Mind — Maria Montessori.


---

# সমাজিক শিক্ষা দিবস

(Social Education Day)

—ডিসেম্বর, তাং ১—

য়াহৌদোক্ ঃ— ভারত গণতন্ত্র চৎপ (Democratic) লৈবাক্নী। ঐখোঙ্গী স্বার্ব্বভৌম গণতান্ত্রিক প্রজারাজ (Sovereign Democratic Republic) ওইব দেশ অমগি প্রজাশিংনী।

ঐখোঙ্গীগি শাসন ঐখোঙ্গীন পুজরে। দেশ অসীগি অরু-ফত্তু পুন্নমক্কি দায়ী ঐখোঙ্গীন পুববনী। মীপুম্ খুদীংমক্ ঐখোঙ্গীগি সম্বিধানগি মথাদ চপ্ মান্নব অধিকার ফংলবনী। সাবালক ওইরব ভারতকি নাগরিক অমন ভোট পীনবগি অধিকার লৈবে। অসীগুম্ব মপাল্ নাইত্রব পাঙ্গল্ লৈরব অধিকারবু জ্ঞান তান অমসুং চন্নকম্ খঙ্নু শীজিন্নদুনু অফব মীথল্ মীরেপ্ (Electaon) তৌরগ মীয়াম্না য়াব সরকার ( Popular Government ) অমা লিংখৎনব হোৎনবদী নাগরিক খুদীংমক্কী মথৌনী। ভারতকি গণতন্ত্র অসী হিংননবগি পাঙ্গলদী মরুওইন সাবালক শিক্ষা ( Adult Education ) গি পাক্চাওবব থৌবাঙ্ অমগি মথক্তু লৈ। পি, জে, নাব্রূপনু অসুম্না ইবম্মী— "Adult education is a genuine child of democracy." লেনিনসু মত অসী পীরম্মী। ভারতকি শিক্ষা মন্ত্রী ওইবম্ব মৌলানা আবুল কালাম্ আজাদন হাঙ্গীরম্মী— "By soctal education we meau an education for the complete man · " শাসনগি মকোক্তা লৈব মীওই খরদংন শিক্ষা ফংলগ অফব শাসন অমা ওইহনব ঙম্লোই, মীপুম্ খুদীংন তঙাইফদন অকন্নব থাক্ অমা ফাউবদী মহৈ-মশিং তম্হন্দব যাদে। অসুম্না সমাজিক শিক্ষা হাঙ্গীবসী মীয়াম্দ ইব-পাব খঙ্হনবগ লোঙ্গীনন নাগরিক জ্ঞান পোক্হনব অমসুং অচৎপ সমাজ অমা লৈহন্নবগি শিক্ষা অদুবুনী হাঙ্গীন লৌব তাই। ভারতকি প্রেসিডেন্টকি ফম্ফমদ ফম্লিবদুগ লৈরাঙ্গীগি কাচিন্ অমদ লৌ-ইংথোল্ শূদুন লৈরিবদুগ অনীদুগি

অধিকার চপ্‌চাজে "হাইবসা খঙ্‌লবদী মীপুম্‌ খুদীংগী সমাজিক শিক্ষা হাঈবসীগি দরকার" করা য়াম্ন লৈরবগে হাঙ্গৎসী ঈপাঙ্গ-লাঙ্গন খঙ্‌ব ওমুগনি।

ভারত্ত মী ১০০০ গি মনুংদা ১৬৬ লোম্‌দং লাইরীক্‌ হৈ। নূপীন চামদ ৭.৯ লোমদ' লাইরীক্‌ হৈ। সমাজিক্‌ শিক্ষা গৌরক্‌পগি অহানৃব মতম্‌দ খন্নরম্ব ইব পাব ওম্বগি মশাং হেন্‌-গৎহনৃবতন পান্দম্ফম্‌ ওইব সাবালক্‌ শিক্ষা অদূদী খূমল্লি। হৌজিক্তি হীরম্‌ অসী পাক্‌থোক্‌হন্‌খ্রে—হক্‌চাং ফনবগি হীরম্‌দ, নাগরিক্‌ অম ওইবগি হীবম্‌দ অমসুং মীপুম্‌ খুদীংগি অহাঙ্‌ব মতম্‌ ( Leisure ) নীংথিন শীজিন্নবগি হীরম্‌ ফাউব হাপ্‌চিল্লে। ইব, পাব, অঙ্ক ( 3R's ) খঙ্‌হনৃবগি মথক্ত, মীপুম্‌ খূদীংমক্কি রাখল্‌দ নাগরিক্‌ অমগি মথৌ অমসুং হক্‌ (Rights & Duties) মশক্‌ খঙ্‌হনৃব, গণতন্ত্রবু পাম্‌হনৃব অমসুং ভারতকি মীরোল্‌—মীরোল্‌দগি ফংনরক্লিব চাউখৎপগি মওং ( Cultural heritage) অসীনচিংব পুম্নমক্‌ খঙ্‌হন্নবগি থবক্‌সু য়াউশিল্‌হল্লে। 'থ্রী আর্‌' গি মহূত্ত 'ফোর্‌ এইচ্‌' ( 4H's = Head, Heart, Hand, Health ) ন শিক্ষাগি পান্দম্ফম্‌ ওইবগনি হাঈবগি রাখল্‌গ লোঈননা শিক্ষা হাঈবসী পুন্সীগ থাইদোক্লব য়াদব অমনী হাঈবসীসু খঙ্‌ননব হোংনরে।

করিনো ?— ভারতন স্বাধীন ফংলবগি মতুংদ চাহি নীক্‌ হৈতব হাঈব মীয়াম্‌গি অরিব লাঈনা অমসুং মসাগ লোইনব অপঙ্‌ব, অতনৃব, অকিন্নচিব লাইথোং ( Complications )

লৈরিবশিং অসী মরুকৎনে মুখ্যৎনবগিদমক্ সমাজিক শিক্ষা দিবস (Social Education Day) হাঙ্গৈন চহীগি অ্যরম্ব ওইন ডিসেম্বর তাং ১ দ পালন তৌঈ। হাঙ্গৈব্রিব মরম্ শিং অসীগি মথক্ত গণতন্ত্র চৎপ লৈবাক্ অম'গি মতৌকুচাব নাগরিক্ অম ওইনবগি রাথল্ পোক্হন্বস্থু নুমীৎ অসী পালন তৌবগি উদ্দেশ্যনী।

**সমাজিক্ শিক্ষাগি ইতিহাস:**— সমাজিক্ শিক্ষাগি থবক্ অসী ভারত্ত ১৯ শুব শতাব্দীগি তংথাঈ চনূব অদ্বাইদগি হৌরক্লবনী। অহানূবদদী সাবালক শিক্ষা (Adult education) হাঙ্গৈন খঙ্নরম্মী। চুম্নগি লাইব্রীক্ হৈতব কোরুব হোৎনবতন থবক্ অসী'গি উদ্দেশ্য ওইরম্মী। অহানূব লাঙ্গাউ লোইব ফাউবদ সহর খরদ নুমিদাংগি ক্লাশ তৌব নত্তন থোইন চাউখৎপ লৈরম্দে। লরাঙ্গৈদদী ক্লাশশিং অসীস্থু কো-ওপরেটিভ্ সোসাইটিশিংন তৌরম্মী। লাইব্রেরীশিংনস্থু থবক্ অসীদ য়াম্ন তেংগাও্লম্মী। মহীশুরদ সার বিশ্বেশ্বরয়ান থবক্ অসীদ কম্ন হোৎনখি। অস্তুম্ন ইং ১৯২৭ ফাউবদী বোম্বে, পঞ্জাবনচিংব মফম্ খরদ নীংথিন চথখি। মতম্ অদুগি ভারতকি রাজনৈতিক্কি রাথল্ন থবক্ অসীগি থোঙ্চৎ য়াঙ্শিলহন্খি। কো-ওপরেটিভ্কি থবক্ চাউখৎলকপ অসীনস্থু সমাজিক শিক্ষা হেনূগৎনবগি মরম্ ওইহন্খি। ইং ১৯১৯ দ মমুক খর হন্থখি। ইং ১৯৩৭ ত প্রদেশশিংদ কংগ্রেশ সরকার লৈরবদ সাবালক শিক্ষা চাউখৎহন্দুন মীয়াম্দ নাগরিক্ অম ওইবগি জ্ঞান পোক্হন্নব

কয় হোৎনখি। অনীশুব লাঙ্গাউ পোক্লবদ থবক্ অসীগি খোঙচৎ থর অমুক্ ডপথখি। ইং ১৯৪২ দগি ভারতকি রাজ-নৈতিক অরস্থাদ চপ্লেপ্প ফীবম্ ( Political deadlock ) অমস্তুং কাঙলুপ্ শিংগি থৎন-চৈনব অদুন থবক্ অসীগি ফীবম্ অমুক্ হেন্ন ফৎচিল্হল্লম্দে। প্রদেশ থরগি অথন্নব মক্কম্ খরদংদ থবক্ অসী লেপ্তুনব হোৎনরম্মী। ইং ১৯৪৪ দ পোইন্ট্ ৪ য়াউব, সার্জন্ট্ প্লান্ ( Sargent Plan ) হাঙ্গৈরগ খঙনব অদুগি 'পোষ্ট্-রার্ এডুকেশন্ ডেভেলপমেন্ট ইন্ ইণ্ডিয়া ( Post-war Education Development in India ) হাঙ্গৈবদু ফোঙখি।

অসীগি তুংদ ভারতন স্বাধীনতা ফংবগ লোঙ্গৈনন সাবালক শিক্ষাগি মওঙ্ অসী ওম্মোক্তুন জাতিগি ওইব মওঙ্দ গণতান্ত্রিক্ ওইব দেশ অমগি নাগরিক অমন তৌফম্ থোক্প মথৌ, ফংফম্ থোক্প হক্, খঙফম্ থোক্প হীরম্ ( Civic Consciousness ) পুন্নমক্ খঙহন্নব হোৎনব হৌখি। ভারতকি শিক্ষাগি থৌরাঙ্গ অঙাংশিংগিদমক্ বুনিয়াদী শিক্ষা ( Basic Education ) গি মওঙ্ লৌখৎলকপ অসীগস্তু চানন সাবালক শিক্ষাগি মওঙ্ অসী ওনব তারক্খি। ইং ১৯৪৯ দ 'সেন্ট্রেল্ এডভাইজরি বোর্ড ওফ্ এডুকেশনন পোইন্ট্ ১২ য়াউব সমাজিক শিক্ষাগি প্রোগ্রাম অম লৌখৎখি। মদুদী—

(১) থুংগঙগি স্কুল্ অমদ পাওতাক্ পীফম্, মীয়াম্গি য়াইক-থৌরাঙ্ তৌফম্, শায়ফম্, অমস্তুং পোথাফম্ ওইহনৃগদবনী (২) অঙাংশিং,

মথোক্ কান্নকপা (পাখংমচা) শিং, শারেপ্ফারব মীওইশিংগি তোঙান্-তোঙানব মতম্ থাঙ্গদোক্কদবনী, (৩)নূপীমচাশিং অমস্তুং মৌশিংগি থুমীং অরেপ্প থম্‌গদবনী, (৪) সিনেমা মেচিন্, লাউড্ স্পীকরনচিংব য়াউব গাড়ী থম্‌দুন স্কুল্ থুনীংমক্ত চক্লুন উংকদবনী, (৫) স্কুল্‌শিংদ রেডিও পীদুন সমাজিক শিক্ষাগি মরম্‌দ লাওথোক্‌প তাহনগদবনী, (৬) স্কুলশিংদ মীয়াম্ন পাম্ব ড্রামা উৎকদবনী, (৭) জাতিগি অমস্তুং কাঙ্‌লুপ্‌কি ঈশৈ তম্নব থৌরাঙ্ লৈহনগদবনী ; (৮) মফম্ মফম্‌গ চুনব খুৎশাহৈবগি থবক্ তম্নব থৌরাঙ্ লৈহনগদবনী, (৯) মীয়াম্‌গি হক্‌চাং ফনবগি নিয়ম্‌শিং, লৌউ-শীংউবগি মরম্‌দ, য়ুম্‌গি খুৎশাহৈবগি মরম্‌দ, কো-ওপরেটিভ্ সোসাইটিগি মরম্‌দ পাউতাক্ পীনব হক্‌চাংফনবগি, লৌউবগি, অমস্তুং থবক্‌শুবগি মন্ত্রা-লোঙ্গশঙ্‌গ মতেং পীনগদবনী, (১০) মিনিস্ত্রি ওফ্ ইন্‌ফোর্মেসন্ এণ্ড ব্রোডকাষ্টিংগ তান্নদুন ফিল্মনচিংব উৎপ, অথঙ্ অহৈশিংবু জাতিগি ওইব রাকম্‌দ ন্না ঙাঙ্‌হনব, অতৈ সমাজগি থবক্ তৌব সংস্থানশিংদ হাঙ্গদুন থবক্ নোমিন্নব অসীনচিংব তৌগদবনী, (১১) ময়াম্ তিন্নদুন শান্নমিন্ননব থৌরাঙ্ তৌগদবনী, (১২) মতম্ মতম্‌গি মেলা লম্‌কোঙ্গবনচিংব তৌগদবনী।

## সমাজিক্ শিক্ষাগিদমক্ সরকারগি থৌরাঙ্ঃ—

মথক্ত হাঙ্গখ্রিব অসীগ লোঙ্গনন সেন্ত্রেল্ বোর্ড ওফ্ এডুকেশনন 'এডল্ট্ ( সোসিয়েল্ ) এডুকেশন্ কমিটি' ( Adult [Social] Education Committee ) কৌব অম শেম্‌দুন

'স্কীম্ ফোর সোসিয়েল্ এডুকেশন্' কৌব থৌরম্ অম শেমখি। স্কীম্ অসীদ থৌরম্ পরেং মঙাথক্ যাউরি— (১) লাইব্রেরীক্-লাইশু হৈহন্নব হোৎনব, (২) হক্চাং নাদ-য়েক্তনবগি নিয়মশিং থঙ্হন্নব হোৎনব, (৩) সাবালকশি গি শেল্থুম্গি ফীবম্ যগৎহন্নবগি হীরমদ ট্রেনীং পীব, (৪) মথৌ অমসুং হক্ (Rights & Duties) খঙ্হন্দুন নাগরিক অম ওইবগি ফীবম্ খঙ্হন্‌ব, (৫) লম্লাই মীওই অমসুং কাঙ্লুপ্কি কান্নগদব মওঙ্ য়েংদুন নীং'থন অহাঙ্ব মতম্ শেন্ননব (Recreation) হোৎনব।

কম্যুনিটি ডেভেলপ্মেণ্ট্কি মথাদ ব্লোক্ খুদীংগি সোসিয়েল্ এডুকেশন্ ওর্গেনাইজর (S.E.O.) অমসুং নুপী অঙাংশিংগি থৌরম্শিংগিদমক্ত লেডি সোসিয়েল্ এডুকেশন্ ওর্গেনাইজর (L.S.E.O.) হাপ্তুন লরাঈগি থুংগঙ্শিংদ থবক্ পাঈখংলি। থবক্শিং অসী সোসিয়েল্ এডুকেশনগি ইন্সপেক্টরশিংগি মথাদ লৈ। S.E.O., L.S.E.O. শিং অসী ট্রেনীং পীননবগিদমক্ কম্যুনিটি প্রোজেক্ট এডমিনিষ্ট্রেশন্ন কেন্দ্র মঙাথক্ লিংখৎখী।

**সমাজিক্ শিক্ষা পীনবগি মওঙ্ থর :**— (১) লাইব্রীক্ হৈহন্নবসু মশাগি রাখল্-পরীং অমমম্ লৈজরব অহল্শিংদসী অঙাংশিংদগি তোপ্ তোপ্প মওঙ্দ শিক্ষা পীগদবনী। মসীগিদমক্ত মতীক্চাব তম্নব লাইব্রীক্, পানব মখল্-মখল্গি চেফোং থম্গদবনী। মীওঙ্ খুদীংগি চুনব লাইব্রীক্ পানব থম্গদবনী। নোংমগি মথৌ শুরুরগ লাক্নুন তম্গদৌরিবনীন লাইব্রীক্শিং অদু মুংঙাইব অমদী কান্নব মওঙ্গি ওইহনগদবনী। শেল্

তানুবদ মতেং ওইগদব রা য়াউব লাইব্রীক্‌শিংস্ থোইদোক্ল কান্নগনী। (২) সমাজ্‌গি মতুংদ লৈব অমোৎপ ফত্তবশিং শেংদোক্‌নুন জ্ঞানগি মঙাল্ পোক্‌হন্নবগিদমক্ মতম্ মতমগ চূনব ড্রামা, লীলামচানচিংব লেংদুন শান্নগদবনী। লীলাশিং অসীদ য়ারিবমখৈ মফম্ অদুগি মী অমম্তুং পোৎচঙ্‌ন পাঙ্‌থোক্কদবনী। অসীগি মথক্ত অতৈ ঈশৈ, জগোই, মেলা, কবি সম্মেলনচিংব তৌদুন মীয়াম্ পুন্ন লৈমিন্নবগি ( Community life ) হুংঙাইব অদু হেনুগংহনুগদবনী। শান্নবগি থবক্‌সু মরূপ-মপাং ওইবগি ( Comradeship and fellow-Feeling ) রাখল্ হেনুগংহল্লী। (৩) দেশকি অমদী পৃথিবীগি মফম্ থূদীংমক্কি তোঙান্-তোঙানুব শোদোক্, ঈ-পাঙ, অমদী চৎন-হৌনবী পুন্নমক্ অমত্ত ওইন খঙ্‌মিন্নদুন বিশ্বপ্রেম ( Universal brotherhood ) অমসুং বিশ্বশান্তিগি অপাকপ রাখল্ পোক্‌হন্নবগিদমক্ থবর কাগজ পাব, রেডিও তাব; সিনেমা য়েংব, অসীনচিংব অতৈ বৈজ্ঞানিক্ ওইব পান্থেশিংগি ( Scientific Audio-Visual Aids ) মতেং লৌগদবনী। (৪) মফম্ অমম্তুং মতম্ চাব য়েংদুন খুংগঙ্‌দ মীয়াম্‌গি কান্নব থবক্ ( লম্বী শেম্ব, ঈস্নম্ তৌব, পুখ্রী তৌব, মখুংচঙ্‌ফম্ মপাল্ থোক্‌ফম্ শাবনচিংব) পুন্ন তৌমিন্নদুন শ্রমদানগি কান্নবদু খঙ্‌হনুগদবনী। শ্রমদান চুন্ন মপাল্‌থোংগি থবক্ত থন্ন কান্নবত নত্তন পুন্নীংগি অচৌব মওঙ্ অমন্তু পোক্‌হল্লক্‌ঈ। অসুন্ন মওং য়েং-য়েংদুন থবক্ত লোঈন-লোঈনন সমাজিক শিক্ষা শন্দোক্লব হোৎনগদবনী।

**বারোই :—** মথক্ত নৈনপ্রে, ভারতন স্বাধীনতা ফংত্রিতৈদ সমাজিক শিক্ষা হাঈদুন অহল্লোন্‌শিংন চুম্ন ইব পাব ওন্নবগিত ওইন পাঙ্গখৎলম্ব থবক্‌শিং অদুগি মথক্ত হৌজিক্তি চাংনাইন স্কুল, কলেজ, বিশ্ববিত্তালয়দ শিক্ষা ফংলব মী কাউব তোঙাম্ন সমাজিক শিক্ষা অসী পীবগি কান্নব লৈরে। সমাজিক শিক্ষাগি কান্নব য়াউন পীরব শিক্ষা অদু ফংলব নহারোল্‌ অমদী অহল্লোম্ন ভারতকি য়ুমুথোঙ্‌ খূদীংদ লৈরব মতম্‌ অদুতদ ভারত সম্বিধাম্ন পাম্লিবদু ফংগনি, পৃথিবীদ শাংথানগনি ।

---

## BIBLIOGRAPHY


1. Social Education — Issued by the Publication. Division, Govt. of India.
2. History of Educational Thoughts — by Iqbalchand M. A. B. T.
3. Thoughts on Education " Vinoba.


---

# ফেমিলি প্লান্নীং ডে

## ( Family Planning Day )

### —ডিসেম্বর, তাং ১৮—

**বাহৌদোক্ :—** মীওইবন সমাজগি মহুৎদ নীংথিন হিংগে হাঈরবদী মরুওইন পোৎলম্‌ অহুম্‌থক্‌ তঙাঈফদন চঙ্‌জ্রী, মদুদী— (১) অকব চীজাক্‌ (২) লৈফম্‌, (৩) শেৎনব ফি-রোল্‌।

শেৎন-চানব-লৈফম্ খরদংদ ওইরবস্মু লৈরিব মীদু মাগি পুন্সীর হোৎননাংঙাই খর মরৈরি। অহুমসীগি মতুংদ লোইন নত্রগ অমত্তং রাৎপদ মীদুগি পুন্সীদু 'উত্ত হোগৎলগ রাইদ তুব' হাঈব ফীবম্দুদ লৈ, রান পুন্সী লেল্লী।

ঙসি, ঐখোঈগি ভারতকি মীশীং অসী অঙকৃপ ফংন হেন্-গৎলক্লি। অনী অনী মরিগি হিসাবত হেন্গৎলি। ইং ১৯৫১ গি মীকোক্ থীবদ (Census) ভারতকি মীশীং মিলিয়ন্ ৩৬১'৮১ শুই। ইং ১৯৬১ দ মিলিয়ন্ ৪০০ গি মথক্ত লৈরে। মীশীং য়াম্বদ পৃথিবীগি অনীশুবনী। চাওরাক্ল চহী অমদ মিলিয়ন্ ৫/৫ হেঙ্গৎলম্বতুন হৌজিক্তি মিলিয়ন্ ৭–৮ গি চা দ হেঙ্গংলে। লাইন য়াৎপ খয়াৎকি অর্থদ মীওইন পোক্তবু পোক্লবদী তঙাঈ-ফদন চাদব য়াদে, লৈফম্ পীদব য়াদে। অদুগ হাঈথ্রিব হিংবদ দরকার ওইরিব পোৎলম্শং অসীদী ২×২=৪ গি হিসাবত হেন্গৎপ য়াব নত্তে। থোইদোক্ল লৈফম্দী ঙমৃখৈনাইবনী। ভারতকি ঙমৃখৈ অসীদগি হেন্ন পাকৃথোক্হন্ব তারবদী ঐখোঈগি নীতি ঐখোঈন থুগাঈব তারবনী। 'পঞ্চশীল'বু ঙাক্তব তাবনী। অসীগি মথক্ত নারগ নীংথিন লাঈয়েংব, মহে-মশিং তঙ্গীবনচিংব তৌদুন মীওইনব শেম্ব অসীস্মু মা ওইনতবু পোক্লবদী তৌদব য়াদ্রব ঙাক্তনী। মরম্ অসীন, 'চনীং য়েংন চখোঙ্ তান্শিল্ল' হাঈবসী কাওদন ঐখোঈগি লৈবাক্কি পাকৃচাওব, মসাগি চাথোক্ অমস্মুং পাঙ্গল্ পুম্নমক মীশীংগ চানহন্ব তাবনী। নত্রবদী চায়াম্ পোকৃপ লাইরব ঈমুং ওইদুন মীগি মরল্ন থাঙ্ কোঈদুন,

মীনাই কুঙ্গ। পানৃবগি ফীবমদ পুন্সী লেনৃবদী লৈবাক্ত খুদুম্ন শুবনী। ঈমুং-মচুংগি শেলগি লাকপ চংথিবগি হিসাবত (Family Budget) লাক্নদবন হেল্লবতন হুংঙাই য়াইফন নীংবখুংন পানব য়ানরিবনী, অনীমক্ মান্নরব ফাউবদ থর মফরি, চংথিবন হেল্লব ঈমুং অদুদী অসুম্ অসুম্ মনীংলোমদ হঞ্জিন্-খিদুন মমৈথঙ্দ কোঞ্জেংকোক্ফাইগি পুন্সীদ লেল্লী। পোক্লক্লিব অঙাংশিং অদুগি শেংন-চানব, মহৈ-মশিং তম্নব, লাঈয়েংনবগি খুদোংচাবদ্ পীব ঙমদ্রবদী 'অঙাংশিংন দেশাক য়ুম্বীনী' হাঈরবস্থ কেগে য়ুম্বীদগি হেন্ন উইনৃ-য়ুম্বীদী ওইররোই, 'অঙাংশিংন মী-ওইবগি মপানী' হাঈরবস্থ অফব মপাদী মওইররোই, তান্-চাদ্রবদী সত্ত্ব, রজঃ, তম অহুম্ন পুনৃব জীবগি মী, লাই, হিংচাব গুণ অহুমগি মসুংদগি হিংচাব (তম) গি গুন্ন চাউখৎলক্তুন মাঙ্তাক্নব তৌখৎলকপসী মৈগি চীংগুম্ন মতম্-মতমগি উরি। মরম্ অসীন ঐখোঈন য়াম্ন মুন্ন রাখল্ তৌদুন চাউখৎপ ভারত অম শেম্নগৎসী হাঈরবদী লোগদব (Demand) অমসুং পীগদব (Supply) অনীসী থোং চপ্মান্নন থহ্নব হোৎনব তাই।

করিনো ?— মথক্ত নৈনখ্রিব খুদোংথীব অমসুং মসী কোক্নব লম্বীশিং অসী য়াম্ন মুন্ন থল্লব তুংদ পৃথিবীগি অথঙ্ অহৈশিংন ( মশীংহেন্ন ) চাবোকপ-থিংব ( Birth-Control ) অসীতন অফব লম্বীনী হাঈবসী লেপ্লদুন হীরম্ অসীদ য়াম্ন কম্ন থিজিন্-হুমজিনবগ ( Research ) লোঈনন বৈজ্ঞানিক ওইব খুৎজ্-খুৎলাই ( Scientific contraceptive appliances )

অমসুং হীদাক্শিং ( Contraceptive medicines ) গি মতেংনা থবক অসী পাঙ্থোকৃরি। চাবোক্প-থিংব (Birth-control) হায়বা রাহে অসী হৌজিক্তি মীরোন্নব থিংব (Conception Control ) হায়না খঙ্নরে। ভারত সরকারনস্তু জাতিগি অরুব রাক্তম্ অসী কোক্লনব হায়দুনা থবক্ অসী জাতিগি ওইনা অপুন্বা মওঙ্দা থোইদোক্প হুমীৎ অম লেপ্লদুনা ডিসেম্বরগি তাং ১৮ দা চহী খুদীংগি ফেমিলি প্লান্নীং ডে (Family Planning Day) পালন তৌ রক্রি।

ঈমুং-মনুংগা খুজীল্-থৌরাঙ্ ( Family Planning ) :—

মী অয়াম্বনা ফেমিলি প্লান্নীং হায়রগ অঙাং পোক্লনবগি থবক্তুবু ওইরবোই নীংনৈ। তৌইগুম্বসুং মনীমক্ মপুং ফাবা অর্থদী নত্তে। পোক্তবা মীগিনা পোক্লবা তৌবগি থবক্সু য়াউরি। ফেমিলি প্লান্নীংগি উদ্দেশ্যদী মথক্তা নৈনখিবা অদুগি মতুংইন্না ঈমুং মনুংগি ( ল্লংগ হিসাব ( Family budget ) অসী লাক্প অমসুং চৎখিবা অনীমক্ চপ্চানহনুংগদবনী। লাক্নবগি মতুংইন্না চংকদবগি মওঙ্ লেপ্কদবনী। মসী য়ুম্বানবগি অহানবা—লুহোংবা মতম্দগি হৌরগদবনী। তুংগ দরকার অমদী ওইরক্প মতমগিদমক্ খন্দুনা লাইফ্ ইন্সুরেন্স্ ( Life Insurance ) কাউবদা পৈশা খরা খরা তুংশিন্নৈ। য়ুম্বাল্লিবা নুপা-নুপী অনীমক্কি পোক্লক্লিবা অঙাংশিং অদুগি নীংথিনা শেংনা-চানবা, মহৈ মশিং তম্বীনবা, লাইয়েংবীনবা, সমাজদা ফাবমচুম্না লৈহন্নবগি থৌরাঙ্ পুন্নমক্, অসীগি মথক্তা অহল্ ওইরবা মমা-মপানচিংবা

থুম্ পুরিব মী অদুন য়োক্-থাক্লিব পুন্নমক্কি অক-ফত্তগি দায়ী পুন্নমাক্ক রাফমৃস্থ ফেমিলি প্লান্নীংগি মন্থং চল্লি। অসীগুম্ব অঙ্কব ঈমুংমন্থং অমাগ থৃজ্ঞীল্-থৌরাঙ্. অসীনক্ক অঙ্কব জাতি অমগি থৃজ্ঞীল্-থৌরাঙ্. ( Planning ) ওইগদৌরিবনী।

হৌজিক্ থবক্কি থোঙ্দ চঙ্‌ক্লিবদী—পোক্লগ হিংদুন লৈঙ্গলগিদী লৈরে, পোক্ত্রবনিং অসীগিদমক্ অসীগুম্ব প্লান্নীং অসী চঙ্‌ঙী। অঙাংন মম-মপাগি আশা ওইরবস্থ মশীং হেন্-মন্ব ওইরবদী আশা অদু অফব ওহদে। অমদ চঙ্গদব অদু মঙাদ য়েন্থোক্প তারবনী নীংব থু দে অস্থম্, অস্থম্ ফীবম্ কাঙ্গথরক্পদগি খংনটৈনব থোক্চিল্লিক্ঙ্গ, ঈমুং মচা লাঙ্লক্ঙ্গ, স্বভাব হোংলক্ঙ্গ। অসীগুম্ব ঈমুংদ কদাঙ্গদগি মুংঙাইব ফংগদগে? মরম্ অসীন, মীশীং হেন্ন লৈরব ঈমুং-মন্থং অমদী লৈবাক্ অমগি ভুংগি অাব অশঙ্ক প্লান্নীংদী গীংবন্। থিংব (Conception Control) অসীন মরুনী। রাফম্ অসী রাজনৈতিক, অর্থনৈতিক, সমাজ-কর্ম্মীশিং অমস্থং ডাক্তরশিং পুন্নমক্লস্থ য়ানরদুন থবক্ত ওন্থোক্লব হৌংনরব রাফম্নী। অসীগি মথক্ত চাদোক্ তোঙ্গরব নুপী অদুগি মশা অদু মতম্ কুইন ফদুন লৈতে। গণতান্ত্রিক দেশ অমগি নুপীন মীশীং য়াম্থোক্হনব অমদী সেবাগিদমক্ত ওইন পুন্সীচুপ্প য়ুম্গি ফত্রাং মরিগি মন্থংদ নৈশিন্দুন লৈব ত্দুনদী মতীক্ চারক্লে। শয়া হাঙ্গরবদ,— (১) হকচাংগি ফীবম ফনব ( Physical security ), (২) পুক্নীংগি ফীবম্ ফনব ( Mental security ), (৩) শেল্ থুম্গি ফীবম্ ফনব

( Economic security ), (৪) সমাজগি ফীবম্ ফনব ( Social security ), হোৎনদুনা মীশীং হেনগৎহন্দনব অমসুং মচাপোক্তব মীগিন পোক্নব লাঈয়েংব ( Sterility Treatment ) অসীন ফেমিলি প্লান্নীংগি উদ্দেশ্যনী।

**অরিব রারম্ঃ**—ফেমিলি প্লান্নীংগি থবক্ অসী গুসি গুরাংগি রা নত্তে। ভারত্ত বর্ণাশ্রম অমসুং গুরুকুলগি অক্নব নিয়ম্ ঙাক্নরিবগি মতম্দ ব্রহ্মচর্য্যগি নিয়ম্ অমসুং 'জন্ম-নিয়ন্ত্রণ' ( Birth--Control ) অসী যোগগি নিয়মদ তশীরম্মী। হৌজিক্ ভারতকি মফম্ থরদ চৎনরিব 'কুমারী-পূজা' 'কুমার ভোজন' অসী মতম্ অদুগি থর শেম্দোক্লব মওঙ্নী। হৌজিকসু থবক্ অসী 'যোগ' হাঈবদী পুক্নীং অনী লোঙ্দব (পুক্নীং ফাজিনব) হাঈব অদু য়ুম্বাল্লিব নুপা-নুপীন ঙম্লবতদ থবক্ অসী ওইগনী নত্রবদী বিজ্ঞানগি হীদাক্-খুৎলাইন করিসু কাম্লব পীব ঙম্দে। হিন্দুগি 'কাম-সূত্র' 'অনঙ্গ-রঙ্গ' অসীনচিংব লাইরীক্শিংদ চাবোক্প থিংনব হীদাক্কি মরমদ ইরি। অরিব মিশরগি সভ্যতা ( Egyptian papyrus of the 12th Dynasty, Circa 1850 B. C. ) গি মতম্দসু চাবোক্প-থিংব চৎনরম্মী। ইং ১৮৬৩ দ সি, রিগ্ ( C. Rigue ) ন অঙাং পোক্নবগি মরমদ রিপোর্ট পীরম্মী। ইউরোপ্ত 'দেকামেরোন' (Decameron ) গি মতমদ চাবোক্প-থিংবগি নিয়ম্ চৎনরম্মী। গ্রীসকি অরিব মতমদ ক্লিণ্টন্গি ( Clinton's ) মমিং চৎলব 'ফাষ্টি হেলেনিসি, দি সিভিল্ এণ্ড লিটরেরী ক্রোনোলোজী ওফ্ গ্রীস্'

কৌব ( Engenios Review, Vol. II, No. 1., April, pp. 15-45, London, 1915 ) আর্টিকলদ ইরি, মদূদী—HESIOD ন 'লৌমীশিংন মচা অমদগি হেন্ন পোক্‌হল্লোই-দবনী। হাঈরিব রাকম্ অসীনস্ন মতম্ অদূগি ফেমিলি প্লান্নীংগি রাখল্ অদূ উৎলি। অরিব অষ্ট্রেলিয়ান্‌শিংন নুংন শাব থাঙ্ পাঈদুন 'মাইকা ওপরেশন্' ( Mika operation ) তৌদুন অঙাং-পোকৃপ থিংব চৎনরম্মী।

## ফেমিলি-প্লান্নীংগিদমক্ সরকারন পাঙ্গৎলিব থবক্ :—

ফেমিলি-প্লান্নীংগি থবক্ অসী অহানুব চহী মঙাগি থৌরাঙ্ লোইরম্‌দাইদ হৌগৎখিবনী। অহানুব প্লানদ লাঈয়েংশঙ্ ১৪৭, অনীশুব প্লানদ ২৫০০ লিংখৎখি। লুপা লাখ ৫৯৭ কি মথক্ত খরচ তৌখি। অহুম্‌শুব প্লান্দ লুপা কোটি ২৫ কাইরি। ফেমিলি প্লান্নীংগি মকোক্ ওইব সংস্থান্দী কেন্দ্র সরকারগি স্বাস্থ্য মন্ত্রীন চেয়ারমেন্ ওইব 'সেন্ট্রেল্ ফেমিলি প্লান্নীং বোর্ড' নী। থবক্ অসীগি মীওইশিং ট্রেনীং পীনবগিদমক্ বোম্বেদ, মহীশুরদ, কলিকতাদ তম্ফম্‌শিং লৈ। থবক্ অসী পাঙ্-থোক্‌পদ সমাজদ অমম্পুং চৎনবীদ কাঈদনবস্ন য়েংশিল্লী। ভারতকি প্লান্নীং কমিশন্ন লেপ্প মতুংইন্ন ফেমিলি-প্লান্নীংগি উদ্দেশ্যদী—(১) ভারতকি মীশীং থুন হেনগৎপগি মরম্ লেপ্প, (২) ফেমিলি-প্লান্নীংগি মরীদ বৈজ্ঞানিক ওঈব পাম্বৈ পুথোক্‌প অমম্পুং মদূ মীয়াম্‌দ থঙ্‌হনব, (৩) ফেমিলি-প্লান্নীং অসী সরকারগি লাঈয়েংশঙ্‌শিং অমম্পুং প্রজাগি হকচাং ফনবগি থবক্ তৌব

সংস্থানৃশিংগি থবক্ ওইন লৌখৎনব হোৎনব, (৪) চাবোকূপ থিংনব খুৎলাই, হীদাকি মরম্দ থিজিনব ( Research ), (৫) ফেমিলি-প্লানীংগি থবক্ তৌব মীওইশিং ট্রেনীং পীব। ফেমিলি প্লানীং এসোসিয়েশন্ন সরকারগি থবক্শিংদ তেংবাংলি। * মণিপুরদসু এডমিনিষ্ট্রেশনগি মথাদ সেন্তর অম ইং ১৯৫৮ ফেব্রুয়ারি তাং ১ দগি হাংলে। সেন্তর অসীদ মী ৮৪৪১ দ পাওতাক্ পীখ্রে, ফেমিলি প্লানীংগি নিয়ম্ মী ২০৫৩ ন লৌখ্রে, অঙাং পোক্তনব ওপরেশন্ ( Sterilization operation ) নুপা ৪৩, নুপী ৫৪ দ তৌখ্রে। নাওয়োল্ চাওনব, অমসুং পুন্সীচুপ্প অঙাং পোক্তনব মমল্ তিংদন পাউতাক্ পী, হীদাক্ পী, থুৎজু থুৎলাই পা, লাঙ্গয়েংঙী।

ৱারোই:— মথক্কি য়াকম্শিং অসী পুক্নীংদ নৈনরগ, ঈশা ঈশাগি পুক্নীং য়াখল্ মথাদ লৈব মীয়াম্গি য়াইফ য়াখল্ অসী কাওদন চা–থক্রাত্তব, মরাংকাঈব লৈবাক্ ( Land of plenty ) অম শেম্গৎনবগিদমক্ ভাবতান 'ফেমিলি প্লানীং ডে' পালন তৌরসী।

## BIBLIOGRAPHY

1. Family Planning — By Lady Dr. K. Satyavati, M. Ms. ( England ), Dr. T. C. Dewan, M. Ms. ( England )

2. Hindustan Year Book—By S. C. Sarkar.

Informations supplied by the Family planning centre M. C. W. Centre, Civil Hospital, Imphal, Manipur.

# ভারত অপুন্নগি বেসিক্ এডুকেশন্ চয়োল্
## ( All India Basic Education Week )
## [জানুয়ারি, তাং ২০—২৬]

**রাহৌদোক্ঃ**—ভারত্ত হৌজিক্ লৈরিব শিক্ষাগি মওঙ্ অসী মক্ষম্ থরদ থরমখৈবী শেম্‌দোক্লবস্ু ব্রিটিশ লৈরিঙৈগি শিক্ষাগি মওঙ্ অদুদাগ মথা তাথরকৃপনী হাঈব য়াই। ব্রিটিশকি লৈবাক্‌ভাক্‌পশিং অদুন ভারত্ত পীরম্ব শিক্ষাগি মওঙ্ অদুদ, ভারতকি কৃষ্টি অমস্থুং সংস্কৃতি (Culture)গি হীরম্‌দ থোওইরম্‌দে, তশেং তশেংন ইব-পাব ঙম্নবগিত্ত ওইন তোরম্মী। স্কুলগি অঙাংশিংগ মখোঈগি অকোঈবদ লৈরিবশিং গ (Environments) মরী থাংনহল্লম্‌দে। অঙাংশিংদ খুৎন থবক্ শুবগি মমল্ থঙ্‌হল্লম্‌দে। অঙাংশিংন ভারতকি নাগরিক অম ওইবগি রাখল্ অদু পোক্লব শিক্ষা ফংলম্‌দে। শিক্ষা অসী সমাজগি অরাংব থাক্ত লৈব মী খরগি ( Monopoly ) ওইন তোরম্মী। মীয়াম্‌দ শিক্ষা পীব অসি রাংলম্ব মরম্ন লাইরাক্‌হৈবগি মশীং হেন্‌গৎপ রারমী। লাইরীক্‌হৈবগি মশীং য়াম্‌দব অমস্থুং খর হৈরবশিং অদুস্থু অচুম্ব মওঙ্‌গি ওইরম্‌দব অদুন ভারতকি মীয়াম্ন মতম্ কয়ামুক্তি য়াও-শংগুম্ন লৈব তারম্মী।

**বেসিক্ এডুকেশন্‌গি ইতিহাস্ :**—মথক্ত পন্‌থ্রিব মরম্‌শিং অসীন শিক্ষাগি হীরম্‌দ অশোঙ্গব অম লৈরম্ব অসী, সিস্‌মোগ্রাফ্ (Seismograph) কোব থুৎলাইন য়ুহারাববু কুপ্ন থঙ্‌বগুম্

অরাপ্পগি উদ-তাদবনু রেডিও টেলিভিজন উহনৃ—তাহনৃবগুম্ মীওইবগি ইন্দ্রিশিংন থঙ্ব ঙম্দব কয়াবু বিজ্ঞানগি শিংলব (Sensitive) থৃংলাইশিংন থঙ্ব ওহগুম মহাত্মা গান্ধীজীন মাগী পোৱব মীৎয়েংগি মঙাল্দ (Search light) উৱদুন ঐৱম্ অসীদ পুক্লীং থি জিনৃখি। ব্রিটিশ সরকারন পীরম্ব শিক্ষাগি মওঙ্ অদুন নীংতম্লব গনতন্ত্র চৎলব ভারত চুনরক্ৱই হাঙ্গীবসা থঙ্লদুন ইং১৯৩৭কি এপ্রিল তাং ১ দ, ভারতকি প্রদেশ ৮দ কংগ্রেস্ মন্ত্রীসভা শেমৱদ মহাত্মা গান্ধীজীন শিক্ষাগি মরমদ পোক্লক্প মাগি ৱাৎলদ্ অদ্ 'দি হরিজন' হাঙ্গীব .চ অদুগি প্রবন্ধ অমদ ইখি। গান্ধীজীগি রাখল্ মতুংইন শেম্লম্ব শিক্ষাগি মওঙ্নী— (১) চহী ৬—১৪ কাউবগি অঙাংশিংবু লেম্ন অমম্ভূং তঙাঙ্গী-ফদন লাইরীক্ তম্চনৃব ( Free and Compulsory education ) (২) তম্মীব মতমদ মমালোন্ শীর্জিন্নব, (৩) থৃংন শূব অমম্ভূং কারগদব মথল্গি থৃংশা ঠৈবগি থবক্ (Crafts) মথল্ খনগ লোঙ্গেনন লাইরীক্ তম্ব, (৪) ছাত্রশিংন শূর্বিব থবক্ অদুদগি লাক্প আয়ন ওজাশিংগি তলব পীব ঙম্বব ( Self-supporting ) হোৎনব। শম শিক্ষাগি মরমদ গান্ধী-জীন হাঙ্গীরম্মী— "By education I mean an all-round drawing of the best in child and man—body, mind and spirit," অসীগুম্ব শিক্ষাগি থোরাঙ্ (Scheme) অসী ডাঃ জাকির হুসেন প্রেসিডেন্ট ওইদুন শেম্ব সব-কমিটি অমন থবক্ত ওম্হোক্খি। মসীবু 'বেসিক্ এডুকেশন্' ন্ত্রগ

'নয়ী তালিম্' নত্রগ 'বার্ধা স্কীম্ ওফ্ এডুকেশন্' (Basic Education or Wardha Scheme of Education) হাঙ্গন খঙ্নৈ।

স্কাম্ অসীন পাম্লিব মওঙ্শিং অদুগি মরুওইবশিংদী,— (১) শিক্ষাগি প্লান অসী অহিংসাগি মথক্তু পাঙ্থোক্লব হোৎনব ( Non-violence ) (২) লম্বেল্ ৱাইশীৎপগুম্ব ফন হম্বনী খন্নব মওঙ্গি থবক্শিংদগি হোৎদুন থূৎন থবক্ শূববু সম্মান তৌব ( Dignity of labour ), (৩) মীপুম্ খূদীংন তুংগি পুন্সীদ মরন্নাই হিংজব ওম্ব মতীক্চাব মীওই অমমম্ ওইহন্নব জীবিকা ওইব য়াব থবক্শিংগ লোঈনন লাইরীক্-লাইশু তম্ব ( Work-education ), (৪) চহী ৬—১৪ কাউবগি অঙাংশিংবু শেল্ তিংদন তঙাঙ্গী-ফদন লাইরীক্ তম্হন্ব ( Free and Compulsory education ), (৫) ছাত্রশিংগি মমালোন্দ তম্বীনবগি থোরাঙ্ তৌব ( Mother-tongue ), (৬) পুক্নীংগি অফব-গুনশিং হেন্গৎহন্নব হোৎনব ( Moral qualities ), (৭) লাইরীক্-লাইশুদ য়াউরিব অমসুং ফংলিব জ্ঞান অদু থোপ্ মমুংদ পৈশিন্দুন খমদন মদু থবক্ত পানশিন্দুন কোক্ল খূৎক মরী লৈনব অশেংব শিক্ষাগি মওঙ্ অম ওইহন্নব হোৎনব ( Sense of reality in the school )।

**করিনো?**— মথক্ত নৈনখ্রিব শিক্ষাগি মওঙ্শিং অসী ভারতত্ত লৈননবগিদমক্ বেসিক ট্রেনীং কলেজশিং ইন্ষ্টি-ট্যুট্শিং লিংখৎপ অমসুং সরকারগি শিক্ষা বিভাগকি মথাদ

রি—ওরিয়েণ্টেশন্ সেমিনার' ( Re—orientation Seminar) নাচিংব তৌবগ লোঈনন চহী খুদীংগি জাহুয়ারিগি তাং ২০ দগি ২৬ ফাউব চয়োল্ অমমম্ চুপ্প 'ভারত অপুম্বগি বেসিক্ এডুকেশন্ চয়োল্' (All India Easic Education Week) অমী পালন তৌঈ।

## BIBLIOGRAPHY

1. History of Educational Thought — By Iqbal Chand, M.A.B.T.
2. Thoughts on Education—" Vinoba.

---

# বি সি জি-ডে
## ( B. C. G. Day )

**বাহৌদোক্ :**—মীওইন পোল্লবদী অল্লামৈশা অহুম (ত্রিতাপ) চুদুন লৈ হাঈন শাস্ত্রন হাইরি। মদুদী— অধ্যাত্মিক ( পুক্নীংহক্চাংদগি পোক্প অল্লাব থুদোংথীব ) আধিভৌতিক ( থল্লাঈ পানুবশিংদগি ফংব থুদোংথীব )। আধিদৈবিক ( লাইগি নোংদমদগি থোক্প খুদোংথীব ) অসীগুম্ব হক্চাংগি অনাবশিং অমীন মীওইবনু অল্লাব পীব মরম্ম মীওইবগি য়েক্লবনী। য়েক্লবশিং

অসীগি মহুংদগি যক্ষার ( T. B. ) অসী অচৌব য়েক্লব অমনী। ভারত্ত হৌজিক্ যক্ষারন নাব মী ২৫,০০,০০০ য়োম্ লৈ, মী ১৫০ গি মহুংদ মী অমদী যক্ষারন নাই। মতম্ কয়াগি মমাঙ্দগি হৌন ঙসি ফাউবগি মীওইবন লাঙ্গৈনা অসীবু ঙাক্-খোক্নব মাঙ্হন্নব হোৎনরক্লি। হোৎনব অসী ঙসিদী মহৈ য়াম্লে হাঙ্গৈন লৌব য়ারে, হাঙ্গৈবদী খুদোংথীব লাঙ্গৈনা অসীগি হৌরক্ফম্, লোইফম্. শাজৎ, মাবু ঙাক্খোক্নব পাম্বৈ পুন্নমক্ অসী ঐখোঙ্গৈগি খুত্ত লৈরে। ডাঃ রোবার্ট কোক্ ( Dr. Robert Koch ) ন পুথোক্লম্ব মহীক্ মখল্ অমন ( Koch's Bacilli or Acid Fast Bacilli) অনাব অসীবু থোক্হনবনী। অনৌ-অনৌব বৈজ্ঞানিক ওইব হীদাক্ল মাবু ফহনব ঙম্লে, অদুদগি হেন্দোক্নন খুৎশেম্গি পাম্বৈন হকচাংদ চঙ্লক্প লাঙ্গৈনা অসীগি মহীক্পু মাঙ্হনব ঙম্ব পাঙ্গল্ ( Artificial immunity ) হাপ্চিনব ঙম্লে। অসীগুম্ব পাঙ্গল্ অসীগি মমিং বিসিজি-টিকা ( BCG Vaccination ) কৌঙ্গৈ। 'Prevention is better than cure' হাঙ্গৈবগি মতুংইন্ন যক্ষারন নারগ লাঙ্গৈয়েংববুদী নাদনব বিসিজি কাপ্হৌবন হেন্ন লৈ। যক্ষারন নারব মী অমগি লাঙ্গৈয়েংবগি খরচ থা অমদ য়াম্ত্রবদ লুপা ২৫ য়োম্লী। অদুগ মী অম যক্ষারন নাদনব বিসিজি কাপ্লদ নয়া পৈশা ০·২৬ ত মচঙ্ভী। মসীন জাতিগি মীপুম্ খুদীংমক্পু শেল্থুম্গি খুদোংথীবদগি কোক্হল্লি, অশা-মউ নাদ-য়েক্তন থম্বদ অচৌব মতেং পী।

**বিসিজিগি শম্নম ইতিহাস :—** মীওইবগি অচৌব য়েক্নব অমগি ভম্থীরব মথুত্তগি কন্ননব অমত্তুঙাঈরব থুংলাই বিসিজি অসী ইং ১৯০৪ দ ডাঃ কাল্মেট্ (Dr. Calmette) অমসুং প্রোঃ গুয়েরিন্ (Prof. Guerin) কৌব ফ্রান্স্কি বিজ্ঞান হৈব্নব অনীন চাউখৎহল্লম্বনী। চহী ১৩ চঙ্‌ন মখোঈন শন্নাও, য়োং, খেব, গিনিপীগ্‌নচিংব শা কয়াদ চাং য়েংলব তুংদ খুদোংথীব লৈতন মীওইবগি হকচাংদ শীজিন্নব য়ারে হাঈবসী লেপ্পদুনা ইং ১৯২১ দ মখোঈন পুথোক্লিব হীদাক্ অসীগি মমিং বিসিজি (B. C. G. = Bacillus Calmette Guerin) হাঈন খোন্দুন পৃথিবী শীনৃথুংন শন্দোক্‌খি।

**ভারত্ত বিসিজিগি থবক্ :—** ইং ১৯৩৮ দ, বিসিজি টিকা থানব প্যারিস্কি পাষ্টর্ ইনষ্টিট্যুট্ (Pasteur Institute) ট্যুবরকুলোসিস্কি থবক্‌ তৌব ডাঃ এ, সি, উকিল্ (Dr. A. C. Ukil) ন ট্যুবরকুলোসিস্ এসোসিয়েসন্ ওফ ইণ্ডিয়াগি কন্‌ফরেন্স্‌ অমদ হোদোক্‌খি। অদুম্ ওইনমক্‌, অনীশুব পৃথিবীগি লাঙ্‌জাউন মরম্ ওইদুন মতম অসীদগি হৌন থবক্‌ অসী ভারত্ত হোদোক্‌প ঙম্খিদে। লাল্ লোইরক্ন তুংদ ভারতন নীংতম্নবদ ইং ১৯৪৮ দ ভারত্ত বিসিজি টিকা থাব হৌখি। মাদ্রাজগি মদনপল্লে কৌব মফম্ অমসুং দিল্লী মফম্ অনীসিদ শীক্ন হৌখি। অসীগিতুংদ WHO অমসুং UNICEF কি মতেংগ লোঈননা হৌজিক্‌ফাউব মীয়াম্‌দ বিসিজি টিকা থাব (Mass BCG—Vaccination) অসী চথরি।

বিসিজিগি মরমদ চিংনব রাহং কয়া হংনরবস্থু ওসি পৃথিবীগি বৈজ্ঞানিকশিংন মসীগি খুদোংথীব লৈতবগি রিপোর্ট ফোঙ্নরে। টিকা অসীন মী অমবু চহী ৩ দগি ৫ কাউব যক্ষারদগি ঙাক্-থোক্ই। লাইনা অসী ঙাক্থোক্লবগি থবক্তিদমক্ টিবি এসোসিয়েসন্ ওফ্ ইণ্ডিয়া ( T. B. Association of India ) ন শীল্লাঙ্দুনা চহী খুদীংগি টিবি সিল্ (T.B. Seal Campaign ) য়োন্দুনা কণ্ড থোম্জিল্লি। কাপ্পব বিসিজি হীদাক্ অসী ভারতকিস্থু মাদ্রাজগি গিন্দি হাইব মফম্দ লৈব বিসিজি ভেক্সিন্ লেবোরেটরীদ ( BCG Vaccine Laboratory ) চাং য়াম্ন শারে। ভারত শীজিন্নবদগি হেন্দোক্নুনা সিলোন্, বর্ম্মা, থাইলেণ্ড, পাকিস্থান্নচিংব দেশশিংদ থাদোক্লি।

**করিনো ?**:— মীওইববু অসীগুম্ব অকিবগি মশক্ ওইব লাইনা অসীগি মথয়াঙগি কন্নবগিদমক্ পুথোক্লব বিজ্ঞানগি খুদোল্পোং ওইব বিসিজি হাইব হীদাক্ অসীবু মীপুম্ খুদীংন চিংনব লৈতন কাপ্পবগি রাথল্ অসী পোক্হন্দুনা দেশকি মীপুম্ খুদীংন মশা মউ ফব মীওই অমমম্ ওইহন্নবগি রাথল্দ 'বিসিজি ডে' (BCG-Day) অসী পাসন তৌঈ। পালন্ অসী তৌবগি অকন্নব হুমীং লৈতে, খুদোংচাব মতুংইন্ন লেপ্পী।

## BIBLIOGRAPHY

1. B.C.G. Vaccination — By Dr. K.S. Ranganathan, M.R.C.S. L.R.C.P., Director, B.C.G. Vaccine Laboratory, Guindy, Madras.
2. Facts about BCG Vaccination — Issued by Tuberculosis Section, Ministry of Health, Govt. of India.
3. BCG Questions & Answers —By Dr. T. J. Joseph.
4. Other Bulletins —Issued by B.C.G. Section, Manipur Medical Directorate, Imphal.

জয় হিন্দ

